


অহানবা থৃংনমগী অকোঙবী : শ্রীমতী মেম্মা দেবীনা রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল-
৭৯৫১৩৪ গীদমক্তা শরং পব্লিকেসন্স, ওইনাম বাজারগী
মায়কৈগী ফোঙদোকচবা



মমল : লপা ১৫০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

মীওইবগী মরক্তা হিংলিবা
হিংবগী মমিদি শামলক্লবা
তোল্ল - তার' মথোয়গী মফমদা ।।

# ৱাহৌদোক

হন্দক পুথোকচরিবা ৱারীমচাশিংগী পূনশিনবা লাইরিক "লৈহাউগী লৈনম" ঐগী ৱারী মচাগী ওইবা অহুমশুবা লাইরিকনি। লাইরিকসিদা হাপচরিবা অয়াম্বা ৱারী মচাশিংসি চহীসিগী মনুংদ ইজবা ভাক্তনি। মসিগী মরম অমদি পুন্সিগী থৌগায়না হেনমনখিবনা থম্মোয়নুংদা পোমদুনা লৈরম্বা ৱারী শীং-বুন কয়া ইথোকচনবা মতম ফংদবসিনি। ইশানা পামজবা ৱারী কয়া ইবা হৌরুই (উপন্যাসকী, নাটক্কী) অদুবু নে-না তানা ফমদুনা তাশিন খোমজিন লোইশীঞ্জনবগী তাঞ্জাদুদি হেক্তমক ফংখিদে; থবক অমনা থৌরম অমনা অদুম্মক থুগায়রে। লীশাং শীৎনা খূৎ থাবা ঙমদবসিনা ৱারী মচা ইখিবগী অচৌবা মরম অমনি ঐগীদমক্তদি। পুথোকচরিবা লাইরিক অসিগী মতাঙদা চাউনা লমন তোনশীনজরিবা অমতং পনবা তরবদি "রাইতর্স ক্লব মনিপুর, নম্বোল" নি। করিগুম্বা ঐনা ক্লবসিগী মেম্বর অমা ওইরমদ্রবদি লাইরিকসিমা অসুক তেল্লবা মতমদিগী মনুংদা ইবা ঙম্লমগনি নীংদে; ফোঙবসু ঙম্লমগনি থাজদে। হন্দক্কী শোক ১৯৯৮ হৌগৎলকপগী অদুৱাইদা ক্লবকী সেক্রেতরি ডাঃ কেঐচ শামুঙৌ সিংহনা ঐঙোন্দা খূৎই লাইরিক থাগৎলক্নবা অকনবা দায়িত্বদু শীন্নরকখি। মতমদুদা ঐগী ইফমদা নীংথিনা লোইশিল্লবা ৱারী লাইরিক শৈরেং নত্রগা ড্রামা অমতসু লৈখিদে। ঐনবু হায়খি - মথওগী চহীদা। হায়নরিঙৈ, ক্লবকী মেম্বর ওঝা এ. তেজমনিনসু অমুক্কা মৈ য়াঙশীল্লকখি - "পুথোক্তবা শুকয়ামক য়াদ্রবনি।"

থৌনা লাকলে, মার্চ থাসু লোইশিনখ্রে, খূৎ থাবদি ঙমদ্রি। জূনগী অরোইবা চয়োলদা স্কৃপ সবমিৎ তৌবগী নোতিস পীরকলে। এপ্রিলগী থায়ায়দগী মেগী থায়ায় ফাওবা অতে থবক পুম্নমক লেপথোকলগা ইবা হৌখি। লোইশিনদবা ৱারীশিং লোইশিন্নবা হোৎনখি। মতমনা তকশীল্লকপদগী

ৱারী খরদি শেম-শাবা নংহৌদবদগী লাইরিকসিদা মনুং চনবা ঙমখিদ্রে। রাইতর্স ক্লবকী মরিশুবা মপোক্কা মরী লৈনবা থৌরমদা পুথোক্কদবা লাইরিক ওইখিবনা ঐগী করিসু উপাই লৈখিদে। লেমহৌরিবা ৱারী মচাশিং মথঙগী ৱারী মচাগী লাইরিক্কীদমক তাদুনা লৈহৌরে।

ঐনা তহা-তহা ইজখিবা ৱারী মচাশিং অসিবু য়েংশিনবীদুনা অশোয় অঙাম নৈনবীখিবা রাইতর্স ক্লবকী ইদিতোরিয়েল বোর্ডকী মেম্বরশিংবু ঐনা তৌবীমল লমন তোনশিনজবগা লোয়ননা থাগৎচরি। তেল্লবা মতমদা অকক্লনা ইখিবা ৱারীমচাশিংসিগী তা-নফম ওইখিবা ঐগী ইনাও সুধীর নাওরোইবম, মখুম য়েকপীনবা হায়জরুবদা হরাও-হরাও য়াবীরকখিবা বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, অথুবা মতমদা লাইরিকসিবু নম্বগী থৌদাং লৌবীখিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইচিল-ইনাওশিং, শেলগী তেঙবাং পীবীরিবা রাইতর্স ক্লব মনিপুর, অৱাৎপা শেনফম পুখৎপীদুনা ফোঙদোকপগী দায়িত্ব লৌবীরিবা শ্রীমতি মেম্মা দেবী পুন্নমক্কী মফমদা শীংঙল্লরোইদবা লমন তোনশিনজরবনি।

অরোইবদা হায়জনীংলিবা ৱাফম অমনা লাইরিকসিগী ৱারীমচাশিং সিদা য়াওরিবা মীশক অমদি থৌথোক ৱাথোক পুন্নমক অইবগী ৱাখলদগী শেমগৎ-শাগৎচরুবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বগীগা করিগুম্বদা চান্নরুবা মান্নরুবা য়াওরমলবসু মদু তশেংনমক অইবগী কল্পনাগা মতা চানরুবনি লৌবীগনি। মদুগী দায়িত্ব অইবনা পুজরোই।

ওইনাম বাজার — শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা
তাং ১/৯/৯৮

# ক্লবকী ৱারোল

রাইতর্স ক্লব মনিপুর নম্বোল, সাহিত্যগী সংস্থান অমনি। মনিপুরী সাহিত্য অমদি লোনবু নুংশিজবা অইবা অমদি অইবী খর পুনশিল্লগা শেমখিবনি। মসিগী মরুওইবা পান্দমদি ক্লব অসিদা মেম্বর ওইরিবা খুদিংমক মশাগী ওইবা লাইরিক অমমমদি তঙাইফদনা ফোঙদবা য়াদে হায়বা লৈ। লাইরিক ফোঙবগী থবক অসিদা ক্লবনা শেলগী তেংবাং পীগনি।

হৌজিক ফাওবদা রাইতর্স ক্লব অসিনা ৱারী মচাগী লাইরিক্তা মরি, শৈরেংদা অহুম, অলোচনাগী অমা অমদি উপন্যাস অমা ফোঙখ্রে। শ্রীশরৎচন্দ্র নোংথোম্বগী 'লৈহাউগী লৈনম' হায়বা ৱারী মচা অসি য়াওরগা পুন্না লাইরিক তরা শুরে। অইবা অসি অনৌবা নত্তে। চহী খরগী মমাঙ অহানবা ওইনা ফোঙখিবা উপন্যাস 'মেহরু' না শক তাকখ্রবনি। ১৯৮১ দা ফোঙখিবা ৱারী মচাগী লাইরিক "অহেনবা ঈ" না অমুক্কসু হেন্না শকখঙহনখ্রবনি। মথঙ মথঙ ওইনা ৱারী মচা উপন্যাস, দ্রামা অমদি অঙাংশিংগী ওইবা লাইরিকশিং শরৎ পব্লিকেসন্স, ওইনাম বাজারগী মায়কৈদগী ফোঙখ্রবনি। ক্লব অসিনা লাইবক ফবনি হায়না লৌজরিবা ৱাফমদি অইবশিং অমদি অইবীশিং অসিগা খুৎশম্নরা চৎমীন্নদুনা লেপ্তা লেপ্তনা অনৌবা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙমজবা অসিনি।

শ্রীশরৎচন্দ্র নোংথোম্বগী "লৈহাউগী লৈনম" লাক্লে ঙসিদি অমুক। সাহিত্য প্রেমি খ্বায়-মীয়ামনা লৈনমগী খোঙ্গুল লীবিরো। পুথোকচরবনি অমুক রাইতর্স ক্লব মনিপুর নম্বোলনা অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা।

**ধজমনি খোইনাইজম**
প্রসিদেন্ত
রাইতর্স ক্লব মনিপুর
নম্বোল

তাং ৫/৯/৯৮ ইং

## লামায় - য়াওরিবা ৱারী মচাশিং

১ • লৈহাউগী লৈনম
১০ • হল্লকপা
১৭ • রাধিকা
২২ • শারং মনুংগী তোল্লবা জীব
৩২ • য়েক্লবা মরু হুনবা
৩৮ • অরোইবা লায়েং
৪৫ • মায়খুম্বী
৫০ • লায়চূবা
৫৫ • ওইহৌদ্রবা আমিন
৫৯ • কা মতপ অমা
৬৬ • খোয়বূঙগী য়েনগোন
৬৯ • কোইখাক থীবা
৭১ • পূংঙৌ ফনেক অমসুং ওলিবগ্রীন
৭৩ • ত্রান্সফর
৭৯ • লাম্মৈনা কোয়শিল্লকুবা লোইবী চীংশাং
৮৪ • হয়েংদি য়াওশংনি
৯১ • লৈরাং লৈপাকলৈ অমসুং নোংমৈ শীংজঙ
৯৯ • চুমথাঙগী নুংওনবা মচু

# লৈহাউগী লৈনম

"লৈহাউদু ফারে হায়য়ে।"

"য়ুয়োনবী লৈহাউদুবো?"

"হোয়নে য়েংলুসি লাউবা।"

ৰাকচীংগী উন মরক্তুদা মীনা ফিঙৌ ফৌই। নিশাবন্দ, মৈরা পায়বী অমসুং লমজীং লমতাকপা ক্লবকী পাঙ্গল ফরবা নহারোল ময়াম্না মতু শোল্লবী য়ুয়োনবী মৌ নহাদুবু চপতুনা পুথোরকই। মমায় মমীৎ মখুৎ মশা খুকউ-খুবোম চৈফমগী চৈফম ঙাক্তা মঙায়রে। মশম অদুসু চরোয় ক্বাকনা লাক্ল-লাক্ল ফোয়খিবগুম তুবৎ-তুবৎ চপথৎপীরে। প্লাসতিকতা হানবা য়ুগী ময়োম তরামুকসু থৌরী মচা অমনা পরেং কিরগা লৈহাউগী মঙকশমদা য়ানশিনবী। শেগায়রবা ফদি ফরা খর শেৎচীনবীরগা মীয়াম মমাঙদা ফৃ-ফৃদুনা হোইদোরকলে। নিশা বন্দগী প্রসিদেন্ত ইনে কুমুনা য়ু ময়োম অমমম থুগায়রগা ঈংলবা ৰাকচীংগী অয়ুক্তুদা লৈহাউগী মকোক্তা হৈথবী। মীয়াম্না ফৃখিবগী চৈনাখোল মরক্তুদা য়ু হৈজিল্লকপা অদুদি লৈহাউদা খাঙঙমদবা চৈনাখোল অমা ওইররে। থূপ্পা শাবগা লোয়ননা

মশা অদু থক-থক নীকলকলে। কূচু-কূমেন তাইফেৎ তাইরকলে। ঈংবনা ময়া অদু কক-কক চীন্নরকলে। মীয়ামদুনা মদুবু উরুরগা করিমতা নুংশিহৈবা পোক্তুনা ৱা-ৱা নোক্তুনা লংনদুনা লাউ খোংলকই —

- য়ু য়োনবী-

- ফারে।

- নিশা বন্দনা -

- ৱারকলে।

- ঙাথেম লৈহাউ -

- ফারে ।

- য়ু য়োনবগী -

- ৱারকলে ।

খুঙ্গং থুংনা মাবু কোয়পু পুবী। লম্লোং লমজাও অমদি খুঙ্গংগী কৈথেল য়ৌরকপা, মী তিনবা মফম খূদিংমক্ত লেপহল্লগা শগোইদাক পায়দুনা হেক-হেক লাউথোকহল্লি-

“ ঙাথেম ওংবী লৈহাউ দেবী ঐনা মীয়ামদা ঙসি লাউথোকচরি মদুদি মীয়ামনা ময়াই কাবা নিশা শিজিন্নবীগনু। মচা-মনাও, মৱা-মপুরোইববু ফত্তবা নিশা শিজিন্নবদগী থিংবীহৌ। ঙসি ঐনা য়ু য়োল্লুবগী ফংলিবা দশা অসি, মসিবু য়োল্লিবা, শিজিন্নরিবা মীওইশিংদসু নোংমদি শোয়দনা তারকখিগনি। লৈবাক মীয়ামগী মায়োক্ত লৈবীগনু ....................” মখোল তারে, লৈয়েং ফাইরে, মশাদু নাবগা ঈংবগনা থক-থক নীক্তুনা ৱা ঙাঙবা থোক্তরে।

“নরোল-নরি খঙদ্রে, চুম্না লাউথোকউ, লৈয়েং ফাইগনু!” সেক্রেটরি থোইবীমচানা মকলাপতা শাজৈনা চিংই। থবৎ তৎতুনা ঈ থোকই। লৈহাউ মপি ঈরা চেন্না নোম্বদুনা নাল্লি।

“চুম্না লেপ্পু! য়ুয়োনবীনবু নাবা খঙব্রা?” ময়াঙলেন্দা অমুক্কা কনশিল্লি! মী পূম্নমক তূমিন তূমিন য়েংলি। থোইবীমচানা লৈহাউগী

মখূৎতগী শগোইদাকতু মুল্লগা লাউথোকই -

"খুঙ্গংসিদা লৈরিবা নিশা করবার তৌরিবা, নিশা শিজিন্নরিবা পুম্নমক নাকোং শেংদোক্নুনা তাবীয়ু। ঙসি ৱাকচিংগী ঈংলবা অয়ুকসিদা সমাজগী য়াইফনবা খল্লিবা নিসা বন্দ, মৈরা পায়বী অমদি ক্লবকী নহারোল পুম্বনা অহীং তূম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ লুমদুনা ফারকলিবা লৈহাউ হায়রিবী য়ুয়োনবী অসি মানা সমাজসিগী অমাঙবা ওইগদবা নিশা য়ু য়োল্লম্বগীদমক ঐখোয়না মাবু ফাদুনা লৈবাক মাঙদা খোঙগোয়নরি। দণ্ডি অসিমক লৈকায়সিদা অমদি খুঙ্গংসিদা য়ু য়োল্লিবা, য়ু থকলিবা মী খুদিংমক নোংমদি ফংবা শোয়দ্রবনি। অহকপা দণ্ডিসি ফংনীংদ্রবদি ঙসিদগী সমাজনা য়াদ্রবা থবকশিং য়ু গঞ্জা, কানি, নম্বর ফোর, ওক্তলিচৎ পুম্নমক ঙসিদগী থাদোকপীয়ু ..........।"

মথঙ-মথঙ লাউ-লাউদুনা ফূ-ফূদুনা পুরকপনা নিশা বন্দগী ওফিস মমাঙদা মীয়াম পুম্বা পুল্লরে। সেক্রেটরি থোইবীমচানা থুনমক চে কলম পুথোক্নুনা ইবা হৌরকই ঃ

"শ্রীমতি ঙাথেম ওংবী লৈহাউ দেবী পতি লৈখিদ্রবা কুল্লো সিংহ, লৈফম খুনফম ময়ায় লৈকায়দা লৈবী ঐহাক ইশানা জ্ঞান তানা মখাগী ৱারোলশিংসি য়াজদুনা মীয়াম মমাঙদা ঙসি তাং ১০/১/৯৫ ইং দা ইখূৎ য়েৎকী খূবী সোই তৌজরি।

মদুদি ঐনা সমাজনা য়াদবা য়ু হায়বা নিশা অসি য়োনবগী থবক ঙসিদগী থাদোকচরে। নিশাবন্দ, মৈরা পায়বী অমদি লমজিং লমতাকপা ক্লবকী নহারোল ইবুং ইপ্পাশিংনা অফবা পাউতাক পীবীবগীদমক থাগৎচরি অমদি মখোয়গী মথক্তা ঐ ইশাগী অমদি ইমুংগী ওইবা মখা তাবা আপত্তী অমতা লৈজদে।

ঐনা অমুক্তসু মখা তানা শেংদোকচরি মদুদি ঐনা সমাজনা য়াদবা নিশা য়োন্দুনা ইচা-ইশু থারুবা হোৎনরুবগীদমক নিশা বন্দ ইমা ইবেলশিংগী মফমদা লুপা লিশিং অমা জরিমনা ওইনা হয়েং তাং ১১/১/৯৫ ইংগী অয়ুক পুং তরা ফাওবগী মনুংদা পীজগনি।

সহি

(শ্রী মতি ঙাথেম ওংবী লৈহাউ দেবী )

"মফমসিদা য়েৎকী খুবী সোই তৌ!"' হায়দুনা থোইবীমচানা ষ্টাম্প পেদ হাংদোকলগা ইনশিনলকই।

লৈহাউ মমীৎতা মপি ঈরা চেন্না হায়জরকই - "অতৈ পূন্নমক য়াজরে, জোরি অদুতদি হায়বীগনু ! ঐনা কনাদগী লৌরুগনি অদুক য়াম্বা শেনফমদু ?"

"কৈদৌনা য়ামলুনি? নঙনা নহান মখৈ তানখ্রিবা ময়ামদুদি? সে নম্মুনে!"

"ইনম্মা, মদুমতংদি কোকপীয়ু ! ঐগী উপাই করিসু লৈজদে।"

"লম হেন্নখিদ্রা নঙ?" খঙহৌদে, ইনে কুমুনা মাগী লীচৈ মরু অচৌবদুনা লৈহাউগী নময়াঙদা শাম্থরকই!

"অয়ো ইমা!" তোল্লবী লৈহাউ সোর থিংই! ময়াঙ তেকথোক্তুনা মমীৎ উইশিল্লগা খাওই, ওহাক জ্ঞান মাঙবগুম মমীৎ মনা তন্দন পাইরকই! তোল্লবী লৈহাউগীদমক মীৎকুপ অসিদা পাম্বোম তিংনা লেপ্পরিবসি মাগী মীৎলুগী অশাবা পিরিকশিংদুতমক মঙায়রে, অমগী মথঙদা অমা ফন ফন চোংথরকলি।

মফমদুদা তিল্লরিবা মীয়াম, কনাসু য়াওদে মঙোন্দ মীনুংশিগী ঈরিক অমতং খীকপীনবা। ইকায়বা, চোপ্পা, চৈনাদ খাঙবদা ৱাজরবী গতি লৈত্রবী লৈহাউ খজাই নাপোম অনী লুপ্পা শীম্থরকলিবা পিবু মখূৎ ওয়না নান নান্দুনা তৈথোকলগা মখূৎ থক-থক নীকনা খূৎকী খুবী সোই নল্লকলে অঙৌবা চেবাঙ থক্তুদা। "অসূন্না অতৈবুসু চৈরাক পীবা চপ চানা ঙল্লদ্রা মখোয়বু?" লৈহাউনা খল্লকই।

লৈহাউগী মপুরোইবা কুল্লো লৈখিদবা চহী অমগা মখায় ফাজিল্লকলে। মাগী মপুরোইবদু মশা য়াম্না শোল্লি, থবক ইনখাঙ শুনোম্বা কয়া কন্না ঙমদে। মানা তৌজরম্বা করবারনি য়ু য়োনবগী থবকসি। মদুদগী ফংলকপা অপীকপা শেন্দোংনা মখোয়গী মী তরা চাবা ইমুংগী ভার পুম্বা কোকথোংনরি। মপুরোইবা কুল্লো, নোংমা নোঙাল্লমদাই অমা য়ুগী টিউপ অমা পোরগা লৌবুক শমদুনা লাকপদা মতমগী য়াওল্লোয় ইচা ইনাওশিং খরনা ৱারক ৱাতেম্বীরম্বদা হেনজিনখিবদগী শিনা ফংখি। নুমীৎতুদগী নহা ওইরিবী লৈহাউ নৌনা লুখ্রা শীংদা চলহৌরে। অসূন্না অতৈবুসু শিবগী

দণ্ডি শোয়দনা পীরক্কনি খঞ্জখিবনি লৈহাউনা, অদুবু মখা তাবা পাউদি তাখিদে খক। লাইবক থীবী লৈহাউনি। মাগী কনা লৈজদে হায়জ চৎচরুবদা অনা অমা শিকি অমা মতেঙ পাংবীরক্কবা। ঈশ্বরগী মফমদা মপুরোইবগী মথৌ মঙম শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পাঙথোকচনবা লৈনরিবা হিংখোল তংখায় থাদোকতুনা কর্ম্ম পাঙথোকখ্রে। ওল্লকপা চহীদা কুমওন ফিরোয়গীদমক লেমহৌরিবা তংখ্যায়দুমসু পীথোকখ্রে।

মাগী চহী মতাঙগা ওইরিবা শকফমগা য়াম্না তৈনরে। লৈহাউগী চহী শুগে হায়না শুরবদা কুনথামুক মঙায়। মচাদি ফাইবোক ফাইবোক অহুমলক, নূপী ঙাক্ত তরুক, নূপা য়াওদে হায়দুনা য়ামশিনখি। অরোইবা ফাইবোক অনীদু নূপা ওইরম্বদগী লেপখিবনি। পূন্না মচা নিপালনি। মশাগী চহী য়াম্না নৌরিঙে ইঙাও ঙাওনা য়ুম্বাল্লকখিবী লৈহাউনি। ওহোকপা মাগী মরায়বকনি।

নুমীৎতুগী নুংমিদাংদু মচা নূপী অহল চহী তরানিথোই হুমদোইমুক শুরবী তম্পাকলৈমা (হনবী) না মমাগী অশোকপশিংদু ফিবুল নম্বীরি। চৈফমশিংদু ঙন্না পোমখৎলকলে। মমায় মমীৎ মশা পুম্বা পুমচীক চীকই, পূমলূম লুম্মী। নুতিগী য়ু থকপা লাকলম্বা মীওইশিং ঙসিদি কনাসু লাকখিদরে। মখোয়গী অৱাবা তারবা মতমদুদা মখোয়গীনি হায়বা কনাসু লৈরমদে।

"ইচে, ঙসিগী করিসু লৈতে থোং-থাক্লিংঙাই!" মনাও নূপী মাগা থংনবীদুনা হায়রকখি।

"অরৈবা খরদু থোংলসি! ইমাসি ঙহাক্তা পোখাহনসি। অঙাঙ অপীকপশিংসিদি ঙসাইদগী করিসু ময়াদা তাখিদ্রি। চৎলো থোংদোকলুরো।"

মঙ-ওই হা-ওই মচা অনীগী ৱাফমদু তাবদগী লৈহাউ মীৎকপ থোরকলে। তপ্পা হায়রকই - "লপতা য়াল্লিবা চফু মচাদুদা চেঙ খরসু য়াওরিবনি। ঙসিগী পাঙনবা হোৎনরো।" য়াওন্নবা হোৎনরকই।

"অয়ো! অয়ো!" নাহেরকই ৱানা ।

মচা নূপী অহলনা মমাগী ফিবুল নম্ন-নম্না হায়রকই - "মাম্ম চাউভলদো ঙসাই লাকলম্মী। ঐখোয়গী য়ুমসে থুনমক থাদোকলো, মাগী

য়ুম শাগৎনবা ইংখোল শেংদোকপা হৌরনি হায়রম্বনি।"

মচে অহনদুগা ফাইবোক পোকমীন্নবী মচানুপী য়ায়মসি লাইরিক য়াম্না ফবনি। তাকপগা ফাবনা হান্নি। অদুবু মপা লৈখিদঙৈদগী মখা তমথবা ঙমদনা অদুম্মক তোকলে। ইমুংগী মথী-মকুম পুম্বা মানা পুই। মথৌনা মরিংজেল য়াম্না লৈ। মানা ইমুংগী লৈত-লায়রগী মমাগী অবা-অনাগী শরূক তংখায় পুই। মমাগীদমক বাবীরুদুনা চাক থোংনা থোংনা চাকখুমদগী মানা হায়রকই - "হয়েং পীদবা য়াদে হায়রিবা নিশা বন্দগী জরিমনা লুপা লিশিং অমদুনা কদায়দগী পীগদৌরিবা?"

ফমুংদা হীপলিবা খোমথকলাই চুরবী থাদকী নূপী মচা অনীদু কপ্পা হৌরকই। নাগ-নাবনে, পীজ-পীথকপসু ঙমদে, লায়েংবসু ঙমদে, ঙাশেপ অকংবদু মঙায়রে। মচানূপী য়ায়মদুনা ফমুংদগী কপলিবা অঙাঙ অনীদু থাংদোরকলগা মমাগী নাক-য়েং শেগাদ থাদরে। খুইরবা মাগী করিসু য়াওদ্রবা চবৎনরবা খোমলাং অনীদু নাম্ম-নাম্ম চিংহল্লি।

ইতোন তোম্না পোকপা নুপা মচা অনীদুদি মবুক য়াম্না ফৈ। শুকপ কপতে। চহী তরেৎ নীপাল মুক্তা ঙায়রিবা থরো অমসুং থম্বাল মচীন মনাওনা অমমম পোবীরি। নূপীমচা অনীদু অঙাঙ পোনা পোনা নুংথিল নুমীৎচুপ্পা চেন চোংলুবগী বারদুনা মখোয় মখোয়গী শেগাদ অঙাঙদু কোল্লদুনা ইবাউ-বাউবমখৈ বানা শাবা কাংথককী ফমুং অদুদা বোরাগী ফৈজূপ মুন্ন-মুন্নদুনা নাখোজুনা তুমথবা হৌরকই।

খঙহৌদনা মমাগী সেবা তৌহৌবী নূপী মচা অহলদুনা পাখৎনা লাউরকই- " খোইবী। ইমাসে কৈনোম তৌখ্রে ।"

"হা। কৈদৌরবা ইচে।" খোইবী পাখৎনা চাকখুমদগী চেঙ্খোরকই।

"ইমা। ইমা!" হায়না মখোয় অনীনা মশা নোমদুনা হৌদোকই। খুমলকখিদ্রে, মখোয়গী মমা লৈহাউদু অমুক খুমলকখিদ্রে।

"চৎলু খোইবী। মনীংগী ইপু তোম্বা অমুক্তা কৌরু।"

খোইবীনা মমাবু কোল্লদুনা ঙহাক কপলুরগা হায়রকই - "কৌরনুসি ইচে। ইমাসে ঐখোয় পূন্নমকপু থাদোকলমলগা ঈংনা পোখাথ্রমাল্লে। মাবু অমুক তুম্বা কায়হল্লনুসি।"

মখোয় অনী মমাবু কোন্দুনা কপলে। মখোয়গী আশাগী থাউমৈ মূৎখরে ওসিদি। অমুক হন্না চুখৎচনবা মৈরাসু লৈত্রে, থাউসু য়াওদ্রে, দোসিসু পুমতুম তুমদ্রে।

খোইৰী মমাবু কোন্দুনা কপ্পমখৈ কপলমলগা মাগী কাদ চণ্ডখি। মল্লবা লাইরিকশিং নৌহৌননা ফাক্কুনা য়েংলকই। ইমূংগী কাচিন কোয়া কোয়না চৎলি। মানা করিবু অমুক থিরিবা? নুমীৎতুগী অহীং অদু লৈহাউগী ইমূংগী তমথীরবা অহীং অমনি।

অয়ুক্কী পুং তরামাথোই তারে। নিশাবন্দ, মৈরা পায়বী, লমজীং লমতাকপা ক্লবকী মেম্বরশিং অমদি মীয়াম হূপ্পা খন্ন-নৈনরবা মতূংদা লৈহাউনা জরিমনা পীরগদবা পুংফম হেনখিবদগী মাগী য়ুমদা মীয়াম হূপ্পা য়াম্না শাউনা লাকখি।

"মখোয় থোঙ লোনশিন্দুনা লোৎখ্রে। মীয়াম পূন্নমক মাগী য়ুমসি কোয়শিনবীয়ু। মনীং ময়াদ ফাওদুনা চেনখিবসু য়াই। মখোয়বু ফারগা লৈকায়সিদগী থাপ্না তানথোকখিদ্রবদি ঐখোয়গী লৈকায়সিগী তুংগী ইজ্জৎ য়াম্না শোল্লকনি। মখোয়বু ফারবা মতূংদা ময়ুমসিসু মৈ থাদোকলসি।"

মীয়াম্না পীকলবা ৰাগী তুগদৌরবা খাংপোকতু ইনে কুমুগী য়াথং মতূং ইন্না কোয়শিল্লি। চেগী উপু শিদোকলগা ৰাচেৎনা তেপ চপতুনা পাল্লিবা থোঙদু নমলদুনা ইনে কুমুনা কৌরকই -"লৈহাউ। লৈহাউ। থোঙ হাংদোকউ।"

হন্ন-হন্না কৌই, কনামতা খুমলকত্রবদুদা শাউরদুনা ইনে কুমুগী খোঙপাক অচৌবদুনা থোঙদু কাওখায়রকই। ফক্তোক্কুনা লময়ায়দা ফদ্রাক তাই। মখোয় ময়াম গ্রুং হূপচিল্লি।

ইনে কুমু শ্বায় লাউই। চণ্ডশিল্লুবা খোঙথাঙ চপ লেপলদুনা "মীয়াম পূন্নমক অমুক্তা তপথবীখো।" মখূৎ খল্লদুনা ইনে কুমু হূপচিল্লকলিবা মীয়ামদু খামই। "ময়াম মপান্দা লোইনা অমুক্তা হন্দোকপীখো!"

"কৈদৌরে কৈদৌরে?"

ময়াম ইরাও লাওনরকই।

য়ুম শাগৎনবা ইংখোল শেংদোকপা হৌরনি হায়রম্বনি।"

মচে অহনদুগা ফাইবোক পোকমীন্নবী মচানুপী য়ায়মসি লাইরিক য়ান্না ফবনি। তাকপগা ফাবনা হান্নি। অদুবু মপা লৈখিদঙেদগী মখা তমথবা ঙমদনা অদুম্মক তোকলে। ইমুংগী মথী-মকুম পুম্বা মানা পুই। মথৌনা মরিংজেল য়ান্না লৈ। মানা ইমুংগী লৈত-লায়রগী মমাগী অবা-অনাগী শরূক তংখায় পুই। মমাগীদমক বাবীরুদুনা চাক থোংনো থোংনো চাকখুমদগী মানা হায়রকই - "হয়েং পীদবা য়াদে হায়রিবা নিশা বন্দগী জরিমনা লুপা লিশিং অমদুনা কদায়দগী পীগদৌরিবা?"

ফমুংদা হীপলিবা খোমথকলাই চুরবী থাদকী নুপী মচা অনীদু কপ্পা হৌরকই। নাগ-নাবনে, পীজ-পীথকপসু ঙমদে, লায়েংবসু ঙমদে, ঙাশেপ অকংবেদু মঙায়রে। মচানুপী য়ায়মদুনা ফমুংদগী কপলিবা অঙাঙ অনীদু থাংদোরকলগা মমাগী নাক-য়েৎ শেগাদ থাদরে। খুইরবা মাগী করিসু য়াওদ্রবা চবৎনরবা খোমলাং অনীদু নাম্ম-নাম্ম চিংহন্নি।

ইতোন তোম্না পোকপা নুপা মচা অনীদুদি মবুক য়ান্না ফৈ। শুকপ কপতে। চহী তরেৎ নীপাল মুক্তা ঙায়রিবা থরো অমসুং থম্বাল মচীন মনাওনা অমমম পোবীরি। নুপীমচা অনীদু অঙাঙ পোনা পোনা নুংথিল নুমীৎচুপ্পা চেন চোংলুবগী বারদুনা মখোয় মখোয়গী শেগাদ অঙাঙদু কোল্লদুনা ইবাউ-বাউবমথৈ বানা শাবা কাংথককী ফমুং অদুদা বোরাগী ফৈজুপ মুন্ন-মুন্নদুনা নাখোজুনা তুমথবা হৌরকই।

খঙহৌদনা মমাগী সেবা তৌহৌবী নুপী মচা অহলদুনা পাখৎনা লাউরকই- " খোইবী। ইমাসে কৈনোম তৌখ্রে ।"

"হা। কৈদৌরবা ইচে।" খোইবী পাখৎনা চাকখুমদগী চেষ্টোরকই।

"ইমা। ইমা।" হায়না মখোয় অনীনা মশা নোমদুনা হৌদোকই। খুমলকখিদ্রে, মখোয়গী মমা লৈহাউদু অমুক খুমলকখিদ্রে।

"চৎলু খোইবী। মনীংগী ইপু তোম্বা অমুক্তা কৌরু।"

খোইবীনা মমাবু কোল্লদুনা ঙহাক কপলুরগা হায়রকই - "কৌরনুসি ইচে। ইমাসে ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোকলমলগা ঈংনা পোখাগ্রমান্নে। মাবু অমুক তুম্বা কায়হল্লনুসি।"

মখোয় অনী মমাবু কোন্দুনা কপলে। মখোয়গী আশাগী থাউমৈ মূংখরে ওসিদি। অমুক হন্না চুখৎচনবা মৈরাসু লৈত্রে, থাউসু য়াওদ্রে, দোসিসু পুম্নতুম তুমগ্রে।

খোইবী মমাবু কোন্দুনা কপ্পমখৈ কপলমলগা মাগী কাদ চঙখি। মল্লবা লাইরিকশিং নৌহৌননা ফাক্লুনা য়েংলকই। ইমূংগী কাচিন কোয়া কোয়না চৎলি। মানা করিবু অমুক থিরিবা? নুমীৎতুগী অহীং অদু লৈহাউগী ইমূংগী তমথীরবা অহীং অমনি।

অয়ুক্কী পূং তরামাথোই তারে। নিশাবন্দ, মৈরা পায়বী, লমজীং লমতাকপা ক্লবকী মেম্বরশিং অমদি মীয়াম হূপ্পা খল্ল-নৈনরবা মতূংদা লৈহাউনা জরিমনা পীরগদবা পূংফম হেনখিবদগী মাগী য়ুমদা মীয়াম হূপ্পা য়াম্না শাউনা লাকখি।

"মখোয় থোঙ লোনশিন্দুনা লোৎখ্রে। মীয়াম পুন্নমক মাগী য়ুমসি কোয়শিনবীয়ু। মনীং ময়াদ ফাওদুনা চেনখিবসু য়াই। মখোয়বু ফারগা লৈকোয়সিদগী থাপ্পা তানথোকখিদ্রবদি ঐখোয়গী লৈকোয়সিগী তুংগী ইজ্জৎ য়াম্না শোল্লকনি। মখোয়বু ফারবা মতূংদা ময়ুমসিসু মৈ থাদোকলসি।"

মীয়াম্না পীকলবা ৱাগী তুগদৌরবা খাংপোকতু ইনে কুমুগী য়াথং মতুং ইন্না কোয়শিল্লি। চেগী উপু শিদোকলগা ৱাচেৎনা তেপ চপতুনা পাল্লিবা থোঙদু নমলদুনা ইনে কুমুনা কৌরকই -"লৈহাড। লৈহাউ! থোঙ হাংদোকউ।"

হন্ন-হন্না কৌই, কনামতা খুমলক্ত্রবদুদা শাউরদুনা ইনে কুমুগী খোঙপাক অচৌবদুনা থোঙদু কাওখায়রকই। ফক্তোক্লুনা লময়ায়দা ফদ্রাক তাই। মখোয় ময়াম গ্রুং হূপচিল্লি।

ইনে কুমু শ্বায় লাউই। চঙশিল্লুবা খোঙথাঙ চপ লেপলদুনা "মীয়াম পুন্নমক অমুক্তা তপথবীখো।" মখূৎ খল্লদুনা ইনে কুমু হূপচিল্লকলিবা মীয়ামদু থামই। "ময়াম মপান্দা লোইনা অমুক্তা হন্দোকপীখো!"

"কৈদৌরে কৈদৌরে?"

ময়াম ইরাও লাওনরকই।

ইনে কুমুনা মীয়ামবু মপান্দা ইখোরকলগা মীয়াম পুম্বা শুমাঙদা লেপহল্লে। নিশা বন্দগী সেক্রেতরি থোইবীমচা, মৈরাপায়বীগী প্রসিদেন্ত তোনু, সেক্রেতরি ঙাঙবী; লমজীং লমতাকপা ক্লবকী প্রসিদেন্ত খোইমুবা অমদি সেক্রেতরি খোইঙৌবা মঙাবু মীয়াম মরক্তগী অখন্ননা কৌথোরকই।

মখোয়শিং অদু তহা তহা মীরক্তগী লীৎশিল্লকই। মখোয় তরুক পুল্লবা মতুংদা ইনে কুমুনা মীয়ামদা লাউথোরকই -" ময়াম পুন্নমক করিমতা লেঙথোকপীগনু, অদুমক ঙহাক্তংদি ৱাবীবা তারে। ঐখোয় তরুক ইমুংসিগী ফিভম অমুক্তা য়েংশিনজখিগে।" অসি হায়রগা ইনে কুমুনা মখোয় মঙাদা ৱা খর লোন্না হায়খি। অদুদৈ মখোয় তরুক ইমুংদা চঙশিনখি।

ওহ্মোকপা দৃশ্যনি ইমুং অদুগী।

য়েংহৈদে।

মখোয় তরুকমক মশানা মশাবু সোর হোল্লিব্রা য়ৌনা নীংশিং-নখিদে।

চপ লেপতুনা লৈনখি।

মমাদু ফুঙ্গাগী নাকনদা লোংনা তাদুনা লৈ। সেগাদ পীকলিবা মচা মরিদু তারি। নুপীমচা অনী অমনা নাকনদা থারিবা ৱাগী কাংথক মথক্তা উপনা উপনা তাদুনা লৈ। অদুগা পুংকক চাউরবী অনীদুমদি চাকখুমগী লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈরম্মী। মখোয় লোইনা শিরে।

থুনমক খোইমুবা অমদি খোয়রাবনা মনাক নকপা পুলিস স্তেসনদা পাউ পীরুবদগী পুলিসকী গাডী থুংলরে।

ও, সি, সাহেবনা ইমুংদা চঙদুনা কোয়না য়েংই। লৈমায়দা তারিবা নুপীমচা অনীদুগী মনাক্তা হু তোৎলবা চাক পুখম অমসু ইচাই চাইনা লৈ। মনাক্তুদগী থুপচিল্লবা চে অমা খুনগৎতুনা ফাকতোক্লগা য়েংই। অপৈবা অঙাঙগী খুৎইনা অসুন্না ইরম্মী ।

"ইবোক কুমু, ইনেহল থোইবীমচা, মাবোক তোনু অমসুং নেনে ঙাঙবী; লোয়ননা খাতোন খোইমুবা মামো খোইঙৌবা ময়ামগী মফমদা

খুরুমজে। মদুদি থবক অসি ইচে হনবী ইবান্নিনা য়াম্না কুইনা খন্নরবা মতুংদা পাঙথোকচখিবনি। ঐখোয়গী বাবা হাকুম অমা হাৎতোকখরে। ইমাসু ঙসি শিখরে। ঐখোয় অঙাঙ ঙাক্তা নিপাল, করম্না হিংহৌবা ঙমগনি? কনানা ঐখোয়বু থাকপীগনি? ঐখোয়গী য়ুমসু ইংখোলসু মাম্ম চাউভলনা লৌখ্রবনি। ঐখোয় কদায়দা লৈগনি? ঐখোয় য়াম্না কিরে। ঐখোয়না কনাদগী শেল লৌরগা নখোয়গী লুপা লিশিং অমা পীগনি? ঐখোয় লোইনা ইমাগা বাবাগগী মনাক্তা চৎলসি খন্নরে। অদুনা হু চামিন্নদুনা ঐখোয় লোইনমক ঙসি শিমিন্নরবনি।"

নখোয়গী

হনবী অমসুং খোইবী ❑

# হল্লকপা

"করম তৌরে নহাক্কী থবক হায়দুবু?"

"য়াদ্রে, হন্দকসু য়াওরকত্রে।"

"অদুদি শেলদু হন্দোকপীরো হায়রুরো।"

"হোয়।"

শেল থৌবা চৎলি।

পঙচৎত চৎলি।

করিমতা ফল তাদে।

মহাজননা শেল থৌই।

পঙথৌদা থৌই। শেন্দোয়না শেল্লেপ অসুম অসুম ওনখৎলকই।

ইবোহল তৌফম অমতা খঙদে। ওসি মঙানিসিগী মনুংদা য়ুম ইংখোল

দোখোল থাদোক্লবা মমা-মচাদা হায়বীরম্মী মহাজননা।

নুংমিদাং খুদিং ইবোহল পঙচৎতা চৎলি। অহীংসু থেঙনা থেঙনা হনজিল্লকই। য়াহৌ থেঙনা থেঙনা হৌগৎলি। হায়বা ঙাঙবদা করিমতা নাচুংদে। মমানা পেরুক কেঙোই অয়ুক চুপ্পা থিরুই পাৎ কোমদগী। মদু নুংথিল কৈথেন্দা য়োল্লুরগা নোংমগী মমা-মচাগী চরা ৱানা তাল্লি। তৌফম লাকফম শুকখঙ খঙদে ইবোহল। পুন্সিবু মহাও ওম্থোক্লা য়াওদনা খল্লকই।

য়ুমলোন্নবনা অসুম-অসুম ৱাংখৎলকই। অসুম-অসুম নুংঙাইখৎলকই। মচা-মশু য়াঙ্গোন অমা থবকসু মথঙ-মথঙ তৌশিল্লকই। অহীং নুংথিল নুংদাং খায়দনা মীনা ঙরং ঙরং তিম্লে। লক্ষ্মীনা ওরো-ওরো হৈজিল্লি। পুন্সিবু ওম্থোক্লা মরেক মহাও থোকনা হিংবগুম উই।

ইবোহল মমা-মচাগী ইমুংদু তরক-তরকই। তুমীৎ ফাওবা পাইদে। ময়াঙ কংলবা হৌদোং অরাংবী অমখক লৈজে। মদুসু হল্লকখিদরে। য়ুমলোন্নবগী লুখাক কোমদা কুন্দুনা মপুক থন্নবা হোৎনহৌবদু নোংমা ইবোহলনা উখি। লৈতুম পায়দুনা তাল্লুবদগী অদুম হল্লকখিদরে মখোয়গী লায়র খংপোকতুদা।

অমতা পোকচবা মচা ইবোহলবু মেট্রিক ফাওবদং তমহনবদা লৱাই লুরেন তাঙলবী শখিনা নোংমদি খাঙবা ঙমদ্রদুনা মচা নুপাদুদা হায়খি -"ইবোহল, নহাকপু অদুম্না অসুম লৈবদি খক য়ারোই। সরকারগী থবক ফংদ্রবসু পাৎ-কোম কুমদুনা চীং-মান চৎতুনা করি করিনো তাল্লুবসু য়াই। নমান্নবা কয়াসু তান্নরি। সরকারগী থবক ফংদে হায়দুনা নোংমগী চরা অনীদি লেপ্পা খক য়াদে। ইমাগী ইতেঙ খরদং ওইরবসু পাংউ।" মমানা হন্ন-হন্না হায়খিবা ৱাহৈশিংনি।

মদুগী ওন্ন-তৈনবদা নোংমদি ইবোহল য়ুমদা হল্লকখিদরে। অদুম্মক হল্লকখিদরে। শখিনা নুত্তি নুমিৎ খুদিংগী কৈথেন্দগী কুমলকলগা পোদোন মৈরী চাউনা থানগৎতুনা থোঙ্গালদা মচাবু ঙাইজে। ৱারক্লবা মতমদা কপ্ন-কপ্ন চঙলকলগা তুমখে। মমঙ মহা কয়া নুংঙাইতে। মীৎকপ খংথোক খংথোক থোকই। অথাপ্লদা হুই মখোল তারকপদা ফুক হৌগৎলি। মচা লাকলমাল্লে হায়দুনা পোদোন চুখৎলদুনা থোঙ হাংদোকলগা ঙাইজে। মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙারদুনা হল্লকত্রবা মচাবু ঙাইনা-ঙাইনা চীংখৈ ফিদুপ হল্লকখিবা অহীং মশীং খঙলকখিদরে।

লাইবক চাউবী শখিগী অৱাবা কনানসু শরূক য়াবীখিদে। লৈকায়না চিবোন-চিবোন ঙাঙনবা তারকই -"ইবোহল মতমগী য়াওল্লোই য়াওখ্রে। মমাসি শোয়ররোই নোংমদি সিফায়গী চৈ চাবা ....।"

"মসিবু অচুম্বমক ওইরিগদ্রা? ....." শখিনা খল্লি। অরেপ্পা পাউদি খক খঙবা ঙমদ্রি। নোংম-নোংমা হৌখিবনা চহী ওনখ্রে।

নোংমা অথেঙবা অহীং অমদা শখিগী লায়র খাংপোক্তা থোঙ থীল্লে শকওল্লবা য়াওল্লোয় খরনা।

শখি থোঙ হাংদোক্লুনা থোরকই -"কনা কনানো ইচাশিংদি?"

"ইমা, ঐখোয় মরূপ ইবোহলনা থারকপনি। ঐখোয়গী নূংশিরবা মরূপতুনা ইমাগী মফমদা শীন্নবীয়ু হায়দুনা পোৎয়োমসিমা পীবীরকই।"

"কদায়, ঐগী ইচা ইবোহলবু হিংলিবরা? মাদি কদায়দা লৈ? পাঙ্গল শোল্লবী মমা ঐবু করি ৱারৌবা লৈদুনা মানা অসূক কুইবসি পাউ-ঈ পীরকতবনো .......?"

"ইমা, মহাক অথাপ্পা মীরৈবাক্তা লৈরি। পূন্নমক য়াইফরি। ইমাসু য়াইফবা ওইবীয়ু। নোংমা অমুক লাকচগে। পঙ্থবা য়াদবা থবক খর লৈরি! নচাশিংসু য়ৌজরগে।"

করিমতা নে-না তারমদনা শকখঙদবশিংদু অমম্বলক্তা তিনখরে। কপ্পমখে কপলুরবা তুংদা শখিনা মথানুংদা কোল্লিবা মচানা পীরকপা পোৎয়োম অদু নীংশিংলকই। ইমুংদা তপ্প-তপ্পা চঙশিল্লগা পোদোনগী মৈঙান্দা পোৎয়োম অদু থোক্লুনা য়েংই। অচম্বা ফি-রোন খর অমসুং লূপা চাম্মঙা।

"ইবোহল! ইমাগী ইবুঙো ইবোহল! নহাক হিংদি হিংলিদনা ইমাগী মনি! নহাক্তা পীরকপা খুদোল পোৎশিংসে ইমা পামদে। ইমানা পামজবদি নহাক্তা ঐগী মীৎকী মনি ওইজবদুনি ইমাগী ইবোহল ......!"

তোল্লবী শাখিদু লৈমায়দা ৱাঙ্থখরে। মচানা থারকপা পোৎয়োম অদুবুদি মথানুংদা চেৎনা কোনশিনজে।

মতম খর বেজ এরিয়াদ ত্রেন্ তৌরুরবা ইবোহল মমা লৈবাক্কী সেবা তৌনবা থোরকলে হায়নদি তাখিবা কুইরে। অদুবু মচাগী চেংলৌ

শক্তমদি নোংতসু ঙসি ফাওবসিদা শখিনা উজবা ফংদ্রি। মচাগা চেংলৌ শক্তন্নবা কয়াবু উরুরগা শখিগী থম্মোয় পেখরকই। মচাদু করি চারমনি করি থকলমনি কদায়দা তূমলমনি খনবতনা মাগী নোংমগী মথৌদাং ওইরকলে। অহীং কয়া মীৎশেং খাঙদুনা মচাবু হল্লকপা ঙাইরি।

মরক-মরক্তা শখিগী মফমদা মচানা মতেঙ ওইনবা শেল খর-খর অরোনবা মরূপশিংগী মতেঙ লৌদুনা থারকই। শখিনা মখোয়শিংদু অমতা কায়থোক্তনা থমই। মচানা পীরকপা শেমফম মচাগী লুহোংনবগীদমক্তা মমা ওইবীগী আশানা তুংশিঞ্জরি। মা মশাগীদমক্তদি নোংমগী পেরুক কেঙোই, থরোই, শীংজা, অফংবা খর থিরুরগা মদু য়োল্লগা হেন্দোক্লা চরা নোংখন্নজে।

মথঙ-মথঙ পাউ তারকই। মাগী মচা ইবোহল য়াম্না চাউরে। মখাদা খোঙলোয় চাম্ম-চাম্মনা খূজিং ওইদুনা ইল্লে। মাগী য়াথং অমদা মী অমগী থৱায় কনবা ঙমলে। মাগী অশুকপা মীৎয়েং অমতংদা মী কয়াগী থৱায় মাঙহনবা ঙমলে। মাগী অরোনবা মিংলেন তাবদা কিনবনা থক থক নীক্লরে।

"ঐগী ইচানবো! লায়রবী কনা লৈজদ্রবী তুশোল্লবী ঐগী ইচানবো! মালেমসিদা পাইরিবা তূমীৎ ফাওবনা উশীৎপীদ্রবা ঐগী ইচানবো! লায়রবী মমাগী মতম্বাক্তা চাউখিবা, শেগায়রবা ফদি ফরানা য়োমদুনা পাখঙশারেপ ফাখিবা অদুগুম্বা ঐগী ইচানা ঙসি ফমথোল কারবা ! হিঃ অকনবা পোকপী মমা ঐনা ঙসি করিগী অসূক পিদোন্না লৈফম থোকপগে?"

......... নীংশিংলকই নোংমা মচানা হায়রম্বা ৱাহৈশিং - "ইমা! নচাগী পাম্বোম পাঙ্গল চাউরকলে; করিগী ইমানা পিদোন্না হিংগনি? ঙসি ঐগুম্বা পিদোল্লবা শঙ্গ লৈজদ্রবা কয়াগী শুফম নোমফম পীবীয়ু হায়দুনা লুপা কোকথোঙ পীরবদসু খোঙপাক্লা কাওথোক্তুনা তাম্থোকপীরক্লি। ঐগুম্বা মমল য়াওদ্রবা মচা কয়াবুদি তরাম্না কৌরিনে মীনায় য়োৎহিলং চল্লবী ইমানা! মদুবুদি থবক নত্তবরনে ইমা....?" মচাগী ৱাহৈশিংদুগী অর্থ অহল ওইরবী মমাদুনা ঙসিতা অর্থ খঙলকপগুম তৌরকলি।

অহীং অথেঙবা কয়া অমম্বা মরক্তগী শকফাওনরকপা নীংতম লাম্মী কয়ানা লাক্লুনা শখিগী মফমদা অহানবমক্তদা মঙক নোন্না খুরুমজে। মচানা তল্লকপা খূদোল কয়া কৎলৈ। "অকনবা পোকপী ইমা! কুইনা পুন্সি নুংশাংনা য়াইফবা ওইবীয়ু!" অদুবু অৱা নুংঙাইগী ৱারী ৱাখোঙ অমতংদসু

থম্মোয় লকানুংদগী ফোঙদোকচনবগী তাঞ্জাদুদি পীনবীরমদে। হেক্তমক মাঙখি অরোনবা শক্তমশিংদু অমম্বা মরক্তা শ্বায়-শ্বায় .....।

অকনবা মচা পোকচবগী চাউথোকচরবী শখি ঙসিদি য়ুমলোম্নবা ইনাক খুনবশিংনা তাথি-তাওইনা তৌবীরম্বদু লেপখ্রে। মাবু উরগা কি তূক্কচবগুম, হঙ্গোইবগুম তৌবা, মহৌশাগা মান্নদবা মওং মতৌ কয়া উরকলে। শেল কন্ন-কন্না থৌরম্বা মহাজন লাকখিদরে। য়ুম ফূকলগনি কিহল্লম্বা মরা মপাউ তাখিদরে। থবক হাপ্পা ঙমদনা শেল চারম্বা মফম তারবা মন্ত্রী মখোঙনা থোংনা নোংমা অথেঙবা অহীংদা লাক্লুনা লায়ররবী শখিগী মখোঙদা তুরদুনা মাবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু হায়দুনা শেন্দোয়গা কোম্ননা লৌরুবা শেনফম হন্দোক্লুরে। হন্দোক্লবা শেনফম পুদুনা মপুরোইবনা থম্বীরম্বা লৌরি য়ুমফম মহাজনগী মফমদগী হন্দোকলুরে। মহাজন্নসু মাগী শেল্লেপখক্তং লৌহৌরগা ইনখিবা দলিল শখিগী মফমদা শীন্নরকলে।

ঙসিদি মচা পোকচরুবগী মহয় য়াল্লবী শখিনা মচাগী ফোটোবু কোল্লদুনা হীক্ল-হীক্ল কপচরকই! "অসিনিদনা ইচা পোকচবগী মহয়! পেল্লে ঙসিদি লায়রবী ওইজরবসু, খংপোক্তা লৈজরবসু, পুন্সিগী তেল্লবা মীৎকুপ অসিদা ফংজরিবা মীওইবা অমগী সন্মান অসিতবুনি মীওইবা অমনা মীওইবা অমগী মফমদগী পামজরিবা! অসিদগী হেনবা ঐ করিসু পামজদে!"

নোংমা সিফায়না মাগী খাংপোকতু কোয়শিল্লি। মাবু ব্বাহং পাউহংখি। শখিনসু খুমজখি অচুম্বা খিবিক। অদুগী তুং শখি ওইরে সিফায়শিংগী য়েক্লবা।

শখি মৈরাপায়বীগী প্রসিদেন্তনি। ললোনবা মচেৎ লৈবাক্কী সেবা তৌরকলে। মাগী তুং মৈরা পায়বী চাম্ম-চাম্মনা লেপলী। মতমগী য়াওল্লোই খুদিংনা মাবু য়াই। সিফায়গা মায়োক্লরবা মতমদতা খঙলকই, লাইরিক হৈত্রবী মৈতৈ লৈমসিগী মগুন। অদুনা মখোয়না য়াজে "ঐখোয়গী লুচিংবী শখিনি। মামুক মথৌনা মরিংজেল লৈবীবু লৈরমখিগদ্রা মালেমসিগী নুপী লক্ত!"

চহী থরগী তুংদা,

লৈবাক অসিদা য়াওল্লোয়শিংগী ইব্বাঙ অসুক্কী মতীক কনশিল্লকখি। নোংম-নোংমগী মীশি-মীনাগী ব্বারীতনা পাউ-চেগী লামায় খুদিং থল্লে।

অয়ূক্কী চা হোতেলশিংগী নোংমগী ৱাহৌদোক মসিতনা ওইরে। তনৌ-তনৌরিবা নহারোল কয়া কয়া মশীং নাইদনা মফম খুদিংদা শিখিবগী ৱারী লোইবা নাইদে। মচা কায়নরবী মমা ওইবীশিংগী মীকপখোল মৈত্রবাক্তা লেপ্পা লৈতে। অঙাঙবা মোংফমগী নীংশিং ফুরা লৈরক কোনশাং খুদিং মশীং নাইদনা শাগৎনরকই।

অমরোমদা সরকারগী কর্ম্মচারী, করবারৱালা, থিকাদার, ব্যুরোক্রেট অফিসার, মন্ত্রীশিং অচৌ-অচৌবা শেনফমগী দিমান্দদা অহীং নুংথিল তূমফম-চাফম থবকশুফম খঙজিল্লকত্রে। শেল দিমান্দ তৌরকলিবা য়াওল্লোইশিং অমদি শেল পুথোকতুনা পীগদৌরিবা মীওইশিং অনীগী মরক্তা উংখৎনবা কয়া, খৎন -চৈনবা হাৎন-শুনবা কয়াসু য়াওনরকলে। উপাই লৈজদ্রবা শেম্থোক য়ামজদবা কয়াদসু দশাগী মপান তাং, নুংশিনদবা কয়াগী কল্লক মীৎয়েং চঙ, হুনজিনবীবদগী অরূদম্বা পোৎলুম, পুবা থাংবা ঙমদবা কয়াসু থোঙ্গৎপীবা য়াওদবা নত্তে। মতমগী নুংশিৎনা হুমলকপদা লাঞ্জেন্নরবা কয়াসু মরন-মথুম, সনা-লূপা কায়থোক্লদুনা মতমগী অকনবা নুংশিৎ মায়োকনরকলি।

অমরোমদা লৈবাক্কীনি খন্ন চোংথোরকলিবা য়াওল্লোয়গী মায়খুম উপশিন্দুনা লান্ন মীগী মরল লুট-তৌবা, গাড়ী লাকপা মুনবা, নুংশিনদবা নুংঙাইনদবা মরম খরগীদমক মীবু মমল লৈতনা হাৎপা তূপ্পা কয়া অমসু খুদোংচাবা লৌনরকলি। মখোয়বুসু অমুক থি-হুমদুনা অচুম্বা পাম্বা য়াওল্লোয়শিংনা হাৎপা অহকপা চৈরাক পীবনচিংবা চত্থনরকলি। পূন্নমকসিগী ফলনা নোংমা কাংদনা পাউ-চেগী লামায়দা শক্তমগা কোন্ননা ফোঙনরকপা লেপত্রি।

মচাগীদমক অহীং নুংথিল অনীদা উংজা পুজরিবী শখি পাউ চেশিংদা ফোঙলকলিবা ময়ামদুগী মরক্তা মাগী মচাগী মরমদা য়াওব্রা তত্তনা য়েংজৈ, হংজৈ।

নোংমদি অথাপ্পা চীংনুং অমদা সিফায়শিংগা য়াওল্লোয়শিংগা অকনবা খূৎ থোক্লরকপগী পাউনা লৈবাক শীনবা থুংনা ৱা-ৱা লাউনরকখি। ৱাফমদু মন্ত্রী অমগী ইমূংগী ৱাহৌদগী ওইনা তৌখি। লুপা লাখ কুন্থ্রাগী দিমান্দগা মরী লৈননা কুইনা নিংঙাই শংদানরকপদগী মন্ত্রীগী মচা অমা কিদনেপ তৌখি। মদুবু থিব হূম্বগী থবক চত্থনরকপদা মৈরীকপীদগী মৈজাওবী হৌখিবগী ৱাফমনি। নুমীৎ কয়ানি লেপতনা চত্থরকপা কোম্বীং

ওপরেসনদা সরকারগী সিফায় কয়া য়াওল্লোয়গী লান্মী কয়া থব্রায় থানখিবগী ব্রাফম নোংমা কাংদনা পাউ-চেগী লামায় থন্না থন্না ফোঙনরকলি।

খরনিগী তুংদা নোংমা-

লায়রবী শখিগী অমতা পোকচবা মচা ইবোহল চহী কয়াগী তুংদা মাগী লায়র খংপোক্তা হল্লকলে। অহানবা উরুবদা মাগী মচাদুনি হায়ববু কাউরুরে। মপোপ মতাঙ ফনা ইনখৎলকলিবা, পূপ পূপ লাউরবা মশা শীনবা থুংনা চোরফোন মচুগী ফিজোলনা লৈতেংলি। মখল-মখাগী বিলাই রিবোলনা থবাক লেংজুম, পাম্বোমদা ঙাম্বোইরি। অদুবু নুংশিরবা মচাগী মথ্বায়দি য়াওরমদরে। মমা লৈবাক্কী সেবাগীদমক কৎথোকলমলে। (সখিনা খঞ্জবনি) লেমহৌবা হকচাং পোল্লাংদুনা চহী কয়াগী তুংসিদা মাগী মল্লবা লায়র খংপোক্তা হল্লকলে। মদুবু কোল্লদুনা মচাগী মায়থোংবু য়েংলগা শখিনা কপ্পগী মহুৎতা মোমোন নোক্লকলে। হায়রকই -

"চৎলোকো ইমাগী অথৌবা! মীওইবগী ইজ্জৎ ঙাক্লা নঙনা ঙসি চৎখিবসিদা নমা ঐ কপলরোই!"

অদুবু থিংঙমদ্রবা মীৎলুগী পিরাংদুদি মরি-মরি শীঙ্করকলি। ❑

# রাধিকা

রাধিকাগী পান দুকান্দা নোংমগী অমুক্তং য়ৌহৌদ্রবা, নুমীৎতুমা ঐ চাক চঙদে। ঐগুম্বা কয়াসু অদূম তৌরমনি শোয়দনা। অদুবু ঐনা খীৎ মহেল্লব্রা? মীগীদি মরক মরক লাকপা, অচৎ-অওকতা ক্না অমা, হৈ-অমা অদুক চাখিবগী, অদুগা ঐগীদি মদু নত্তে, ঐ রাধিকাবু এদিক ওইরবনি। ঐগী নূপীদগী মানা করিদবু হেন্দুনা মঙোন্দা অদুক খৌরাংলুবনো? হোয়, মহাক মশক ফজে, ফজদে হায়বদি ঙমলোই। অদুনবু অদুক য়াম্লবা পান দুকানশিংদুগী মনূংদগী মানা পোৎ তম্বা ঙমদ্রগা অতৈনা হকাম চন্দুনা লৈরিবনি।

মচীনদি য়াংখ্রে রাধিকাসি। মাগা ঐগা করিনুংগী খঙনরুবনো। য়ানা তানবা শেল লন-থুম পাম্মুবা লৈতে মাগী মফমদা খরচ তৌবদা। মাগী কাথা চুরবা মখুৎতুনা ক্না মতপ অমতং মোম্মৌন নোক্ক-নোক্না য়ারী শার-শারগা (য়ারীদুসু নুংশি-নুংওনগীনি, পাখঙ-লৈশাবীগীগুম) মতম য়াম্না চঙনা তপ্পী। (ক্না তপলিঙৈ মনূংদা মী অতৈ পোৎ লৈবা চঙলকলবদি মানা নিংথি নুংঙাইনা তৌবীদে। মদুসু ঐ খঙই, ঐঙোন্দা চাঙ্গ পীবনি।) অদুগা ঐগী য়ানুংদা ইনশিনবীরকই। "হাউব্রা য়েংউসে শকহেনবা!" মানা নোক্লগা হায়বনি। নোংমনা "পাম্মুবা" নোংমনা'মুক "নুংশি থোইবা"।

থম্মোয়সে পেখরকই অসুম অসুম।

নোংম-নোংমা হৌখি। থা খর হৌখি।

রাধিকাগী ক্বা মতপ অমদা লুপা য়াঙ্খৈ চাম্মদি অদুম্মক কেলহৌই। মোন্দা নুংঙাইনা নিশা শাম্নরগা লাকপা নুমীৎতুমদি মানা তরাম্না মাগী পান দুকানগী মনীংথোঙ হাংদোক্লগা ঐবু ফমহল্লি। মাগী ইনফি অমনবা অমা নত্রগা অরৈবা অমা হেক্তা থাবী। ঐ কয়াদ লাইবক ফত্ত্রবনো! অদুদগীদি নুংশি ৱারীনি, নুংশিবগী ৱারী মথঙ-মথঙ। অসুন্না মাগী মনাক্তা ঐনা লৈহাউ লৈরেলগী মনমগা লোয়ননা ৱারী শাবদু মানা য়াম্না খোয়দাজে অমদি চাকচৈ হায়। মানসু ইফমদা মাগী শমজিদগী লৈনাচোম লৌথোকলগা অমুক্তং নুংশিনা মনম নমহৌরগা ঐগী জেপতা থেৎচিনবী। ঐনা মাগী মখুৎপু খুবামনুংদা চেৎনা পায়শিল্লগা হায়খি - "রাধিকা নঙগী ননাক্তা অসুন্না ঙহাক পোথাবসি অৱা-অনা পুম্বা হেক কাউই! পুন্সিসি মহাও লৈবগুম উই।"

মহাক করিসু খুমদে। কাজলনা হায়বা মাগী কোয়রাওনবা মমীৎ অনীদুনা য়েংবদমক ময়েংগি। লংলবা য়াতোন কাঙনা মোমোনতমক নোকই। অদুবু মায়থোংদাদি তঙাং তঙাংলকই, নুংশি ঈনোৎ তত্তনা কারকপদুমদি ঐগী থম্মোয়দা ফাওই।

"ঐগী নীংবা অমুক্তদি থুংহল্লুদনা? করিনো নঙগী অপাম্বসু হায়য়ু, অঙম্বা ওইরবদি পীগে।"

মী লাকই। পোৎ তমখি।

"তামো পোথাবীরমলি!! ইতৈমা, তামোনকা নঙগী দুকানসিদা পোখবীরিবসে নরাইরক ফত্ত্রেদা ....... লুনা তৌ লুনা তৌ চৎলে চৎলে।" মথোঙ চাদবা অঙাঙশিংনা লংনরম্মী।

নুপা ওইবগী অহুমলক হায়বদু য়েংলে। হৈ লৈর-থাঙ লৈত, থাঙ লৈর হৈ লৈত হায়বদু চপচানা থোকখ্রে। অমগী শোয়দনবা হোৎনৈ অমনা অমুক শোয়হল্লি; অমদু অমুক শোয়দনবা হোৎনৈ, শোয়গনদবদুনা অমুক শোয়; হন্ন-হন্না ঐ মায়থীরে। নীংহম্নগনদ্রবা ঐঙোন্দা নীংহম্নবা অমা ফাওরকই। রাধিকাগী মনাক্তা চৎপসি তোক্লগে খল্লে।

“করিগীনো নহাক্কা লাকত্রিবদি?”

“ওম্বোকপা তাঞ্জা হায়বদুনি। ইচা চাউপোকতু হরাও-হরাও থুং-লরে ঙরাংদু হেক। মপানা চাক পীজখিদবা য়াদে হায়দনা চাক থোংবা তাখি। তৌবদি ঐবু অমদি মপাবু শাউদুনা খোঙ্গুল তারকখিদবসি চহী অমা পুরা ফারবনি। নুমীৎতুদা মানা ঐবু ইমা হায়না কৌরকখিবদু পুক্নীংসি ইনৌ নৌথোকই।

(রাধিকা অতোম্বী ওইনা লাকখিবনি)

“কয়া চাউরবনোনে হায়রিসিবু ?”

“হেরা মীগী বি,এ, পাস তৌরদুবু।”

“এঃ”

(রাধিকাগীদি চহী কূনথ্রা মুক্তমক মঙায়রমখিনি।)

“নঙদি লাকলে মতম চপ চানা। অদুগা উনগদৌরিবা য়ুমসিগী গেৎনা সোজাউ অমা য়ান্দুনা অসুম্মক লৈরে কমদৌনি সিদে?”

“নত্তে, ঙরাঙবু করি হায়নখিবগে?”

“হেরা অদুই ৱাবুদি শেলকা লুপা চহুমনিসে পীরমলিবা; মাসু থুনদি হল্লক্কনি হায়রম্মী হায়রি মচাশিংসিনা। মচল নূপীগী অনাবা হেনজিল্লে হায়দুনা হোসপিতালদা চৎখিবনি হায়।”

“মদুমা ওইদ্রে খল্লো; ঐদি পুং মাপল তাখ্রবদি দাই লৈতে!”

হায়না-হায়না নুমীৎতুমা তা মাধোপকী হোজঙগী অচৌবা ৱায়খু সো মম্বফাওবা হাংখিদে। মাসু মম্বফাও চান্দ পীদুনা লৈখিবনি। নোং-ঙাল্লগা পাউ পীরকই তামাধোপকী মচল নূপীদু ঙরাং হোসপিতালদা লৈখিদ্রে।

“সাহেব, ঐ ওম্বোক্কা ইকায়জখ্রে নহানগী খোঙফমদু। সাহেবনা ঐগীদমক পাংবীরিবা, তৌবীরিবা ময়ামসিগা। ঐনদি মীগী মীনায় ওইশিল্লুবগী কাঙদ্রম শাবসিগা সাহেবকী নীংবা থুংহনবা হায়বদু শুকঙম হেক ঙমহনখিদ্রে।

ঐদি মখল্লদ্রবনি, বঙ্গলাগী সোসিবু ইচাশিংসিদা শিন্নরমশিরা হায়না। অদুবু মদুনা অমুক্কা হেন্না সাহেবকী অমদি ঐগী খুদোংথীবা ওইবা য়াই খঞ্জবদগী শিন্নরমদ্রবনি। লেঙশিনবীরম্মু সাহেব, ঐ চানবা খর লৌজরুখিগে। নহান সাহেবকীনি হায়দুনা থম্বা বোতলসি মফম কায়দ্রিবনি। ”

মানা অঙাঙবা লীক্কি অমগা গ্লাস অমগা পুথোক্তুনা থম্নম্মী। লূপা চাম্মা ঐনা পী অমুক্কসু, চুরূপ পানা, চান-থক্কবা খর লৈরুনবা।

“সাহেবকী শেল য়াম্না লৈরিদা!”

“লৈসনু । লৌশিল্লুনে সে লৌশিল্লু।”

“তা মাধোপ কৈনোনেহে মসিগী নূপীসিবো? লাকত্রেদনা । মানা ঐবু নমথাক তৌবসি তৌইহে তামাধোপ! হেনমল্লে মসি। মাগীসি হেনমল্লে। কয়ারকনো মানা ঐবু অসূম মতম মাঙহল্লকলিবসি।”

“হোয় সাহেব! তৌবগীদি মরা মপূরোইবা লৈবী নূপীনীনা ....!”

“চুম্মীনেহে তা মাধোপ! মপূ অমা ইচাউ-চাউনা লৈরিকো! ফরে তা মাধোপ, ঐ চৎলগে, ঐ য়াম্না শাউরম্মী হায়না খর তম্বীয়ু।”

ওম্বোক্লা কুইনা চৎলুদ্রে রাধিকাগী পান দুকান্দা। মাবু করম করম পাল্লমলিদগে? ফরে, শংবা নুমীৎ অমদা চৎলুবা হায়দুনি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী নূপীনা চিঠি অমগা শেল ময়োম অমগা পীরম্মী অদুগা হায়রম্মী - “চিঠিসি য়াম্না মুন্না অমুক্তা পাবীয়ু অদুগা অরোইবী অমা হোরেল নুংমিদাং ঙাঙনরসি। মৌসি মকুম মথা সুজিল্লকলে হায়বা কুইরবনি, নোংমতসু ডাক্তরদা পুবীদুনা শেগা-মাইগা তানরুবা শংদে। নচানূপাদু লৈবসু নত্ত! কদায় গাড়ীগী সোদু পীরকউ।”

করিমতা ঙাঙন-শক্লবা নংলমদনা মোন মখাদগী কারগী সোজৈ পুরগা মমৌ নূপীগা লোয়ননা থোকখি থোঙ্গাললোমদা।

ইনম্মা;

লূপা লিশিং অহুম অসি চিঠিসিগা লোয়ননা পীজখিবনি। শেলফমশিং অসি তোঙান তোঙানবা নুমীৎশিংদা তামোদগী ঐনা পূজহৌবনি। য়াম্না চেকশিন্না

তারিক থাদুনা নচলনা হিসাব শুরগা থমজবনি। তামোনা মরূপ য়াওরম্বনি খনদোকপীয়ু। অরেম্বা মফমদা খরচ তৌথোকখিগদবা শেলফমশিং নচলনা মতম খর অচীনবগীদমক শিজিন্নজখি। ঐবু অমদি তামোবু লান্না লৌবীগনু। কুইরে তামোদু লাকখিদরে। ঐসু হয়েংদগীদি মফম অসি থাদোক্কুনা নাগালেগুদা চৎলগনি। ঐগী ইপুরোইবগী থবক্কী কেস ঙম্লকলে হায়। অদুনা মফমদুদা ঐহাক ইপুরোইবগী মরুম থূপ্পা লেমহৌরিবা পুঙ্সিসি লেম্লুরগে, অমুক হন্না পানদুকানসু ফম্লরোই।

রাধিকা ❑

# শারং মনূংগী তোল্লবা জীব

দুর্গা প্রসাদ ধর্ম্মপ্রসাদ এণ্ড কো (ডি,ডি.এণ্ড কো) গী মপু কালিপ্রসাদনা মাগী নৌনা শাজবা লূপা ক্রোর কয়া চঙবা পোখাফম কা, তুমফম কা, অমসুং অরোন অথূপকী কা পুন্না কা মরি য়াওবা মদুসু অয়াম্বনা গনপ্রূফ ওইবা তরুকশুবা মথোলগী শঙলেন অমা প্রসুধার তৌবীনবা হায়দুনা মানা মতম কুইনদগী খঙনদুনা তিন্নদুনা মগুন খঙলবা অশেংবা ব্রাহ্মন মচা পণ্ডিত মনোহরময়ুম গোপালকৃষ্ণচন্দ্রদাস শর্ম্ম শাস্ত্রীজীবু লাকপীনবা হায়জরুবদগী পণ্ডিতজী অসি য়ৌরকলে। মতম কুইনা সংস্কৃতকী অধ্যাপক ওইরক্লবা অহল অসিবু ময়াম্না ইশম শন্না পণ্ডিতজী হায়রগা অদুম্মক শকখঙনৈ। মাগী য়ুম্নাক মমিংনচিংবসি শাংমল্লি হায়দুনা কনানসু নীংসিংদে, পন্নদে। শাস্ত্রী পণ্ডিতজী হায়খ্রবদি সহর অসিদা মাবু নত্তনা কনাবু খঙনদে। পণ্ডিতজী অসি পণ্ডিত ওইবতা নত্তনা মহাজনজী অমসু ওইজরকপা য়াম্না কুইরকলে। মাগী মরৈকায়দা অথু অকাই শেনফম অমতংগী খন্নরকপদা পণ্ডিতজী শাস্ত্রীজীগী মমিং পন্নদবা অতাওবনি। শেনফম পীকপা-চাউবা, য়াম্ব-য়ামদবা নুমীৎ থাবান ফব-ফত্তবা, অয়ুক-নুংথিল নুংদাং, তৎনবা-তৎনদবা নুমিৎ মতম পুংফম খেনফম থিরুবগী থোইনা মথৌ তাদে। মাগী হায়ববু মানা তোয়না হায়বা -"মান কদায়নো? মান

ফরগা লোইরে; মানবু ফত্রবা লালপৈশা নায়! মানবু ফরবা চিন্তা নায়!"

শেল পূবা লাকপা মীগী থম্মোয় মশক চহী য়াম্নব্রুবা পণ্ডিতজীনা মাগী পরার কল্লবা, নাতোন মতোন্দা নাহুখ্রদগুম য়ান্দুনা লৈরিবা আনোক মথক্তগী হুৎতুনা য়েংলকপা মীৎয়েংনা মীদুগী থম্মোয় ফাওনা উবা ঙম্মী। চিখা চাউনা খাকই মপূক কংথোক কংই। মতুনা মশা পুম্বা য়োমই। বাউনা মুই। অশেংবা ব্রাহ্মন মচানি হায়নৈ পণ্ডিতজীবু মীয়াম্না। অহানবা হৌরকপদা য়াম্না বানা নংনা হৌরকলবসু পণ্ডিতজীনা ওঝা অসুম ওইরকপদগী কালিপ্রসাদজীগী মচাবু লাইরিক তম্বীখি। অদুদগী মাগী মপূকচেল তিংবা অবাবা অনংবা মতৌদুদা নুংশিবীদুনা কালিপ্রসাদজীনা (মানদি অশম্বীদা বাবুজী হায়না কালিপ্রসাদজীবু মিংগৌই) মঙোন্দা অফবা করবার অমা শিন্নবীখি। করবার অদুদি অতৈ করিসু নত্তে, বাবুজীগী শীজিন্নবা ঙমদনা পৈরিবা কোকফায় সুজা কারকলবা শেলশিং অদু শেন্দোয় কারকনবা হোৎনবীবনি। বাবুজিনা পণ্ডিতজীদা হায়খিবা হায়ববু -

"ঐগীদি থাদ চাম্মদ অহুম; অতৈদি নঙগী। ঐগী শেন্দোয় শেল্লেপ মাঙবা নঙগী দায়িত্ব!"

পণ্ডিতজীনা অফবা মানগা লোয়ননা তরুক কাবীদা শাম্নে। চহী খরগী মনুংদা পণ্ডিতজী মনিল নাইনা মায়কৈ অদোমদা মীনা শকখঙ মায়খঙনরকই। লায়ররমখ্রবা ব্রাহ্মন মচা অসিনা তৌবা ঙমদবা থবক অমত্তা ঙসিদি লৈশিললকত্রে। অদুম ওইনমক মাগী মশাগী নিয়মদি চেকশিন্না ঙাকচবা ব্রাহ্মন মচানি। অদুনা ঙসিসু মাগী বাবুজীনা মাবু থাজনা তৌবিরি।

বাবুজীগী অবাৎপা করিবু লৈরিবা? মাগী পুন্সি মহয় য়ানখ্রবনি হায়না পাণ্ডিতজীনসু মাবু লুনা খঙ্গবনি। চাউরবা মথোল তরুক্কী দুকানগা কোন্নবা য়ুম অমা তাঙলবা সহর অসিগী ময়ায় চবুকমক্তদা মঙাল তানা মফম চানা চীংজাওগুম লেপতুনা লৈরি। অসিত্তনসু মীওই কয়াগীপুন্সিবু চহী কয়া-কয়া ফমদুনা থাকপা কোন্নরগনি। মদুগী মথক্তা মপানগী সহর খরদসু মাগী মশাগী চাউর-চাউরবা দুকান লৈ হায়না অরি। অচৌ-অচৌবা বেঙ্কশিংদা চাউর-চাউরবা মাগী একাউন্ত লৈরি। ললোন পোৎকী গোদাউনদা পোৎনা ক্রিক-ক্রিক পৈদুনা লৈরি। পোৎকী মমল্ল অমু-মুক কাখৎলরুপদা ক্রোরক্রোরনা খুজিং ওইদুনা শেন্দোং ফংই। মশক নাইরবা কম্পনিশিংগী মশক নাইরবা পোৎ-চৈ পূম্নমক্কী এজেন্সি মানা পায়শিল্লি।

মানা তত্তনা হায়বা ৱাফম অমা পণ্ডিতজীনা হেক-হেক নীংশিংলি "পণ্ডিতজী! ঐখোয়না শেলবু পায়গে হায়দুনা তান্নরুবা অপণ্ডবগী ৱাখন্নি। মানা চানবীবা, নুংশিবীবা মতমদা ইনাক্তা লক্ষ্মী মানা ভাণ্ডার ওইনা লেঙদনা লৈরবা মতমদুদতা শেলনা ইনাক্তা তৃংগনি। নত্রবদি ঐনা লাখ অমা তান্নবা হোৎনরিঙৈ লাখ তরা চৎখিনবা মানা শোয়দনা শীল্লক্কনি। হোয়, মীওইবনা নোমজমন খরদি ফংগনি! থোইদোক হেন্দোকপা হায়বদুদি লক্ষ্মী ইমা ইবেম্মগী থৌজাল নত্তনদি খক ওইরোই।"

অদুনরা মানা ঙসি জগৎকী লাই কোতি কুন্থ্রাহুমদোইবু খোমজিল্লগা ঈরাৎ-পূজা তৌরিবা। ভগবানবু পেলহন্নবা কালি পূজাদা জীববু হিংশা তৌরিবা! কমখ্যা মণ্ডিরদা তোয়ন-তোয়না চৎতুনা হামেং বলি কৎলিবা! "ভগবান্নবু পামলবদি ঐনা ইচা ফাওবা চিংনদনা মাগী মফমদা বলিদান তৌথোকপা ঙমগনি।" কয়াদ শেংলবা ঈশ্বুর-ভক্তনো! কয়া-অকিবা লৈতনা মাগী লৈয়েংদগী হায়দোকপা ঙমলিবনো! অদুবু থাজবদি ঙমদে, হামেং অমবু খুনু অমবু জীব অমবু হেক্তা বলি কৎতুনা অঙাঙবা ঈনা ফ্রি ফ্রি কামলকপা, জীবদুনা মখোঙ মখূৎ ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা খপ খপ চিংদুনা ৱানা লান্নবা হোৎনবদু য়েংলগা বাবুজীগী থম্মোয়দা মায়থোংদা মোমোন নোকপা ঙমলবসু মদুনা মামক্কী মচা ওইরবদা মোমোন নোকপা ঙমলমগনি হায়বদুমদি খক থাজবা ঙমদে।

বাবুজী নোমহৌ-নোমহৌ কাখৎলকলে। ঙসাই মথৈ মাগী নৌনা শাগৎলিবা তরুকশুবা মথোলগী অরং-পরং ময়াম মীৎ কৃপতনা য়েংলমলিবা পণ্ডিতজীনা ঘড়ীগী পৃংজা কতাদা য়েংলগা হায়রকই - "বাবুজী পৃংফম খেনফম চারে, হৌননবা তৌরসি!"

মখোয় অনী পূজাগী পোৎ-চৈ পুম্বা পুথোকতুনা শক শোল্লে। অশেংবা গঙ্গাজলদা তুলসিপত্র থাদদুনা চেঙ-থোইদিং তিংথৌ মতোন্নচিংবা থাদরবা শেংলবা গঙ্গাজলনা মফম খূদিং খীক খীক্তুনা প্রসুধার তৌবা লাক্লরি। কা অমদগী কা অমদা মথঙ মথঙ লানশিল্লকই পণ্ডিতজী মঙলৈবাক্তা পুশিনবগুম থোকই। বাবুজীনা সুইটচ নম্ন-নম্নদুনা অঙক-অঙকপা অরোন অথূপ কা কয়াগী থোঙজাওশিং হাংদোক্লুনা চঙমিম্নৈ। পুন্নমক চাউখৎপা মতমগী ইলেকত্রোনিকসকী ওতোমেতিক দোর সত্তর কোল্লাপসসিবল গেৎনচিংবা পাল্লি। থোঙলা ফকলাংলা খণ্ডবা কয়াসু য়াওরি। মথকলা-মখারা, কুমলিবরা কারিবরা শুকখণ্ড খণ্ডবা কয়াসু য়াওরি। পণ্ডিতজী শকশোল্লি, গঙ্গজল খীকপগী অরোইবা লৈত্রি। অদুবু

খ্বাইদগী ঙকলিবদি শারিবা মথোল অসি কা অহুম মরীতনি হায়না বাবুজীনদি হায়। প্রসুধার তৌরিবা কাদি ফম্না য়াম্লকলে। পণ্ডিতজীনসু হংগে খন্ন-খন্ন হংবদি ঙমদ্রি। কোম্না ঈংনা লোইরগা হংলগে খল্লে।

অরোইবা ওইনা বাবুজীনা পণ্ডিতজীবু কা অমদা পুশিল্লি।

"ইঃ করিনো অসিদি ?"

পণ্ডিতজী পূমঙক ঙকই। মপুক্নীংদা থুক লাউবা অমা পোকলকই। অকিবা অমসু ফাওই। মদু হেক উরুবদা পণ্ডিতজী হঞ্জানবা পোল্লককলে।

মচীন্দা থীরম্বা শ্লোক মন্ত্র লেপখ্রে। কিরবা শকফমগা লোয়ননা মশা পূম্বা পূমপঙ-পঙশিল্লবগুম চপ লেপতুনা য়েংদুনা লৈ।

কা অদুদা চাউরবা শারং অমা লৈ। মমল য়াম্লবা স্তিলগী য়োৎচৈনা কুংনা চেকশিন্না চল্লি। শারং অদু মীওইবনা মমাঙদা খক উখিদ্রিবা মওংদা ডিজাইন তৌদুনা চল্লি। অচৌবা গ্লোব অমগুম উই। অদুগা মদু লেঙহনবা, লৈহনবা য়ানবা মওংদসু শেমই। ফিক্স তৌহনবসু য়াই। পূম্নমক কমপ্যুতরগী সুইতচ বোর্দকুম্বা অমনা কন্ট্রোল তৌই। গ্লোব মানবা শারং অদুগী মফম খূদিং মী চঙবা য়াবা থোঙ পাল্লি। লোনশিনখিবা মতমদা মশা অমতা ওইনা উই। শারং অদু তেবল গ্লোবকুম্না একিসিস অনীদা পৈরপ য়ান্দুনা থমই। মফম অদুগী ফ্লোর অদু য়াম্না নাল্লি। নোরমেল ফ্লোর ওইদে। সুইত্চ অমা নম্বদা ফ্লোর অমা চঙখি। ফ্লোর অমা থোরকই। লৈমায়গা থংনরিবা স্তিলগী বারশিং প্লাস্তিক কোতেৎ লোইন তৌই। বারশিংদু কমপ্যুতরগী মতেঙনা কুংহনবা অমদি ললহনবা য়াই। কা অদু ইয়ার কণ্ডিসন নীংথিনা তৌই। সোব্বর পানবা কোঞ্জিন অনী অহুমদগী কাপথোরকপা ঈশিংনা চামথোক শেংদোকপা য়াই। লোইবগা হিতর থাজিন্দুনা কংহনবগী থবকসু মতোমতা তৌই। তারকপা অমোৎ অকায় য়াওরবা লৈমায়দু চঙখ্রগা অতোপ্পা অমনা অমুক মহুৎ শীলহৌই। য়াম্না সোফিসতিকেতেৎ ওইবা মওঙনি।

বাবুজীনা মসিবুসু য়াম্না থৱায় য়াওনা প্রসুধার তৌহল্লি। পণ্ডিতজী ৱা-লাল অমতা ঙাওদনা মন্ত্র শোল্ল-শোল্লদুনা গঙ্গাজল খীকলি। থম্মোয়নুংদা ৱাহং লীশিং লীশিংনা ফুনগৎলকপগুম তৌই। শাংলবা চহী কুনমুক লোয়নরক্লবা সাধু- বাবুজী অসিগী থম্মোয়নুংগী ৱা, খল্লিবা ৱাখল,

চৎলিবা শাজৎ করিগুম্বা অমতা খঙখিদ্রিবা মীনৌ অমগুম ঙসিদি পণ্ডিতজীনা বাবুজীবু উরকই।

খঙহৌদনা মাগী নাকোংদা য়াম্না ৱানা নাহেরকপা অশোনবা মীগী খোঞ্জেল অমসু তারকলে।

পণ্ডিতজী মন্ত্র শোনবা চপ লেপলে। গঙ্গাজল খীকলম্বা মখূৎ তূমীন্না লৈখ্রে। মনাকোং থাঙ্গৎতুনা তায়, - মান্নি! মীওইবগী খোঞ্জেলনি! ৱারবা মীওইবগী নাহেখোলনি! য়াম্না তোয়না তোয়না তারি! পণ্ডিতজী মশা পূম্বা তু চুংলে। তূমীন লেপতুনা লৈরে, মখূৎতা পায়রম্বা তিংথৌ মতোল লৈমায়দা তাখ্রে!

"করি তৌরে পণ্ডিতজী! শকপা শোনবা লেপলবদি?"

পণ্ডিতজী খংপ্রেক খংই। হংলকই - "ক ..... ক ..... করিনো বাবুজী! ... তারিবা খোঞ্জেল অসিবো?"

"কিরবরা পণ্ডিতজী! কিগনু! খোঞ্জেল অসি ঐহাক্না শাংলবা চহী কুন্থ্রাসি তাদুনা লাকলি! কা অসি মাগীদমক নৌনা শাবীবনি, লৈরিবা শারং অসিসু মাগীনি!"

"ও! শারং অসিসু মাগীনি!" পণ্ডিতজী মমীৎ মনা চপ য়ুংখৎলকই। মখা তারকই- " বিষ্ণু! বিষ্ণু! মাবু বাবুজীদা কয়াম চাউরবা মরাল লঙজখিদুনা হৌখিবা চহী কুন্থ্রা মাবু কৈশুমশঙসিদা থম্বীরকলিবা! অদুগা হৌজিকসু অমুক মীওইবনা অমুক্তা ফংদ্রিবা মখলগী দণ্ডি অসি মঙোন্দা কয়া কুইনমুক পীবীখিগদৌরিবা ?"

পণ্ডিতজীনা য়াম্না ৱারৌনা বাবুজীদা য়েংলকই। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা বাবুজীদি মাগী মায়থোং পূম্বা অশাবা মীৎকী পিনা লুপলমলে। ফৈজোমফিজি লৌখৎতুনা তৈথোক-তৈথোক্না খুমলকখি - " মাগী মপুন্সি চেংজেল লোইবা ফাওবনি!"

"নত্তে নত্তে বাবুজী, মদু অচৌবা পাপ লংশিঞ্জবনি। মাবু থুনমক মনীং তমহনবীখো!"

"ঐনা হেন্না পামলিবনি মদু! অদুবু পণ্ডিতজী, মদুদা ঐগী করিদি উপাই লৈরিবা? লাউ, চঙসি - য়েংলো লাউ মাগী ফিঙম!" অসি

হায়রগা মখোয় অনী মঙাগুবা ফ্লোরদা কুমথরক্তুনা অচৌবা কা অমগী মমাঙদা লেপলরে। খঙহৌদনা থোঙ অদু বাবুজীনা হাংদোকই! অয়াকপা নমথীরবা মনম মহাসু পণ্ডিতজীগী নাতোনদা ফুং লাউনা ফাওরকখি। নাহেখোল অদু হৌনা তারকখি!

"ও! করিনো? চাউরবা য়োৎকী কোৎহ্লিং চারবা শারং মনুংদা মফি মরোল অমতা পক্ত্রবা, খাঙফম খঙদনা থরো-থরো ওল্লিবা জীব অসিবু! মখোঙ মখূৎ অমতা পান্দে, মশম মনা জতা তারে, মমায় মমীৎ অমোৎ অকায়না পূমতৈ তৈরে। লৈমায় অদু অমাং অশোয়তনা পূমচাই চাইরে। কা অদু শায়োকশঙগুম মনম মহা চেল্লে। মতম খূদিং জীব অদুনা খাঙফম খঙদনা শারং মনুং অদুদা লাউ খোংদুনা থরো-থরো ওন্দুনা মরে। ঐখোয়না মাবু য়েংলি হায়বা মহাক করিসু খঙদবগুম তৌই। মাগী খন্নবগী শক্তি করিসু লৈত্রবগুমই।

বাবুজীনা তপ্না থোঙ লোনশিল্লমলগা মখোয় অনী মফমদুদগী তপ্ন তপ্না থোরকলে। ফমফম কাদ ফম্মীন্নরবা তুংদা -

"বাবুজী, মহাকসিবু কনানো? করম্না ফিভমসি ওইখিবনো?"

"ঐগী ইচানি!" বাবুজীনা য়াম্না য়াংনা খুমলকই। মখা তারকই - "মাবু হেক পোকপা নুমীৎতুদা মমাদুসু মচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদবদগী অদুমক তাইবংপালসি থাদোক্লমলগা চংখ্রে।" ৱাহৈ খরসি হায়রমলগা বাবুজী ৱা ঙাঙবা লেপখ্রে। ফৈজোম ফিজিনা তত্তনা তারকলিবা মীৎকী পি তৈথোকলি।

"বাবুজী, করিগীদমক মাবু অসূম্না থম্বীরিবনো? " পণ্ডিতজীনা খৌরাংনা হংখি।

"করিদি উপাই লৈরি?" বাবুজীনা খুমলকখি, মখা তারকখি - "মহাক্কী সেবা ঐ নত্তনা কনানা তৌবীগনি? মীরোল তাবসু নত্ত, হায়ন-তানবসু য়াদ! মহাক্কী নুংশীৎ কাঙলক্লবদি শারংগী য়োৎ ফাওবা চীক্লকইবনি। মমীৎ অনী মৈবুলগুম্না লংখৎলকই। মনাক্তা চঙদুনা পীজ-পীথকপা অমোৎ-অকায় শেংদোকপা তাঞ্জা য়েং-য়েংদুনা চঙদবা য়াদবনি। মসিনি ঐগী অবাবা পণ্ডিতজী। উরেদনা কা অদু পণ্ডিতজী! ঙসাইদা তরু-তরু শেংদোক্লম্বনি। হৌজিক্লা কয়াদা মোৎলমলবা, মনম মহা চেল্লমলবা। অদুগীদমক অনৌবা কা অসিমা মপান্দগী ইঞ্জিনিয়ার কৌদুনা শেমহনবনি।

হান্নদি মাগীদমক য়েংশিনবীনবা ডাক্তর অমা, নর্স অমা, অমোৎ অকায় শেংনবা মী অমসু থন্নম্বনি, অদুবু মখোয় কুইরে লাকখিদবা।

পণ্ডিতজীগী থম্মোয়নুংগী ৱা খঙহৌদনা মপাল থোরকখি - "বাবুজীনা নহালমূক্কী মপোক্তা পাপ কয়ামরুম লংশীনজরম্বা য়াই। অদুনা হন্দক্কী মপোকতা অৱাবসি ফংলরিবনি!"

বাবুজী ৱাফমদুদা মরাল য়াজরদুনা খুমলকখি - "অচুম্বনি পণ্ডিতজী ! পূন্নমক ঐনা শীঞ্জরুব্বনি, নহানমুক্কী মপোক নত্তে, হন্দক্কী মপোকসিদনি। অদুনা অৱাবসি ইথন্ত পুদুনা ঐসু শিবা ঙাইহরিবনি!"

"ঐবু পোকপীবা ইপাবুং দূর্গাপ্রসাদনা ইতোমতমক পোকপীরম্মী। ইখুরা ধর্ম্মপ্রসাদনসু মচানূপা অমতমক পোকপীরম্মী। লাইবক থীবদি ইখুরাগী মচানূপাদু পোরেলাইসিস তৌদুনা চৎপা খোৎপা করিসু ঙমলমদে।

অহল অনী য়াম্না নুংশিনৈ, পূন্না লৈমিন্নৈ, পূন্না করবার তৌমিন্নৈ । লান হনজিল্লকপদা ইখুরাদুনা শিবা চঙবা কিদনা লন -থুম ময়াম অমা খোমজিলহৌরগা বাবাগা মবান্নি সহরসিদা ভারাদা দুকান অমা লৌখি। দুকান অদু নম্বুল তুরেলগী মপানমক্তদনি, ঙসিদি লৈতরে। অহল অনীগী ফিরাল মমায় চুমখৎলকপা মতাঙ থোকলুবনরা, ইমাইবেম্মা লক্ষ্মীনা য়ুমদুদা ভাণ্ডার ওইবীররে, অঙকপা ফংনা শেল পায়রে।

ঐবুসু নৌনা লুহোংবীখি। অদুবু মতম কুইনা ইমীৎতা ইচা অমতসু উজবা ফংখিদে।

মতম খর লৈরগা অঙকপা অকিবা লাইচৎ অমা লাকখি। ইনাও অদুগা ঐগী নূপীগা ঐগা ঐখোয় অহুমখক নত্তনা অতৈ লোইনা লাইচৎতুনা পুদুনা চৎখি।

অহল অনীনা থম্বীরম্বা লন থুম পূম্বা ইনাও নুপাগা ঐগা ঐখোয় অনীতগী ওইহৌরে। মদুবু মাঙদনবা হোৎনবা, চাউখৎনবা য়োকখৎপা পূম্বা ঐগী ইথৌ ওইহৌরে। ঐহাক মতম খুদিং তূমফম চাফম খঙখিদে।

নোংমা ইনাও নূপা শান্তিপ্রসাদনা ৱাফম অমা হৌদোকলকখি - "দাদা, ঐহাক হকচাং অসি য়াম্না নুংঙাইরকত্রে, লন-থুম ফরিসু কল্লকত্রে;

য়ারবদি ঐবু মপান্দা পুবীরগা অমুক্তা লায়েংবীয়ু!"

"হোয় য়েংসি, অদুবু মাইবা দাক্তরনদি ফবা ওল্লরোই পুন্সি কোন্নরগদবা লায়নানি হায়না খুৎ থারমলে। চৎলুরগা শেলতমক তিং মতমতমক মাঙ কান্নরোইদ্রা খল্লিবনি ইয়াম্বনা!"

খরনিগী তুং নোংমা মানা —

"দাদা, ইপল অমদি বাবানা থম্বীরম্বা শেনফম ঐখোয় অনীগী কয়া কয়া থুংনবগে?"

"কয়াবু য়ামগনি। ঐখোয় অমমমগী লুপা লিশিং য়াঙ্খে য়াঙ্খে (তশেংবদি লাখ-লাখ) মঙায়দনা!"

"য়াম্না য়ামখ্রবা শেনফমনি দাদা। ঐঙোন্দা লুপা লিশিং কুনমঙাদং পীবীয়ু লেমহৌরিবা কুনমঙাদুনা ঐগুম্না অৱা-অনা তারবশিংগী চঙজফম লায়েংশঙ অমরা নত্রগা ধর্ম্মশালা অমরা শাদুনা কৎথোকপীয়ু। ঐহাক্তী মফমসি থাদোক্তুনা দিল্লিদা ইন্দোমচাগী মনাক্তা চৎখ্রগে। ঐ মফমসিদা অমুক হল্লকলরোই।"

"হোয়, নঙনবু মদু পামলবদি শীনবা তারেদনা!"

"অহীং অদু ঐহাক তুমথবা শুকয়ামক য়ারমদে।

ইঙাগী নোংনা অরৎপা লৈতনা ওরো ওরো হৈথরি। সহরগী তুরেল পুম্বা ঈমায় চোল্লে, খুদোং থীবা চাংদগী য়াম্না ৱাংখৎনা চেনখৎলকলি। অদুবু নোংদি অরৎপা লৈতনা অরংবা অয়াকপা নোংথাঙগা লোয়ননা খাক্তুনা লাউদুনা খোংদুনা অদুম্মক অহীং নুংথিল লেপ্পা নাইদনা চুথরকলি। ঐহাক ৱাখলদা উংজা পুরি। য়ামলবা শেনফম অসিবু তরাইনা পীথোকখ্রগদ্রা? মানা লৈরিবমখৈদি লায়েংশঙ নত্রগা ধর্ম্মশালা কৎতবসু য়ারোই। অদুদি কমদৌবা তাই? ........ মাবু হাৎপদি !! ..... শুক সুনা মমলবা ইঙাগী থাসিগী অহিং! লাউ খোংলিবা নোংথাঙগী মখোল মরকসিদা ইরোয়ননা মপাঙ্গল শোল্লবা মহাকপু ঐগী কল্লবা খুবাম অনীসিনা মখৌরি মেৎতুনা হাৎপদা কনানসু তাবীরোই! অফংবা জীব খুদিংমক মবুক পেন্না য়োৎলগে হায়না ভৈরবী কালিগী শক্তম লৌদুনা লাউনা খোঙনা মুনা মরৈ মরৈ তানা মহূ পুরবা লীলগুম চেল্লিবা ঙাওরবা নম্বুল তুরেলগী ঈশিংগী

ঈচেলদা থোঙনাও হাংদোক্লগা মাগী অশিবা হকচাংদু থাদখিবদা কনানসু মাবু থিবা ফংলরোই....!! ...... .....

ইস! থবক অদুবু অহিংদুমক্তদা ঐনা করম্না পাঙথোকখি! ঐ করিমতা নীংশিংখিদে।

নোং ঙাল্লগা সহর অসি সেগাক কায়না পাউ তানরকখি — "শান্তি প্রসাদ মশাগী মরাইথুংনা খাঙবা ঙমলক্তবদগী মশা মতোমতা ঈশিংদা চোংথজদুনা শিজখ্রে।"

অদুবু মীয়াম্নদি চিংনখি, ঐবু ফাদুনা বিচার তৌখি, মতম খর জেলদা থমজিনখি।

শেলগী ময়াইনা ঐবু কয়াম কুইনা থম্বা ঙমলুগনি, অদুম্মক থোরকখি। অদুগী মতুং থা খর লৈরগা ঐগী নূপী য়াম্না থাজদনা গর্ভবতী ওইখ্রে। ঐহাক কয়াদ নুংঙাইরবা! পুন্সি অসিদা ইপাগী ইপুগী শাগেগী ধারা মুথহন্নবা হায়বদু ইহাক থক্তগী ওইহৌরগনি খল্লদুনা ৱারম্বা খিবিকতু কোকথরে! অনৌবা আশাগা লোয়ননা অচৌ অচৌবা করবার কয়া পায়খৎখি। শেল য়াম্না তোংখি। ঙসি ঐনা লৈরিবা য়ুম অসি মতমদুদা সূপ্নগী লুপা লিশিং তরাদ লৈখিবনি।

থা খরগী মতুংদা তাইবংপান ফাওরকলে ঐগী ফিজিগী মনিদু! মহাক অদো অতে কনাসু নত্তে পণ্ডিতজী, শারংনুংগী জীব অসিনি!

মাবু পোকপীসু লৈখিদ্রবনিনা মতম খর লৈরগা রাম দুলারীবু ঐনা লুহোংদুনা অমুক লৌখি। মানা পোকপা মচাদুনি হৌজিক দিল্লিদা লাইব্রিক তমলিবা,পণ্ডিতজীনা অঙাঙ ওইরিঙৈদো লাইরিক তম্বীখিবা।

ঐ নীংশিংলি ঙসিসু পণ্ডিতজী। ঐগী মরায়বক থীরবা লেঙ ওৎপা ঙমজদ্রবা ইনাও অদুনা মাগী শিরমদাইগী পুংফমদা হায়রম্বা ৱাহৈশিং —

"ঐবু হাৎপীগনু দাদা! ঐবু অমুক্তা হিংহনবীখো! ঐহাক লন-থুম করিসু মিহৌদে। ইপাপ চেল্লবা ঐগী তোল্লবা থরায়সিমতংদি মাগী পুন্সি চেংজেল লোইবফাওবদংদি হিংহনবীখো! ঐবু কনবীয়ুনে, ঐবু হাৎপীগনু দা-দা ঐ ....ঐ ....ঐ ..........! "

হৌজিক করিগুম্বা ঐনা সিখিবা থোকলবা , ঐগী ইচা অসিগী মরাইবক করি ওইহৌগবা। মনাওগী মখূৎতা লন পাম্বদগী মহাকসু ঐগী ইখূৎতা ইনাওদুনা ৱানা মথায় থাখিবগুম থাখিগদ্রা মীপাইবা পোকলে। ঐ য়াম্না খোয়রাঙই পণ্ডিতজী! ঐ য়াম্না ৱায় ! ঐ করিসু শান্তি ফংবা ঙমদে ! ঐনা ঈশ্বরদা খুরুমজে -- " ঐনা হিংলিঙৈ মতমদা মাগী পুন্সি চেঙজেল লোইজখিবা !" বাবুজী ফৈজোম ফিজিনা মপি তৈথোক-তৈথোক্লা চাননা হীক হীক কপখি। ❑

# য়েক্নবা মরু হুনবা

তেল্লবা পুন্সিনি মশক খঙলবা ওঝা তোম্বা, পুন্সিসি নীংখা তন্না য়েক্নবা কনামতা থমদনা ঈংনা চীক্না পান্নীংই। মসি ফংননবগীদমক মাগী য়েক্নবা হায়বদু কনামতা থমজদে। পুন্নমক মরূপকুম্না লোয়নবা য়াম্না কন্না হোৎনজৈ। অদুনা পোকপদগী মহাক মী অমতগা তাথী তাওইনা মরৈ খক য়েৎনজদে। মানা য়ানীংদবা ৱাফম কয়া ফোঙদোকলমদনা মথম্মোয়নুংদা ফুমদুনা লাকচৈ। মচা মশুশিংদসু মতম খূদিং মানা পাউতাক পী – "পুন্সিসি নীংতম্না হিংগে হায়রবদি য়েক্ন-তিংখং খক থমগনু।"

মসিগীদমক ময়াদা চাগদবা কয়া মীঙোন্দা পীজথোকই। মশাগী কোন্নজদবা কয়া মীঙোন্দা তেঙবাংথোকই। মশাগী ৱাৎলগনা অমুক পু-লঙদুনা শীজিন্নে। মপানা থম্বীরম্বা লৌ ইংখোলগী সিমনাগী মরমদা করাম চাউবা লৌরোম্নবা য়ুমলোন্নবশিংনা হেল্লি হেন্দে নীংঙাই শংদানরকপদা "কয়া হেনবনো তাকপীয়ু, ঈশ্বরদা পন্দুনা হায়বীয়ু, ঐগীদি করিসু কায়দে।" হায়দুনা পীথোকই। মাগী মাগী ধর্ম্মনি খঞ্জরিবা চহী য়াঙ্খে হেল্লকলবা ওঝা তোম্বনা তৌরিবা থবকশিংশি মাগী মচাশিংনদি য়াম্না শাউই। " মদুনা কয়াবু মাওগনি? কয়াবু তোংগনি? মাগী মাগী কর্ম্মফল মানা মানা অদুম্মক ফং-

জবনি। অদুম্মক য়েংবদমক য়েংশিল্লু!" মচাশিংবু তোম্বনা থেমজিল্লি।

মাগী থাগী লাকপা অপীকপা তলবনা উগী অচম্বা য়ুম মচা অমতং তিন্না কৃপলগা তনান তনান লৈ। মচা মশু লীক্লা লৈ (মদুসু মশানা মশিং কক্লা প্লান তৌজবনি)। মপানা থম্বীরম্বা ইংখোল মচেৎতুমা তরু তনান্না কোইদুনা মতম-মতমগী এঞ্জাং-নাপী মরোয়-মপাং য়ারিবমখৈ কৈথেন্দগী লৈদনবা থাজিল্লি। লৌ লৌরাক অমতং লৈজবদু উজরগা চহী অমগী চাবা ওক্লবা হোৎনজে। অবাং থংবা হিংখোল চিথেক্তা লৈরিবা পুখ্রিদু খরদং চাউথোকহল্লগা মখল মথেলগী ঙা খরসু য়োকলি। মদুনা মরক-মরক্তা পামলকপা মতমদা মেন্নজে। ফংলকপা থাগী তলবনা হৈনা শিংনা মচা মশুগী লাইরিক লাইশু তম্বা, ইমূংগী খরচ, লৈকায়গী দেব-কর্ম্মগী পোৎপাং চৈবাং কোন্নবা হোৎনজে। লেমলকপা খর খরদংদু তুংশিনজে, অনা-অয়েক অথু অকাইগীদমক। ঈংনা চীক্লা নুংঙাইনা পাঞ্জে।

নোংমদি অহিং অমা।

থোঙদা কাক কাক থীল্লকই। ওঝা তোম্বা চিংনবা লৈতনা থোঙ হাংদোকই। শকখঙদবা নহা মরী মঙা গ্রুং গ্রুং চঙলকই।

"ও, ইচাশিং করি তাকপীগদবা?"

"পাবুং ঐখোয় মঙা ওসি অহিংসিদা মফমসিদা তুমজগে, চাকসু হাপ্পীরম্মু।"

"ইচাশা, চাকতি চাখো, হাউবা হাউতবা। য়ারবদি য়ারেকফমদুতদি অতোপ্পা মফম'মদা শীন্নবীয়ু। ইপানা ইচাশিংবু লেকহন্নীংদদুনা হায়বা নৎচদে। ঐগীদি লমজীলগা ওইশিল্লে, লৈকায়সিনসু খরগা য়েংশিনবীবগা, করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি ইচাশিংসু ঐসু অৱাবা তামিন্নগনিদো!"

"ঐখোয়না নোংমখক্তং হায়জবসিদা মরৈ-মরা তৌবীগনু ! ঐখোয়না তৌজরিবসে লৈবাক্কী সেবানি। পাবুংখোয়গীসু শরূক য়াওরিবনি! ঐখোয় অমুক লাকচগে —।"

থুনমক ওঝাগী ৱা তারমদনা মখোয় মঙামক মরি মরি থোকখি।

ওঝাগী নূপী তোম্বীমচা অমদি মচানূপী মচালৈমা অনী চঙদুনা মখোয় মঙাগী চান-থক্লবা শেম শাদুনা থমলে। অহীংদু ফনা থেঙল

ফাওবা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈরে। মখোয় লাকপা কৌবা লৈখিদরে। রানরকলদুনা মহৈ-মহৈ তুমথনখ্রে। হেক তুমথখিবগা থোঙ থীন্দুনা কৌরকই — "ইমা! ইমা!"

তোম্বীমচা থোঙ হাংদোক্লুনা মখোয়বু কৌশিল্লি।

করিসু কোইদে । মখোয় ময়াম গ্রুং গ্রুং হোৎচিল্লক্লুনা মখুৎ মশা হামদোক্লগা চাকতু কিৎ-কিৎ নমদুনা চাথোকলে। ঙাইঙমদনা মখোয়গীদমক শেংদোক্লুনা থমলবা কা অদুদা মখোয়বু হেক থাজিনখিবগা মহৈ-মহৈ নাখোক্লুনা তুমথনখি।

"রারমাল্লেদো ইচাশিংসে, কয়াদ নুংঙাইনা তুমলিবা!"

তোম্বীমচানা মখোয়বু য়েংলগা শোঞ্জরকই। অদুদগী ফমুংদা তুমহৌবা মপুরোইবগী মনাক্তা চঙলকলগা হায়রে – " মখোয়গী খুৎশু-খুৎলায়শিংসিবু ইচাই-চাইদুনা লৈরে। করিগুম্বা লৈকায়সিনা সিফায়দকা তাকশিল্লুরবদি ঐখোয়বু দশা তাগনিদা মাই পাবুং!"

"ফরে, ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি মমা। তুমলসি তুমলসি।"

মীৎকপ অমা কাবকতং তুমথরুই! ইরাঙ লাঙবা মখোল অমা তারকই। হুইনা মায়কৈ পুম্বা য়ৌ য়ৌ খোংনরকই। থোঙগী অহোবদা তোম্বীমচানা য়েংলুবদা সিফায়না পুম্মম মমনা কোয়শিন্দুনা লৈরম্বদু ইলেকত্রিক্কী মৈঙালদা উরকই। মশা পুম্বা শ্বায় লাউখি! হুমাং অনম্মী কাংলে। চেঙ খৈবগুম নীকলদুনা মপুরোইবদা হায়রকই " মায় পাবুং হৌগৎলু, সিফায়না য়োমখ্রে ইংখোলসি! অঙাঙশিংদু শোয়দনা ফাবীগ্রনি .......।" খন্নরিঙৈ, থোঙদা দঙ দঙ থীল্লকই।

"কনা ওইরবনো ?" তোম্বীমচানা খুমই।

"থোঙ হাংদোকউ।" মপান্দগী হায়রকই।

তাঙ্গাদুদি য়াওল্লোইশিংদুনা হান্নবা খঙলবগুম মখোয়গী পোজিসন লৌদুনা লৈরমলে। নাম্বোকফম উপাই থিরকলে।

থোঙ হাংবা ঙাইঙমদনা সিফায়শিংদুনা থোঙদু কাওখায়দুনা চঙলকলে। খুৎলৈ থুনা নহাশিংদুনা নোংমৈ কাপ্ন-কাপ্ন চেম্বোরকখি।

মায়কৈ অনীমক্তগী কবোক পোকপগুম কাপনরকপা মরদনা তোম্বগী য়ুম ইহো হোরে। করম্না নাম্বোকখিবনো নহাশিংদু লৈরমদরে। নোংমৈ কাপ্পবসু লেপলে। সিফায়শিংনা চঙশিল্লক্তুনা য়ুমদুদা লৈরম্বা মীসিং ফূ-চৈরে। তোম্ববু ফাদুনা পুবীখ্রে।

তোম্বগী ইমুং অচৌবা দশা অমা তাহৌরে। অদুবু পুকচেল তিংবা অচুম্বা পামবা তোম্বনা হৌখিবা পুম্বা শেংনা হায়দোকখি। হুমলকলিবা মতমগী নুংশিৎসিদা উপাই লৈজদবা মাগুম্বা প্রজা অমগী করিসু মতীক লৈজদে। ঈশ্বরনা তম্বীরম্বা লাইবক্কী ফল ঙাইবা নত্তনা মীচম প্রজাগী করিদি উপাই লৈরুনি ঙসিগী য়ুগসিদা।

কেন্দ্রদুগী এম-এল-এ না কন্না হোৎনবীদুনা ওঝা তোম্বা বেল লৌদুনা থাদোকলে। অদুবু কোর্টতি কাবা তারি। মাগী থবকসু সসপেন্দ তৌবীরে।

"অসিগুম্বা লাইবকসি করিগীদমক্তা ঐঙোন্দা তম্বীরমলিবা ....।"

তোম্বা মরাইবক পায়দুনা খাঙই। কোর্টকী ৱানোম্নবা কদায়দগী শেল? থবক তৎলবনিনা করিনা ইমুংগী ভার পুগদৌরি? থবক হনাজিন্নবা ৱানোমশেলনা কদায়দগী লৌরুগনি? অমুকসু সিফায় অমনা (মচাগুল্লবা) মঙোন্দা খুবাক্না থারগা মখা চীক্তুনা ঙাঙখিবা ৱাঙাঙদু ওঝা তোম্বগী নাকোংদা ঙসিসু ঙংদুনা লৈরি।

"হে অহল! নপোকথোক নয়া লাংলকলবা চহী মতাঙদুনসু নহারোল লোইরগা নুংঙাইহনি খন্দুনা তৌরিনেসে! নহারোলনা পুশিল্লকলগা চানি খল্লম্বরা হায়ববু হৌজিক্তি ননম তৎপমখৈ ফূরগা জেলগী হৱাই চাবা তারিনে!"

"ইচাশা মদুদি হায়বীগনু!"

"খুমগনু!" মচীনবান্দুদা সিফায়দুগী অচৌবা খুবাক্তুনা ফূজিল্লকই।

নাতোন্দগী তারকখিবা নাহিনা পূমঙাঙ ঙাঙখিবা, ........ নীংশিংলকই। হৌজিকসু চৈনাখোলদু লৈরি। ৱাহৈশিংদু ঙঙদুনা তারি নাকোংদা ......। অহিং কয়া নুংথিল কয়া মসিতা খন্দুনা লৈরি।

নুমীৎতুগী অহীং অথেঙবদা —

থোঙদা অমুক দঙ-দঙ থীল্লকই।

"কনানো?"

"থোঙ হাংদোকউ।"

"কনানো অমুক্তা হায়বীখো।"

"থোঙসি কাওখায়রকও হায়বরা?"

কন্ন-কন্না দঙ-দঙ কাওশিল্লকখি।

"ঙাইখো থোঙদু তেক্লরনি!"

তোম্বীমচানা থোঙ হাংদোকই।

সিফায়গী ফিজোল শেৎ-চারবা মীওই অনী অহুম গ্রুং গ্রুং চঙশিল্লকই। মখূৎতা মতীক চানা খূৎলায় পায়রি।

"অহলদু কদায়দা লৈ?" মখোয় তোম্বগী মনাক্তা চঙশিনখি।

"কনা-কনানো ইচাশিংবু?"

"ঐখোয়বু শক খঙবা পাস্রা?"

"কনা কনানো অমুক্তা হায়বীয়ু।"

"মতমগী য়াওল্লোইনি ঐখোয়।"

"নখোয় ইমুংসিদগী করি অমুক পামলিবগে? নখোয়গীদমক ইমুং অসি ঙসিদি অব্রাবা নংলে। পোকপদগী কনামতগা য়েংথিনরক্তবা মহাক সিফায়গী চৈ চারে, কোর্টকী চৈরাক ফংলে, থবক তৎলে!" তোম্বী মচানা খুল্লকই।

"মদুদগী হেন্না মমল য়ামলবা ঐখোয়গী য়াওল্লোইশিংবু নখোয়না য়েল্লবশিংদা তাকশিন্দুনা ফাহল্লবা হোৎনবা! লাইবক ফব্দগী হৈন-শিংনা নাম্থোকহৌরে। অদুবু মখোয় লোইনা লাইকন্নবা ঙমদনা অরোইবা য়াহীপ তানখ্রে। মসিগী দায়িত্ব নখোয়না পুফম

থোকই হায়বসিদা করি হায়গদৌরি?”

ব্রাফমদু তাবা ঙমলক্ত্রদুনা ওঝা তোম্বনা খুমলকই —

“মদু ওইদবা ব্রাফমনি। হায়বদা পকই হায়দুনসু পঙহায় হায়জিনবীগনু। অমম অঙাল খায়বীরিবা ঈশ্বরতনদি খঙবীরমগনি। ঐখোয়না ইপূকচেল মক্তনা তৌজখিবা সেবা লৈখিদ্রবা ইচাসিং-দুনদি খঙবীরমগনি লেপনমক!”

“চৎথ্রবা অথৌবশিংদুনা অমুক ব্রা ঙাঙলববোই মতাগুম নচিল-নরৈ হেনগনু। মফমসিদা ঐখোয়গী মরূপশিংদুনা শাইদাংফম লৌদুনা লৈররে হায়বগী পাউ য়েক্লবা সিফায়সিংনা খঙফম থোক্কে। মদু নখোয়গী মরৌ লৈবা শরৌনি হায়না ঐখোয়না লৌই। ব্রাফমসিগী অচুম-অরানগীদমক নহাক বিচাব তৌনবা চৎপা তাই।”

অসি হায়রদুনা ওঝা তোম্ববু নোংমৈ চীন্দোন্দা য়াওহ্লোয়শিংদুনা পুদুনা থোঙ্গাললোমদা থোকখি। তোম্বীমচানা মপূরোইববু পুবীখিনু হাযদুনা ফনা খামজৈ, লাউজৈ, কপচৈ, মখোঙ কোন্দুনা হাযজৈ। পুম্নমক্তুবু করিসু তাবীরম্বা তৌদনা মাবু কাওথোক্লমলগা ফিমুনা মমীৎ খুমজিনবীরবা মখূৎ তুংবুন্নববা ওঝা তোম্ববু হোইদুনা পুখি, অমম্বা লক্ত তিনখি। তোম্বীমচা লৈমায়দা ব্রাষ্টদুনা হাইথরকই। মচালৈমনা মমাবু কোনখৎচৈ। ❑

# অরোইবা লায়েং

সনাতোম্বীগী ফজরবা মায়থোংদা মফম ওম্বোকনা চাদনা মায়হিং খর হন্দক মরকসি মমিওই শামিওই ফাওগৎলকলি। মসিনা লাইমন ওইরদুনা মদুদা য়েংদুনা হোৎতুনা পোৎলুম পুদুনতা মরেপ্পে। তুমগনি চাগনি থক্কনি করিমতা খনখিদরে। ময়াঙসু কংশিল্লকলে অসুম অসুম।

হাকুমসুনি, ধোবী নোংমা নীনি ছুতি লৌখিবদগী মাগী ফুরীৎ ফীগাদু মোৎলে হায়দুনা শুরুবদা সর্ফ পায়বা য়াজদবী মাগী য়েৎকী খুৎয়ায়গী ফজরবা খুজিলদুগী মচিদা চিক চিক লাউরম্বদগী অসুম অসুম ঙাওশিল্লকখি। করমনো করমনো হায়নরিঙৈ পোমখৎলক্কুনা নাই হাল্লকপদগী খুজিল লায়পুম ওল্লক্কুনা খুজিল তংখায় অমা পুমখি। মদুগী লাইমন ওইখিবনা অনা লোয়রকপদগী বোম্বে তান্না চৎতুনা লায়েংখি। কুমসিদা অনৌবা ময়োল চোংখৎলকপদগী খর খর সোর হোনদোকচরকলি। প্লাসটিক সরজরিগীদমক খুজিলনা মপুং ফারকপা মতম ঙাইদুনা লৈরিবনি।

সনাগী মপাবুং, মমাসি য়াম্না তোয়না অয়ুক্কী নুংথিলগী লাকই, মচাগী অনাবা হংবা। মচাইবেম্মগী থম্মোয়নুংগী অৱাবদা শরুক য়াজরে। মচাগী তগৎ-তগৎলম্বা মায়থোংনা মকশিল্লকলবদা মদুবু নাল্ল নাল্লদুনা

মমাসিনা লোম্ন-লোম্ন মীৎলু পিরাং তৈথোকচৈ।

মমা মচা অনীগী অবাবা মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবা মপাবুং ইবুঙোহল মচানুপীগী কাদগী তপ্প-তপ্পা থোরকলে। ময়ানুপা মনিমোহোনগী নাক্তা চঙলক্তুনা সোফাদ ফমথরকই ,– "করি হায়রি ডাক্তরনদি?"

"লায়নাদি করিসু লৈতে হায়রি পাবুং। মসিগী হৌরকফম হায়ববু মানা করি নত্তবা হীরমদা কা হেন্না পঙখন খনজিনবা, চীন্তা তৌবসিসু মায়দা মায়হীং কারকনবগী অচৌবা মরম অমনি হায়রি ডাক্তরনদি। থোইদোকপা লায়েং লৈতে, ক্রিম খর তৈনবা হায়দুনা পীরকই, মদু শীজিন্নরি।"

"অদুদি মৈতৈ লৈবাক্কী অসুক য়াম্বা ডাক্তরশিংসিদি করিমতা কান্নদ্রেদনা।"

"হোয় পাবুং, মফমসিদা লৈরিবা ডাক্তরশিংনা কয়া খুৎলোয়বা অনাবদু থোক্তবনিনা মখোয়নসু কয়া থওই ৱাওইবা জাৎ নত্তেদা।"

"হোয়নে হোয়নে ফনদি মকুইরকলেনে নখোয়না লায়েংলি লায়েংলি হায়রকলিবসি। অদু ওইরগনা ইপানা হায়বদি মপান্দা চৎতুনা অফবা ডাক্তরশিং তানদুনা য়েংথোকলুবনা ফরোইদ্রা হায়ৱানি। মমা মচাগী মতৌসি য়েংবা ঙমদেনে ইপাদি!"

"হোয় পাবুং করি তৌশিগে খঞ্জরমলিবনি নচাসু।"

"মতম য়াম্না হৌহনখিবা য়াদে নুপামচা। নখোয়সু উরিবদুনি, মশাসি নোংম-নোংমগী ময়াঙ অসুম অসুম কংশিল্লকলে, য়েংবা য়াদ্রে। অদুঙৈগী ঐগী ইচা সনাতোম্বীদুনি হায়বা ফাওবা মানশিল্লক্ত্রে। থুনা চৎনবা হোৎনৌ। নঙগী শেল-থুমগী খুদোং চাদ্রবসু ইপা লৈরিকো। কনা কনানো তানৌ। ইবেম্মদসু হায়রম্মবনি।"

ঙসি মকু ইবুঙোনা হায়রমলিবা ৱাফমশিংসি মনিমোহোননা তরাইনা লৌবা ঙমদে। মাগী লায়েংবা হোৎনবদতা ছুতিসু লৌনিংঙাই লৈশিল্লক্ত্রে। ছুতি লৌনিংঙাই লৈত্রবসু, থবক তোকলবসু মাবুদি লায়েংলুদবা সুকয়ামক য়াদবনি। মনিমোহোন মকোক ঙাওই। তৌবদি মানা ঙসি ওইজরিবা থাক অসি সনাতোম্বীবু মাগী নুপী ওইনা ফংজরুবগী মহয়নি। মকু ইবুঙো

ইবোহললগী মপাল ফরিঙৈ, সনাতোম্বীনসু মথোৎ কারকঙৈ, মদোম পোকচবীগা ওইবনে সনা লুপা লনথুম লৌচা শীংজা কয়ামগা লোয়ননা অওং-অউন চাউনা তমদুনা মাগী মফমদা লুহোংলকপনি। লুহোংলবা মতুংদা মাগী ফমথোলসু মথঙ মথঙ মকুইবুঙোনা শীনবীদুনা কাহনবীরকপনি। মাবু করম তরাইনা লৌরুবা য়াগনি?

অমরোমদা অচৌ অশাং ইমুংগী কেথোক-মৌথোক্লা লৈজবী নিঙোল অমবু মাগী নূপী ওইনা লৌরুবা মনিমোহোন পুন্সিগী থবক যৌদা খুদিংদা নূপা থোকনা থবক তৌবা ঙম্বা নূপাথোকপা হায়বা মীশকতুদি খক ওইবা ঙমলকত্রি। মশাগী ওইবা তৌফদ্রবা থবক থৌরম কয়া করি নত্রবা সনাতোম্বীগী দাবী কয়ানা হুমদুনা কায়খিবা মশীং খঙখিদ্রবনি।

নোংমা মনিমোহোননা লৈকায়গী মনে অমগী য়ুমদা কোয়থোকলুই। করিগুম্বা মতমদসু মনেদুনা মখোয়গী য়ুমদা কোয়থোকলকপা য়াওখি। অদুবু ময়ুমদা কয়া লৈগন্দবা মনিমোহোনগদি খক থেংনদুনা ৱারী ৱাতায় শানবগী খুদোংচাবদুদি মনেদুনা ফংজখিদে। য়াম্না নুংশিবা মনেনি। মানা অঙাঙ ওইরিঙৈ মনেদুগী মনঙ্গলদতা চাউজরকপনি। কাউদ্রি, নোংমা মানা অয়ুক্কী চরা ৱান্নবা চাক খাকলমদে হায়দুনা নিংঙাই তৌরিঙৈদা মনেদু লাকখি। মনেদুনা পোদুনা পুবীখি মখোয়গী য়ুমদা। মাগী অমতা পোকচবী সখিতোম্বী মবান্নীদি লেঙ্গানি। মবান্নিবু পুন্না অয়ুক্কী চরা ৱানমিন্নহল্লি। মদোম পোকচবী ওইবনা মমানা সখিতোম্বীবু অয়ুক্কী চাউবী থোংদুনা পীজে নিতিগী। মনিমোহোনগী ইমুংদি মদুগী ওন্ন-তৈনবনি।

নুমীৎতু সখিতোম্বীগী মমানা মখোয়গী ময়ুমদা কোকপা ঙানু মরূম অনী মখোয়গী মখা থংবা শুমাংদা শারিবা ফৌগী কয়্ অদুগী কোৎখাদগী চৈনা থিন-থিন্দুনা কোৎথোক্লগা ফৃৎতুনা মখোয় অনীবু পীজখি। খোমখকলাই চুদুনা কুইনা নারুরবা মনিমোহোন মবূক কায়বমখৈ চরা ৱানথোকলে। মাগী পুন্সিদা অয়ুক চরা ৱানবদা অদুক য়াম্না হাউবদু অমুক্তা য়াওখিদ্রি। অদুদৈ মনেনা মখোয় অনীবু লাইখি লুবাক পুথোক্তুনা ফি খনজিনবীরগা মখোয়গী মাঙ্গোন কাচিন্দা শান্নহল্লি।

মনেদুগী থোঙ্গালদুনি মানা চঙলকলিবসি। লৈরক অমতনি খন্নরিবা। অদুবু চহি কয়াদি শুখ্রবা লৈরকসিগী অহমশুবা থোঙ্গালদা লৈরিবা মনেবু উনখিদবা। ইংখোল অদু চঙখিবদা হান্নগী হান্নদুনি। করিসু অওনবা লৈরমদে। ওল্লমলিবা হায়ববু মন্থরকলবা য়ুম অমসুং শেম শাবীদ্রবা

শোঙজিল্লকলবা ইংখোলদুগী শক্তমদুনি। লৈরক অদু উ বানা শুক্লা মমলি। থোঙ্গাল চঙফমদা বাগী অশংপা কোম্ছোং পাল্লম্মী। অদুঙৈগী ঙানু মরূম লৌথোকখিবা ফৌগী কয় য়াম্না মম্থরকলমলে। কা মঙাগী উনা শাবা ইনা কুপ্পা লাইখল তাবা য়ুমজাও অদুম্মক লেপলমলি চহীনা নম্বো পোরবা অহল অমগুম। ইংখোল অদু মতম অমগী মাম্ম লৈরিঙৈগী চেকশিল-খোমজিন্না পাল্লম্বা য়ুম্বাল অদুগদি য়াম্না খেন্নরমলে।

"ইনে-ইনে ?।"

মনিমোহোন্না মাঙ্গোলদা কাখৎ-কাখৎনা কৌরকই। কনামতা খুমলক্ত্রবদুদা অমুক্কসু — "কনামত লৈতব্রা, ইনে- ইনে?"

"কনানো ঐ সিদা লৈয়ে!"

মৌ নহা মীয়ায় চল্লবী অমা মনীংথোঙ লোমদগী ফাওজিল্লকলগা ইমুংলোমদগী থোরক-থোরক্লা খুমলকই।

"হৈমা মনিমোহোন! ওম্থোক্লা থাজদনা। চঙলকও চঙলকও, ইমাসে মশা ঙমদদুনা লৈবা য়াম'কুইরে। লাকও ইমাগী নাক্ত ফমলুসি।"

সখিনি মৌ নহাসি। মমা ঙমদবদুদা সেবাগীদমক লৈরম্বা ওইরিনি।

"ঐদি তাদবমকনি, বারৌ য়াদেকো! অসুক নক্লা নোংমতসু হংঙদে খল্লমনিদো!" মনিমোহোন্না লৎ-লৎ লাউনা খুমই।

"হোয়, ইনাকখুনবনবুদি লৈকায় ওইরবসু লায়রববু নীংশিংবী হায়ব্রদো!" সখিতোম্বীগী মরৌ লৈরবা পাউখুমনি।

"অদুন্না হায়বীনুদা! ইনেদো ঐদি য়াম্না নুংশিজে। ইমামকনি খঞ্জরিবনি। কদায়দা হীপলিবগে - ইনে-ইনে।"

মনাক্তা চঙশিন্দুনা মুরাদ ফমথৈ।

"ইমা ইমা, মনিমোহোন লাকলিয়ে" সখিনা মমাবু হৌদোকই।

"ইবুঙো নহাক লাকলিবরা, ইনেদি কুইরে ঙমদদুনা লৈবা!"

"হকচাং ময়েং য়াম্না তারে, মাইবা ডাক্তরকাদি তানবীদবরা?"

"করিদি উপাই লৈরি? কনানো চেনবী চোংবীগদবা! সখিসু কুইরে সিদা ঐবু সেবা তৌদুনা লৈরকলিবা। নহাক্‌পু সুম চংথোকললকপরা? করি লৈ?"

"ইনে ঐ হিদাক অমা সুম থিরকপনি। মাস্ম লৈরিঙেদদি ইনেখোয়গী ইংখোলসিদা য়াম্না হৌরম্মী হায়নৈ। হংগে লাকপনি।"

"নঙনা মশক খঙবা ওইরবদি য়েংউ থিয়ু হৌরমগনি, লোইনা লৈরমগনি।"

"ফরে ইনে, ঐ কোম্না থিরগে। ইনেগী অনাবসিদুম কমদৌবনো, ঐদি তাদবমকনি ইনে।"

"চা থকসি।"

সখিতোম্বীনা চা কপ অহুম পুথোরকই। ঐঙোন্দা অমা ইনেদা অমা মাগী অমা।

"ইমাগীসে ডাক্তর অফবা অমা অমুক্তং য়েংনীংবনি। মশা শোনবসিদা পুবা ঙমদদুনা লৈরে।"

"য়েংদবা য়াদবনি। ঐগী ইমান্নবা অফবা ডাক্তর য়াম্না লৈ, ঐ পুরক্কে।"

ঙহাক ৱারী ৱাতায় শানরবা তুং, চাসু থকপা লোইরে হায়দুনা সখিতোম্বী মখোয় অনী ইংখোলদা হীদাক থিবা থোকমিন্নরকই।

হীদাক হেক্ক-হেক্ক সখিতোম্বীনা হায়রকই –

"ইমাগী অনাবসে, ঐদি লৈ ইংখোলদা পুনীংই।"

"ফৈ পুরুরসি কৈদৌগে। " মনিমোহোন্না খুমই।

নুমীৎতুমক্তদা মনিমোহোন ওফিস্‌ ছুতি লৌথোক্লুনা গাড়ী থৌদোরক্লগা সখিতোম্বী মমা মচাবু লৈ ইংখোলদা পুদুনা চৎলে। অনাবগী ফিভম য়াম্না শোকচিল্লমলে। য়ুমদা পুথখিবা খুদোং চাররোই হায়দুনা ডাক্তরনা হায়রকপদগী হোসপিতালদা অদুম্মক অনাবা মনেবু মিং চনশিনবীরমলে। চঙগদবা

হীদাক লাংথক পূম্বা কোয়চেন চেন্দুনা লৈরম্লগা মমা মচাবু থমলমলগা মানা ময়ূমদা হল্লকখিবদু নুংমিদাংগী পূং তরা তাগদৌরে। অয়ূকতুমা মহাক চরাসু হেল্লে, বাখলসু নুংঙাইত্রে, য়াম্না চোকথরে। ময়ূম হেক য়ৌবগা গেরেজদা গাড়ী থমলমলগা থোঙগী কোল্লিং বেল পীরকই। কৌসু কৌরকই — "সনা-সনা !"

বহাদুরনা থোঙ হাংদোকই।

"সাহেব! মেম সাহেবতি ঙসায় ময়ূমদা চৎখিবদগী অদুম্মক হল্লক্ত্রে। মানা চৎলমদাইদা য়াম্না ঙাঙলম্মী, য়াম্না শাউরম্মী। পোৎ-চৈ পূম্বা লংখায়-থুগায়রম্মী।"

"উম ফরে।"

মনিমোহোন করিসু নাচুংদনা খুমই।

মাগী কাদ চঙদুনা মফিমরোল হোংদোকলে। ঈশিং অইঙবা গ্লাস অমা থকচিল্লগা বাথরুমদা চঙদুনা ঈরুথোকলে।

মাইনুমচানা চান-থরুবা পূম্বা শেম শাদুনা ডাইনিং তেবলদা থল্লমবদু চখোম অমা অনী চারবা তুংদা অরাম চিয়ারদা চুরূপ মচৈ অমা জ্ঞান তানা চিংদুনা ঙহাক পোত্থারে। " মাবু হৌজিক অমুক লৌরুখিগদ্রা ?"

ঙহাক্কী তুংদা করিগুম্বা বাখল অমা মাগী কোক্তা ফাওরক্লবগুম ফূক হৌগৎতুনা রাইতিং পেড অমদি কলম লৌথোক্লদুনা চিঠি অমা ইরকই। মরোলদি

"পাবুং!

নচানা ইকায় খুম্নবা উৎচরি। সনাতোম্বীদু ঙসি পাবুংগী নাক্ত চৎখিরমলে। ঐঙোন্দসু করিমতা হায়রম্বা তৌদে। মাগী অনীংবা অপাম্বা ঐহাক লোইনা খঙই। মহাক্কী লায়েংনবা মতীক চাবা ডাক্তরসু লমদমসিদা লৈত্রে। মাগী অরোইবা লায়েংদি মানা মাগী অপাম্বা লম্বীদা চৎচবদুনি, মদুদা নচাগী অথিংবা অয়েৎপা অমতা ঙসিদগী পীজদ্রবনি। মাবু অমুক হন্না লৌবসু লাকচররোই। অদুগা ঐগী ইপা ইপু হাক্তক্তগী চৎনরকপা

ওইনা য়ানবা অমগী মখাদ চৎখিবী নত্তবা য়ুমগী মৌ অমনা অহীং অমা মপাম লমদমদা য়ারেক্লবা চৎখ্রবী মাবুসু অমুক হন্না পাবুংখোয়না ঐগী ইনাক্তা থাবীরককে খনবীরগনু!

নোল্লুকচরিবা নচা

মনিমোহোন।

চিঠি অদু ইনভেলবতা হাপলগা অহীংদুমক্তদা সনাতোম্বীগী মপাবুং দা খুৎশিন্নরল্নবা মাগী বহাদুরদা শিন্নখি। ❑

# মায়খূম্বী

শীৎলকলিবা মতমগী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ মরকসিদা মপাল মউ কংলবা অকংবা উশাদা য়ূমলিংলিবা উচেক মপী অমদি মচাশিং (উচেক লাবদুসু মীনা হাৎপীখ্রব্রা হল্লকখিদ্রে) মখোয়গী হিংনবগী উপাইসি করিনো? নোং চুদদুনা কুম কাংখিবনা মহয়-মরোং অমতসু পানদরে। চরা অনী সুনা চাবা ফংনখিদ্রবা তাইবং মীশিংসিনসু লুখাক কোমদা চগুম চনায় মরু অমফাওবা থাদরকখিদরে। অসি য়ৌনা ৱারবা মতমসিদা খুনু খরং অমনসু মখোয়বু চাগদবগী মীৎকুপ নাহুম য়েংলি। মীনুংশি খঙদ্রবা মীওইবনসু লাং থাক্তুনা মখোয়বু চরা তম্নবা হোৎনরি।

অদুম ওইনমক মখোয়গী লল অমতংদি লৈরি মদুদি উচেক মচাশিংদুগী মরক্তগী হুম-হুম চাউখৎলকলিবা অহল অদুমদি ওম্ফোক্লা মশক মতৌ শওং শাদা ফজে; ওম্ফোক্লা মরাশি মগুন লৈ। মমানা মাগীদমক ৱাজে। ঙসিদি উচেক মচাদু ওম্ফোক্লা চুং ফিরাল চানা শরেপ কাংদোং ফারে। মফম খূদিংদগী উচেক লাবশিংনো মাবু কোয়তান তান্নে, পূংবা ওইমিন্নসি, য়ূমলেপ চার তমমিন্নসি হায়দুনা। মানদি য়াজবা কৌবা লৈতে থক, মমা অমদি পীকলিবা মৌপ্পাশিংগী খন্দুনা।

"ইবেম্মা, হন্দক্কী ফিল্ম অসিদি তশেংনা ফাওগদৌরিবা ফিল্মনি। নঙগীসু মিংচৎ থমহৌগদৌরিবনি। অদুনা ঐনা হায়বদু তানবা হোৎনগদবনি। কলা হায়বসি অতোপ্পা সংসার অমনি। মসিবু শেমগৎনবা হোৎনবদা ইকায়বা হঙ্গোয়বা তুক্কচবা পুম্বা লোইনা থাদোক্কদবনি। সে, অসুম্না লৈয়ু, ফি অদু হেক ঙমলিবমখৈ হকচাং কয়াৎকী ফজবা মমি তানা শেৎকদবনি। হীপথৌ হীপথৌ নীংথিনা হীপথৌ। থবাক্কী ফজবা নীংদুগী মপোপ কায়হনবা য়াদে। .... নত্তে, নত্তে, অসুম্ন-অসুম্না ....।" দিরেক্তরদুনা ইকায় থীরবী নূপীমচাদুবু করিসু কোইদনা মখূৎনা শোক্লুনা শেম শাবী।

হীরো চঙলকউ। য়াম্না নুংশিবা মীৎয়েংগা লোয়ননা উপনা হীপথৌ, নঙ্খৌনে মথক্তা! কোইগনু, কোইনা হোৎনরবদি মদুগী ইমপ্রেসন ফজরোই। নুংশিনবা নুংশিনবী অনীনা অচীকপা মফমসিদা কনা খঙদনা শান্নবা রাসতুনি স্ক্রপসিনা পামলিবা। মদুনি নখোয় অনীনা কেমেরাগী মমাঙদা পাঙথোক্কদৌরিবসি ....

রেদি ......... কেমেরা ....... এক্শন ........ টেক ...........

লুখ্রাবী মচা ওইজরবসু কমলা অপীকপা লমদমসিগী শকনাইরবী ফিল্ম একত্রেস অমা ওইরকলে। চহী কয়া ফিল্ম কয়া মনা কয়া, উপাধি কয়া মীয়াম্না শকখঙনৈ। ফজবা শকওং শদা, নীংথিবা শবান-মূর্ত্তি অমদি শুম্লাৎয়াই পুরবী মাগী মায়থোঙগীদমক কমলাবু মীতানৈ নহানা মীয়ায়না অহলনফাও। অদুম ওইনমক কনানসু মঙোন্দা তরাই-তরাইনা রা হৌদোকলুবদি ঙম্নদে।

শুফম নোমফম লৈত্রবা মৈত্রবাক। মীশিংনদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলকই ঈশিং ঈচাওশুম। কমদৌরি মৈত্রবাক — পূক লাম্বা অমদি ইজ্জৎ ??

পীকলবসু চাউরবসু সরকারগী থবক তৌবশিংনা সোর খর হোন্না উবগুম তেই। হুরানফমসু লৈ, তলবসু ফংই। হৈ-শিংবশিংনা সাইদ বজিনেস তৌদুনা অহেনবা শেল্ল তাল্লি। লায়রবনা হায়রা মবা লৌবীদে। ইনাকপু খুল্লবদি মবা চৎলি, মীয়াম্না হৌ-হৌ শৌগৎলি।

লায়রবনদি সরকারগী থবক করম ফংগনি? হৌরকলিবা ঈথকসি কদোমদগীনো? ফম মচাদগী অচৌবা ফাওবদা কৈথেন্দা পুথোক্তুনা নিলাম লাউবদৌনা মমল হুনগৎনবা। অকনবনা অশোনবদগী উন উনা মুনদুনা শেৎতুনা পুবীখিবা! অতোঙবদা লৈথোনবা, অকুৎপদা লৈতৌবা! করম্না লৈতেম মান্নবা ঙমগনি ? অকুৎপনা অসুম অসুম কুখখ্রে। অতোঙবনা অসুম অসুম ৱাংখৎখ্রে। অকুৎপদা অপুম-অশাগী তুংনফম ওইখ্রে। অতোঙবনা অহাও-অথুম উঁহে-ৱাহে পুম্বা হেক্তুনা চাখ্রে। মৈত্রবাক! শিবা তারব্রা লায়রবশিং? মতমসিদা কলাবু নুংশিজরিবা কমলাগী ইমুংদি কমদৌরি? লাইকন্নবা ঙমদ্রবা লায়না অমদগী শিব্রা শিদ হিংব্রা হিংদ, মমাদুসু শোন্দুনা অয়ো নাহে তমদুনা লৈরকপা কুইরে। হৌজিক ইমুংগী ভার পুম্নমক কমলাগীনি।

নোংমা কমলা মখোঙনা থোংনা মৌপ্পাগীদমক থবক্কী ৱানোম্বা চৎলুই, মন্ত্রীগীদনি। নুমীৎ অদুগী নুংমিদাংৱাইরম মমশুক-মমশুকপদা মহাক মমায় মায়থোং লাংশিন্না ময়ুম মায়কৈ পাংলকখি।

নোংমা ঐ ইচাগী মনাক্তা চৎলুই। হোসপিতালদনি। মাগী নুমীৎতুগী দিউতি গাইনি ৱার্ডতা তাখি হায়বদগী মফমদু তন্না প্রপ প্রপ চঙশিনখি। মী য়াম্না চীকই নুমীৎতু। তৌবগীদি থেঙজিল্লকলবনিনা মপানগী অনাবা অয়াম্বা য়েংবা লোইনরম্বা য়ারে। মতম সিদবুনি ঐনা ঙাইরিবা। নত্রবদি ইচাগা করম উনবা ফংগনি?

"ডাক্তর! ডাক্তর!"

" ও, কনা ওইবরা ? ঙাইখো ফমলোকো।"

খোঞ্জেলদুদগী খঙই, ডাক্তর কিমনি হায়বা।

ঐহাক নে তারে, ফমথরে। মানা ঐগী ইচা নুপীবু লুনা তৌবী।

মাগা লোয়ননা দিউতি তামিন্নরবদি হৈবা য়াম্না হেনগনি খল্লুবদা ঐ য়াম্না হরাওখি।

অরোইবা পেসেন্ত ওইরমাল্লে, নুপী অমা ফিরু-ফিরাং খুমলগা য়াম্না

থুনা ঐবু উহননিংদনা থোকখি। ঐ মাবু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

ঙহাকতং লৈরগা ডাক্তর কিম মখুৎ-মশা তৈথোক তৈথোক্না থোরকই।

"ও! ওয়া ওইকনি খনবকা অচুম্বা ওইরেকো।"

"হোয় ডাক্তর, ইবেম্মা অমুক্তা উনরমগে হায়দুনা চঙলকপনি। লম্‌নগা থাপনরে, তোয়না লাকপসু ঙমদেদো।"

"উনরো উনরো। ফমসে ওয়া, মাকী দ্যুতি লোইকতপা হাফ এন অবার ৱাৎপনে কো।" মখা তারকখি —

"অদো ওয়া নং হুচিক্কী নুপীদো উহৌবা নত্তরা?"

"মমায় খুমদুনা থোকখিবীদো?"

"হোয়!"

"মানদি মায়খুম্বীগুম মমায় খুমলবনিনা মশকতি খঙহৌদ্রে, উবদি উহৌইনে ডাক্তর। শাবান মুর্ত্তিদুদি ঐনা য়াম্না তোয়না উখিবগুম তৌইদা।"

"অচুমপনে কো ওয়া। অফাওবী ফিল্মগী মী ওইপীপনেকো। মাকী মৌপ্পাকী থবককী ৱা নেমপতকো অঙাঙসু য়াওখিবনেকো! অদুকীতমক মথৱায় ৱানা ৱানা লাকপীপনে। কুইরে ঐঙোনতা হায়পীপা কো। নুংশিতুনা ঐনা লৌথোকপীপনে। হুচিক মতমকি মীশিংদি য়াম্না ফৎতেতা ওয়া। মোরেলসু য়াওদ্রেকো!"

নুপী অদালীদুনা চা কপ অমা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা পীরে।

"চা থকলো ওয়া!"

"ডাক্তরগীদি?"

"ঐকীতি খর ৱাৎলি ফমলো, নচানুপীপু ঙাইয়োকো! ঐসু থবক খর লোইশিনপীকে।"

ডাক্তর কিম ঙাঙন-ঙাঙন চঙখি।

ঐ মাবু মীৎ কুপতনা য়েংখি। অপু-নবা ৱাখল অমদা তাউরুই। মশক নাইরবী মীশক অমনা করিগীদমক মশাগী ইজ্জৎ য়োম্থোকলুরিবা? মরাল লৈজদ্রবা থৱায় মচাদুনা তামলবা হোসপিতালসিগী ডসবিনদা তাদুনা লৈহৌরবা!

উচেক নহা শকহেনবীদু মৌপ্পাশিংগীদমক খনবদা তোয়না তোয়না শমান্নদ্রবা কয়াগা শাথেঙনরকপা থেংনৈ। তংদু লৈতানা মহুম মকোল শেমদুনা লৈমিন্নখিবদি খক নত্তে! মহাক উচেক লাবা অমতগসু য়ূম্বান্নৈ হায়বদি খক তাখিদ্রি অদুবু মরূমদি য়াম্না তোয়ন তোয়না কোকলি। মচাদি খক ওল্লকতে। উপায় লৈজদ্রবী অহল ওইরবী উচেক মমাদু মচাগী মতৌ য়েংল-য়েংলগা নোংম-নোংমগী অসুম অসুম শোম্থরকই। ❑

# লায়চুবা

মাগী হৌনবীদুবু তৌরকলে। খাদিগী ফিরোল নাননা শেৎচারদুনা মা অমুক লাকলবনিনেসে নেতা শাবসে।

"ইবায়বু জৈ। জৈ!"

"জয় কদায়দনো নগুবো?"

"ইলেক্সনসি থেংনদবা য়াদ্রে ইবায়বু ! মীশিংসে য়াম্না মঙক হাইগৎলক্কদৌরি।"

"কাম্নদেদা ইবো! হন্দক্তী নবায়গা নকশিন্নবা কয়াবু নুংঙাইদৌ মান্দে।"

"করি বানোনে ইবায়না তাকপীরিদুবো। ফরসু ফত্রসু নশেন অমনা এসেমব্লি ইলেক্সনগী কেন্ডিদেৎ অমা ওইবা হায়বসি ইবায়খোয় ময়ামগী মায়নি। কাবা কাদবনা ঈশ্বরগী নোংদমনি। ঐগা কন্তেস্ত তৌনরিবা নৃপাসিসু অচম্বা নত্তে, চহী নিফু মনম লৈবাক তারকত্রিবা মীশক অমনি। মাগা লম্বা তৌবা ঙম্বা নশেল অমা লৈরি হায়দুনা চাউথোকপীয়ুনে

ইবায়। নশেনবু পুরুীং হম্বহনবীগনুয় গাড়ীদু অমা অনীদং খাইবীরকউ। শেল খরগা পামজৈ। নশেল মিতিং অমতং শীগ্নরুখিগে। খুরুমজরি জৈ। জৈ।"

মবায়গী বা অমুক তারমদনা মথৌ য়াম্না চিনবা মীগুম প্রপ-প্রপ-চৎখি।

"তন্নমক অমুক নৈরখিনি মহা চন্দালসি। ঐ থুনমক কদায়দনো চেলহৌদবা য়াদ্রে।"

মাগী নুপীনা চা পুথোক্তুনা থোরকই।

"হৈমা, কুলোদি চৎগ্রবরা?"

"চৎখ্রে ভোৎতা লায়চুবা নৌপ্পাদু।"

"করিনো মানা তৌজ শারিশিবো। ভোৎনিবু হায়রবদি শিবা নাবা কিদে। থবক ইনথাং অমা অমা তৌনবা হোৎনবসু লৈতে, ময়ুম মকৈ অমুক পান্নবসু হোৎনদে। হন্দকতি হন্না য়েংলোইসিকো মায় তামো।" মখা তারকই — "চাসিদুম ঈংগ্রনি।"

চাদু অমুক্তং চুপলগা খৈছে। হায়রকই —

"তম্পাকলৈমা, কুলোসি মোল্রং চুরবা মী অমা ওইরে। মানা তৌরিবসি করিনো ঐ ভাব তাদে। মশাগী বয়সসু য়েংদে, মীনা করি হায়খিনি হায়বসু খনদে। মী অমনি ভোৎ লেপফম থোকইদো হায়না হেক্তমক থোরকপা। ভোৎতা ফাগী শান্নবসে ঐ য়াম্না হৈনদে। মাগুম্বা ঈকায়বা খঙদবসে ভারতসিদা মশীং য়াম্না লৈখ্রে। ঙাইখো মমাঙগী ইলেক্সনদুদা নত্রনে মখোয় ইমুংগী ভোতর তরামঙা লৈবদা ভোৎ তরামরিতমক তারমবদগী অমা পীরমগ্রিবসি কনানো থিগৎনরকপদগী মাগী নুপী ওইরমদুনা খৎনবদগী কায়নগ্রিবদুনিদনা। ইচন নুপীদু মরাল ইরৈ লৈজখিদবনি। মানা পীখিবা ভোৎ অমদুনা মতুমম্নাগা কোন্দুমগা হিদান্নদুনা চৎমিন্নরম্বদগী মতুমম্নানা ভোৎ অমতং হেন্দুনা কাগ্রিবদুনি। কোন্দুমনা ইচল থারিকপু শীংলিবনি, মতুমম্নানদি মাবু ফিরোই হোং-গ্রিবদুনি। মৌপ্পা অমসু থবক হাপ্নীগ্রেদনা ।"

"মাবুদি মৌপ্পাগী মপান চাদুনা নিঙোল হল্লকপীনি হায়ফাও খঙহন্দবমখৈ মপামদা মনীং তৌনা লৈগ্রবনি। ঐখোয় ময়াম চঙদুনা

কৌরুবদসু মাগা লৈমিন্নদৌ শরূক মপোকসিমদি ইপামদা সুম্মক পুন্সি লেঙ্গরগে হায়রকলিদুনি। মানা ভোৎ লেপ্পসি মতূমক্লসু অসি য়ৌনা য়ানিংদ্রে হায়বা উৎলমলবনি। অসিমক্তদা হন্দকমুক্সু মথোরকলিনে মহা চন্দালসে।"

ভোৎ নকশিল্লকপগা লোয়ননা সরকারগী চেকশিন থৌরাংসু কনখৎলকলি। এম, এল, এ, লেপলিবা কেণ্ডিদেৎ অমনিনা মাগীসু সিফায় পীরকই সরকারনা। মবায়গী জিপ অমনবা অমদা মাগা সিফায়শিংদুগা পুন্না তোংমিন্নে। ফিরাল অমা জিপকী মমাঙদা ফর ফর হাইহল্লি। শেল খোম্বা চৎলি,মরূপ মপাঙ মরি-মতাশিংদগী। ভোৎতি থোইদোকপা খোমনিংঙাই লৈতবগুম তৌই।

মাগী ময়ূম তেকখ্রে। শাবা ঙমদদুনা অতেকপা য়ুমদুদগী ফকলকপা তিন অমনবা খরনা চাউরবা নাপীনা উপশিল্লবা ইখোল লম্মাংদুদা পাকখল অমা খল্লি। সিফায়সু মাসু পুন্না লৈমিন্নে।

মথোঙ চাদ্রবা সিফায় নহা অমনা মপুক্লীংদা য়াম্না কন্না খল্লি — "ভোৎসি ঐখোয়সু লেপ্পা ফাওবদি য়াবা জাৎনি। তৌরিবা ফিভমসিগা য়ুমলৈ কৈরৈসিগা! খল্লু-খল্লুরগা মকোক ঙাওরকলবা সিফায় মচাদুনা হায়রকই — "ঐখোয় সারগীদি য়ুম-কৈকা অমতসু শাবা খোৎপা .......?"

"ও। ইবুঙো সূমদৌবনি। লৈবাক মীয়ামগীদমক খনবদা মখোয়গী সেবাদ ইশাগী খল্লুবা মতম ফংদে, করিসু শেম শাবা ঙমদ্রি। ভোৎসিসু মীয়াম্না নুংশিবীবদগী লেপহনবীরিবনি! খূৎতা হৌজিক পৈশা নাতৎপী অমতসু পায়দে।"

সিফায়দুনা মাগী মথম্মোয়দা ফাওরকলিবা ৱাখলদু কন্না ফাজিল্লগা শোম্বাংননা শোল্লকই —

"ধন্যনি ঐখোয় সারগী ৱাখল্লোল। দেশ প্রেমী অমা ওইবগী ময়েক লারবা খূদমনি।"

"হো। হো। অদুনি ইনাওশা।" হায়রম্লগা কুল্লো চঙখি। মমাম্নবা সিফায় অমনা মচীন খুমদুনা নোক্লগা মথৌনা লৈবা সিফায় মচাদুদা খুনীংনা থিল্লি।

এম,এ, পাস তৌরগা গতি লৈত্রদুনা সিফায় খল্লিবা পাখঙ মচাদুনা

মাগীদমক খনবদা অহীং তূম্বা য়াখিদে। ভোৎ খোম্বদা, ময়ুমদা লৈবদা, লম্বীদা চৎপদা, অদুক নকশিল্লরুবা ইলেক্সনগী মতমদুফাওবা কনাসু মোংলদে মাগী য়ুমদুদা, কনাসু ইন্নরদে মাগী মতুংদা। মঙোন্দা মীয়ামগী লুচিংবা ওইবা য়াবগী মতীক মগুন করিসু য়াওদে। মাগী তুংইনবা হায়ববু মাবু শেন্নরুচো হায়না থারকলিবা মখোয় অহুমদুখক্তনি। নোংমগী থাউ লিটর মঙামুক্তং হাপলগা জিপ অদুদা ড্রাইভরগা মখোয় মঙা হেক-হেক কোয়থোকলুই। নুংঙাই য়াইফবা মরী-মতাগী ইমুং খর চঙলুই। লুরিবদি ইমুংশিংদুদা মাগী সিম্বোল নত্রগা ফিরাল অমতসু থেৎতে। মদুগী মহুৎতা তোঙান-তোঙানবা শরুাইবা পার্তিদা লেপলিবা শরুাইরবা কেন্ডিদেৎশিংগী সিম্বোল অমদি ফিরাল থেৎলি। মানা চঙখিবদা কনানসু হরাও-হরাও তৌবীদে। করিগুম্বা মঅদা খোল কনখৎনরকপসু তাবা ময়াওরকই।

নোংমদি তহ্য তহ্য সিফায়শিংদু অয়ুক ঙন্না হৌদোকই। মফি মরোল তনশেৎ শেৎচিন্দুনা জিপ থৌদোক্লগা চৎমিন্নে। খর চৎলগা অচৌবা হোজং অমদা গাড়ী খান্নগা মচেবু কৌই। হোজং অদুদা ফন্না কুইনা লেপলবা তুংদা নূপী অমা থোরকই। মানা গেৎ হাংদোকই।

"ইবাইবুঙো লৈত্রা ইচে?"

"লৈ।"

গাড়ী থৌজিল্লি।

চাউরবা য়ুমদুগী নাল্লবা শুমাংদুদা গাড়ী অদু খান্নগা মহাক ইমুংদা চঙখি।

" ইবায়বু জৈ-জৈ। নশেন্না লাকচরিবসি ব্রা অমতং খন্নদবা য়াদ্রদুনা লাকচরিবনি। হয়েংসি পাটিগী প্রসিদেন্ত সেক্রেতরি য়াওবা ইলেক্সন কেমপেইন অমা লাক্কদৌরি। ঐগীদি য়ুমরৈ কৈরৈ মতাদুদা পুশিননীংদ্রে। ইবায়না মায় চোপতনবা ইবায়গী মমাঙ শঙ্গোয়সিদা, কুইরোই পুংমুক্তগী রিসেপসন অমতংদি শীনবীদবা য়াদ্রে, ঐ চঙসি সিবা তারে। অঙাঙ অমনীদং শীনবীরগা বেন্নর পোষ্টর ফেস্তুন অমা অনীদংসিগা থেৎপীনবা শীনবীরো। ইবায়গী য়ুংলিবা ফিরাল ফেস্তুন ময়ামসি পুং অমা অনীদংগী ওইনা লৌথবীয়ু। নত্রবদি নশেন চঙসি-সিবা তাই। ফমফম খোৎফম অচা অথক ইচেগা ইবায়বুঙোগনা ফনবা অমুক্তং শীনবীদবা য়াদ্রে। ঐ মরূপ মপাঙ অমা অনীদং থবকতু পাঙথোক্লবা থিজরুখিগে জৈ-জৈ খুরুমজরি।" তহ্য তহ্য থোরকলগা সিফায়শিংদা ওনশিনদুনা

—"চৎসি ইনাওশা চৎসি।"

মচে মবায়গী বাহৈ অমা ফাওবা তারমদনা থুনা য়াঙনা থোকখি, নেতা অমগী হৌনবী মতৌ মান্না।

মানা থোকখিবদু মুন্না য়েংহৌরিবা মবায়না সোর মপী অমা শাংনা হোন্নদুনা মাগী নূপীদা ওলশিনদুনা হায়রকই — "কমদৌবা তম্পাকলৈমা? নহাক থুনমক নপামদা চৎখিদবা য়াদ্রে। মরী অসি থুনমক থদৎনহৌদ্রবদি ঐসু মোম্ব্রং শোয়দনা চুরনি!"। ❑

# ওইহৌদ্রবা আমিন

"নঙবু করি পাম্বগেনে জামি?"

মানা তৌথোরকপা থবক, সেবা লংবাদা পেঞ্জরবা এস,ডি,ও, সাহেবনা মাগী মনাই জামিনীদা হংবীখি। মাগী থবক থৌরম কয়াদ হায়বা হায়দবা খক থিবা তৌজদে। হেক্তা চেল্লক্তুনা নুপা মচা জামিনীনা নোম-ইকলরিবসি ঙসি ঙরাঙতগী বা নত্তে, কুইরে চহী তরামুক হায়রনি। মানা মফমসিদা এস,দি,সি, ওইনা লাকঙেদগীনি। পাখোলদা চীংহলাও থিদে, হায়রিমখৈ উরু-উরু ইল্লি। নুপীগী মথৌদগীনা কাবক য়ুম পুবা নুপা অমা ফাওবগী ইমুংগী কুপনোম চাউনোম ময়াম জামিনীনা শীং নাম্ন পাঙথোকপা ঙম্মী। বাই-রম শীং শেংবা, কোল-লীক ফেঙবা, ফিশু ফিজাম্বা, চাক ঈশিং থোং থাকপা, শীং খায়বা, সাহেবকী মচাসিং স্কুল থিন্দোক থিনজিন লৌথোক-লৌশিন; করিগুম্বা মতমদা ড্রাইভর লৈতবা মতমদসু নারোন্দা জিপ স্কুটর থৌদুনা পোৎ-চৈ লৈবা, স্কুলদগী অঙাঙ লৌরুবা, মেম সাহেবকা কৈথেল কামিন্নবা অসিনচিংবা । সাহেবনা খ্বাইদগী পামজবা লাই থরোই থোংবসি জামিনীনবু থোংলবদি লোইরে। জামিনীগী থরোই তেংগোৎ অমদা অঙাঙবা লীকলী অমদি হায়নরুবা তৌদনা লৌইশিঞ্জরিবা এস,ডি,ও, সাহেবনি। মানা নেশা পাল্লবা মতমদা হেক-হেক কৌই —

"জামি! জামি! নঙগী নমিং জামি। ঐগী অশাওবী নূপাদা নূপী মিং কৌবা, করিগী জামিনী? নী হায়সিদি নূপীদা তাগদবা। নঙগীদি নী ককথৎকদবা 'জামি'। " অসুন্না মাবু সাহেবনা লুনা চান্না তৌবী।

চহী কয়া হৌখ্রে। সাহেবকীদা লৈন-লৈনা মেম-সাহেবনা শেল পীদুনা মনাক নকপা হায়স্কুল অমদা পরীক্ষা থাহনদুনা মেট্রিক পাস তৌখিবা য়াম্না কুইখ্রে। মখা তম্মুদনা হায়ববু মখাদি ঙমনি থাজদ্রে হায়দুনা তোকলে। কুইরবগী তুংদা সাহেবকীদা লাক্তুনা থবক ইনখাঙ অমুক য়াওরে। মাগী চমজবা মতৌ উবদগী খঙবদগী নুংশিবীদুনা সাহেবনা হংবীবনি।

সাহেবকী রাহংগী পাউখুম ওইনা জামিনীনা ইরায় লায়না খুমদোরকই- "সহেব! ঐনা খ্বায়দৈ পামজবসি আমিন অমুক্তং ওইবা ফং-জরদি !"

"হেরা ইবো!" সাহেবতু ফাক-ফাক নোকথোরকই। মখা তারকই — "মদুদি অদুক লায়বা ইখুৎতা থোকপা পোৎতুবো! সে হন্দক ইকুই কুইদনা আমিন নিফু লৌগদৌরি । মসিগী মনুংদগী নঙগী অমা শুংশোয় শোয়দ্রবনি খল্লো ইবো!"

"সাহেবকী কৃপানি, সাহেবকী থৌজালনি!" নুংঙাইমনখিবনা মমীৎতা ঈরা চেল্লি নূপা মচাদু।

"আমিন-জামি, আমিন-জামিন, ফনবু চুনৈনহে ইবো, নঙগী মিং দাসিগা, নঙগা খঞ্জরিবা ফমসিগা ..... হাঃহাঃহাঃ জামি-আমিন আমিন-জামিন হাঃ হাঃ হাঃ" সাহেবনা নীংশিং নীংশিং শোল্লকই।

"সাহেবকী কৃপানি। স্বর্গ ইখুৎনা লাম্বা ফংজবনি সাহেব!"

অরাম চৌকিদা পোত্থারিবা সাহেবকী খুয়াদা ফমদুনা মখোঙ নোইন-নোইনা জামিনীনা খুমলকই।

কুইনা ঙাইরকলবা আমিন নিফু লৌনবগী ইস্তরভিয়ু ঙসি থোকলে। অহানবা কৌখিবদসু লাকত্রে। অরোইবদা অমুক্কসু হন্ন-হন্না কৌহল্লি —

"লুক্রাম জামিনী — লুক্রাম জামিনী!"

এস,ডি,ও, না — " ফরে, ঙসিগীদি মতম লৈত্রে, লোইশিল্লসি। লেমহৌরিবা কেশ্ঙিদেৎশিংনা ঙসিদগী তরামরিনিশুবা তাং কুন সিদা অমুক ইন্তরভিয়ু য়াওবা লাক্লবা হায়খ্রো" হায়রকপদগী মদু ময়ামদা লাউথোকখ্রে।

মথঙগী নুমীৎতা পাউ থাদুনা জামিনীবু এস,ডি,ও, সাহেবনা কৌহল্লি। জামিনী তহা-তহা চেল্লকই। "সাহেব ঙরাং আমিনগী ইন্তরভিয়ুদা হাজির তৌজবা ঙমজহৌদ্রে।"

এস,ডি,ও সাহেবনা শাউনা হংলকই —" করিগী ঙমহৌদ্রিবনো? অসূক খুদোং চাবা চান্স অমা নঙনা মাঙহল্লিবা করিগীনো?"

"খঙজে সাহেব। হৌজিক্কী যুগসিদা থবক মচা অমতং ফংনবা হোৎনবদা লুপা লাখ লাখনা খূজিং ওইনরফাত্ত ফংদ্রি। লাইবক থীবনি সাহেব। ঐবু কোনবীরম্বী ইনেদু ঙরাং লৈখিদ্রে।"

মমীৎতগী মপি শিন্থরদুনা হীক-হীক কপলকই।

সাহেবনা শকফম খংহন হঞ্জিল্লগা —" ফরে ফরে, নুংঙাইত্রেদা। নখোয় অনীদা তরক তরক লৈজবদা। অদুনা লাক্তবনিদনা । ঐনা খনবদুনিনে। " মখা তারকই —"সে,সে, হৌখিবনা হৌখ্রে, নঙনা ইন্তরভিয়ু লাক্তবদুদা নঙতংদি য়াওহলহৌদবা য়াদে খন্দুনা লোইশিনহন্দনা থমখ্রবনি। ঋাৎহেল্লৌবা কেশ্ঙিদেৎ কুনমুক্কা লোয়ননা লাকলিবা তাং কুন সিদা নঙগী ইন্তরভিয়ু অমুক তৌগনি। শোয়দনা হাজির তৌহৌদবা য়াদবনি। কিরুনু। হাজির তৌরমলে হায়রগা লোইরে ঐনা খনগদবনি। ঐদি হয়েংদগী মপানগী প্রোগ্রাম ময়াম অমা লৈরে। হল্লকপা নংদ্রবসু ঐনা লোইনা শিন্নরমগনি। নঙদা হাজির তৌরম্মু।"

"ফনি সাহেব। ফনি সাহেব। সাহেবনা ঐবু হন্ন-হন্না পোকপীরবনি। ঐ হন্দক্তি শোয়দনা হাজির তৌজরনি। শোয়হনবীবা য়াদে সাহেব ঐগী আমিনগী থবক।"

অবাং নোংপোক লমদমগী ওইবা রিভেন্যুগী অচৌবা কন্ফরেন্স অমা নুমীৎ তরাহুমদোইনিগী ওইনা গুবাহাতিদা পাঙথোকপা য়াওরুরবা তুংদা এস,ডি,ও সাহেব ঙসি ইম্ফালদা থুংলরে।

নুংমিদাং অদু চাক ওন্না চারগা আমিন নিফুখক খন্ননবা পাঙথোকখিবা ইস্তরভিয়ুগী লিস্ত্ কুপ্না পাথদুনা য়েংই। মশা য়াওরম্বা কেন্দিদেৎ চাম্মগী লিস্ততগী মন্ত্রীগী সেক্রেতরিগী ডাইরেক্তরগী পূন্না মী ৩৫ খনবা লোইরে। অকোনবা কেণ্ডিদেৎ কুনগী মহাক য়াওহৌদবা লিস্ত অদুদগী মাগী মীওইশিং খন্ননবা য়েংলকই। মাগী মেম সাহেবতা ব্রা নোমলম্বা মী মরিগী মিং লৌখৎলে। অরোইবদা মানা নুংশিজরবা জামিনীবু খন্ননবা কোয়থি থিরকই।

অহানবা য়েংই য়াওদে। (চাউয়েং য়েংবদুনা ওইবা তাই) অনীরক শুবা ওইনা খর কুপথনা য়েংই। মদুদসু য়াওবা উদে। অহুমলক শুবা ওইনা পেনেল অদুদা কলমগী মনীংনা কিৎকিৎ নমদুনা মথঙ-মথঙ মশীং থী থীদুনা য়েংলকই। য়াওবা থেংনরকত্রে। মী মশীং থীরকই, তরামাপলতমক মঙায়রমলে। জামিনীগী মিং পেনেল অদুদা শুকয়াওমক য়াওরমদ্রে।

মহাক অহীং অদুমা তুমথবা পাক্লা য়ারমদে। মথঙগী নুমীৎতা জামিনী মায়থোঙ মক্লা লাক্রম্মী। মকোক্তা অঙৌবা তুপী অমা উপ্পী। মদু হেক উবদা খঙনীং নীংশিংলকই এস,ডি,ও সাহেব — " জামিনীগী মনেগী শ্রাদ্ধ কৈদৌঙৈ তাখিবনো?"

খল্লিঙৈ,

"সাহেব, কৈদৌঙৈ য়ৌবীরকপগে?"

জামিনীনা মখুৎ জুর তৌরদুনা তপ্প হংজরকই।

"ঙরাং থুংলে। ঙাইখো নহাক্লা হন্দকমুকসু ইস্তরভিয়ুদা হাজির তৌরমদবা করিগীনো?"

"করিবু হায়নি সাহেব। সাহেবনা লেপ্পীরম্বা ইস্তরভিয়ুগী নুমীৎতু ইনেগী শ্রাদ্ধ থোক্লমলে সাহেব।"

এস,ডি,ও সাহেব মরায়বক পায়দুনা লূকথখি। ❑

# ক্বা মতপ অমা

মখোয়গী পান দুকান্দু থোঙ লোনখিবা য়াম্না কুইরে। চৎথোক-চৎশিন্দা মখোয়গী দুকান মমাঙদা গাড়ী ঙহাক থারগা ক্বা মতপ অমতং ওইরবসু নোংমগী চাহৌদ্রবা নত্রগা করিগুম্বা মতমদা য়াম্না অথুবা থবক লৈদুনা খাম্লমদবা তার' ফাওবা গাড়ীগী মিংশেল ফাওনা অমুক্তং য়েংহৌদ্রবা ইতৈমা মতৌ লৈবীবু, নুমীৎতুমা হক্চাংসিদা করিগুম্বা অমা ইবাৎত বাৎপগুম তৌজরিবা ঐনি। হন্দক্তী হাপ্তা অমা ফারে, মখোয়গী দুকান থোঙ লোল্লকলিবসি।

ঙসিদি থবকসু খরদং কোম্বগুম তৌই। য়াম্নসু ঙল্লি। মীঙোন্দা ইতৈমগী লৈফম হংই। খূদোম্বী থিন্দুনা তাকলকই মখোয়গী ভারাগী য়ুমদু।

মখোয়গী লৈরক্তু গাড়ী থৌজিনবা চনদে, লমজাওদা গাড়ী হন্দোকলমলগা খোঙনা চঙশিল্লি প্রপ-প্রপ।

"কনা-কনা লৈবীবগে?"

"কনা ওইবীরনো ?" তাদ হেরাসিং থোরকই।

"এ, করিনো সাহেব!" মা ইঙক ঙকই, "লেঙশিনবীরকউ লেঙশিনবীরকউ য়ুম্বাল মতাসিদা ওহোক্লা ইকায়খ্রেদা!"

"কৈদৌই হায়বগেনে তাদ!" ইমুংদা তুংথ-মাঙথ অদুম চঙমিন্নরে।

তূল অমনবা অমা মাগী খুঁদে কুঞ্জানা তৈথোক-তৈথোক্লা থারদুনা - "লেঙশীনবীয়ু সাহেব।"

"য়াজরে তাদ। ইতৈমবু ঙমদে হায়ব্রা? দুকানকা থোঙ হাংখিদবা কূইরে, কৈদৌরনো হায়না হংলুবদা তাজরকপনি। করি ওইনা ঙমদবনো?"

"হোয়, করিমতা চাউ থকউ য়ারক্তবা কূইরে। ঙসি ঙরাংদং চাক চখোম অমা'নী য়াতোন তংলে! হীপলি'সিদা " নাকনগী কাংথোনদুগী কাংখল হাইদোকই। ইতৈমা মতৌ লৈবী চেপনা হীপলি। তাদ হেরাসিংনা মাগী নাকলদা ফমলদুনা মাগী মফি-মরোল লোইশিনবীরি।

"খঙদেদা সাহেব, অঙাঙশিংসু কনা' মতা লৈতে, ঙহাক্তং পোথাবীরস্মু। ঐ সাহেবকী চা অমুক্তা লৌজরুখিগে।"

"য়াজরে লৌবীরুরনু তাদ! অদুগী শরুক ৱারী শাসি! ইতৈমগী শেলসু পীগদবা খর লৈরি হায়দুনা চঙজরকপনি।"

"সাহেবকুম্বা অমনা ঐখোয়গীদা লেঙবীরকপবু চা গ্লাস অমতং পীথক্তনা করম হলহনখিনি। কূইরোই, থোঙ্গালগী হোটেলসিফাওবদনি।"

হায়নবা য়াদনা তাদ হেরাসিং থোকখ্রে। ইমুং অদুদা অনাবী ইতৈমা মতৌ লৈবীগা ঐখোয় অনীতমক মঙায়হৌরে।

করিসু লৈতে ইমুংদুদা, সূপ্নগী ফমুং অমা, উপূ মচা অমা, অমনবা মায়খল অমনা চাকখুম শরুকতু খজিল্লি। চাক থোংফম লৈরঙ অমদি চাকখুম অদু নুপানা লোইশিনবগী হৌনবা ইচাই-চাইদুনা লৈরি। লুখুমদুদ ইতৈমনা কোকথেঙ নাদুনা হেক হেক মাগী পানদুকান্দা পুথোকপা অমনবা তরং মচাদুমা তাদুনা লৈরি। থৌরি তিংলিবা ফিয়ালদুদা অমনবা ফনেক অমা খুঁদে অমা, অমোৎপা ফদি অমা য়াল্লি।

ইতৈমদু য়াওন্নবা হোৎনরকই। শোছাংননা কৌরকখি – "তারিবরা নঙবু, ঐবু অমুত্তা শৌগৎপীয়ু।"

"ইতৈমা ইতৈমা, ঐ লাকচরি। তাদদু লাকলনি, চা লৌরুনি হায়দুনা চৎখ্রি।"

মহাক তপ্না য়াওল্লকই। মমীৎ তপ্না পাঙথোরকই। ঐবু কৌদে, ঙাঙদে। মুন্না য়েংলগা মাগী কুৎশিল্লবা মীৎলু অনীদগী অশাবা পিগী ঈরি শীন্থরকই।

ঐ মাগী শোক্লবা ফিভমদু উরব্বদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। মশা ঙমদদুনা হীপখিবদি হাপ্তামুক্তমক মঙায়রি হায় অদুবু শোকচিল্লিবা ফিভম অসিদি চহী কয়া নারকলবা অমগুমখ্রে।

"করিদগী অসুক ফিভম শোকচীনখ্রিবনো ইতৈমা?"

"করিবু হায়নী সাহেব, লায়রবদা লাইচঙবা ! অকুৎপদা লৈতৌবা, ......." মখা তাবা ঙমদনা মীৎলুগী পিরাং তৈথোক তৈথোক্লা খাঙখি।

"পোখাবীয়ু ইতৈমা! বা ঙাঙবদু য়াম্না ৱানা উরি। মীওইবা পুন্সিগী হৌনশানি, অমুক ৱাবা অমুক নুংঙাইবা!"

"অদুবু সাহেব, থম্মোয়নুংদা ফুমলিবা মৈচাক অসিদি ফুমদুনা অদুম থম্বদা কয়াদ অৱাবগী মশকনো! সাহেবকুম্বা পূকচেল চাউবা, মীনুংশি লৈবনদি তাবীগনি, অতৈ কনানদি তাবীনীংগনি?"

"ইতৈমগী অৱাবদু লীথোকপীয়ু, ওমদুনা থম্বীগনু !"

"ঐগী ইচা মঙানি। মাগীসু মচা মঙানি। লাইবক্লা থীরিবনা য়ুম্বানমীন্নরিবা ঐগী অহানবা নুপা, মাগী অহানবা নুপী মথোঙ হুক্তে। নত্ত-নত্তবা লমচৎ চৎপদগী হাংতোকপীখ্রে মতমগী ৱায়েল্লোইশিংনা। লুখ্রানা চায়োকপা, পখ্রানা নাওকোনবা কয়াদ অৱাবগী মশকনো।

নোংমা হোসপিতালগী ফমুং থংননা মাগী মচা অহল, ঐগীসু ইচা অহল লায়েংনবা পুখৎলকপদগী লৈমিন্নখি।

তরক তরকই, ঐতনি ঐগীসু । মাতনি মাগীসু।

খঙনদে, কৌনদে, কদায়দগী কনানো হংনখিদে।

নোংমদি মানা —

"সোমগী অনাবসিবু -?"

"কোম্বীং ওপরেসনদা সিফায়গী বুটনা নেৎখায়বীরমম্বনি। সোমগীদি?"

"কোম্বীংদা নোংমৈগী বৎতা থোমদৎলম্বনি, ইচা অহলনি।"

"ঐগীসু মানা অহলনি।"

"সোমগী লৈফমবু"

"ঐ লৈমরামদগীনি। সোমগীদি ?"

"ঐ ফৈয়েংদগীনি।"

মাগা ঐগগী লাইবক হীরম খুদিংদা ফত্তবদা খম থেংনা মান্নখিরম্মী।

থা অমা লৈমিন্নরবা তুং, অরৈ-লৈত শেৎন-খাইনা, নুপা য়াওদবা য়ুম্বালগী পোৎলুম মানা তংখায় পুখিবগুম, মাগীসু নুপী য়াওদবা য়ুম্বালগী ভার ঐনা তংখায় পুরকপগুম খন্নরকলে।

হোসপিতালদা লৈন-লৈনা মানা শেল তানবা চৎখি। ঐনা অনাবা অনীমক ইচাদা ইচাগুম্না চপ মান্নবা মীৎয়েংদা সেবা তৌবী। নুংমিদাংবাইরমদা মানা চানা থক্লবা লৈদুনা পুশিন্নকই। ঐনা পুন্না থোং থাকলগা চামিন্নে।

কন্নম্বা খেনফমদা উনরুবনো মহাকসে, মপুক-মপাউ অসুক ঈং তপচগ্রবা নুপাসিবু মাগী নুপীনা করিগীদমক লায়না খনবীরমলিবা! হোয়, কনানা খঙবা, মাগীসু পেন্দবা নীংবা থুংজদবা কয়া লৈরম্বা য়াই।

থা অহুমগী তুং —

ঐখোয় লায়েংশঙদগী য়ুমদা হন্নরকলে। কায়নরমদাইদা কপমিন্নখি ঐখোয় মরী পুন্না।

অমুক থা অনীগী তুং –

নোংমা ইথা থাজদনা মাগা ঐগা সনা কৈথেলদা থেংনৈ।

"ইবেম্মা মতৌ নৈবী!"

"হায়মা তাদ!"

"লাউহে, কুইরেদা উনখিদবা, চাদুম থকলুসি!"

করিমতা খম্বরুদে, য়োল্লম্বা পোৎ-চৈ পুম্বা হুন্দোকলমলগা মাগী তুং ইন্নদুনা লাকখি।

"কদায়দনো চা থকলুসি হায়রগা।"

"লাক্ত লাকউ।"

ঐসু মাগী মতুং ইল্লি। বস পার্কিং য়ৌরে। মহাক কাখৎখ্রে। ঐসু কাখৎলে। পুংখায় অমরোম গাড়ী তোংমিন্নদুনা চৎখি। ব্রা অমতা ঙাঙনখিদে।

নুমীৎসু তাশিনখ্রে। গাড়ীদু লমখায় অমদা খামই।

"কুমথরসি!" মানা হায়।

ঐসু কুমথে, মাগী মতুং ইল্লি।

খর চৎলগা য়ুমদোমপোক অমদা মানা ঐবু পুশিল্লি। মমান্নবদু কৌথোকলগা করি করিনো খর ঙাঙনখি। অদুদগী য়ুমদুগী কা অমদা ঐখোয় অনীবু পুশিন্দুনা থম্বীরল্লগা মমান্নবদু থোকখ্রে।

"করিনো তাদ নঙনা তৌরিবসি?"

"ঐখোয় অনী অমুক্তং পুন্সিসি অনৌবা য়েন্নীংথানা লাকপসিদা হিংমিন্নবা

য়াব্রা য়েংসি। নঙবু করি খল্লিবগে মতৌলৈবী?"

ঐ তৃমিন্না লৈখি। নৌহৌননা পূক্লীং য়ান্না নুংশিরকখি।

অদুবু অনৌবা মৈশা অমদি—

ঐখোয় অনীবু ইচাশিংদুনা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা ইহোকপীরকখিবনি। নুমীৎ তুদগী লমদমসিবু কোনবীরিবা ঈশ্বরগী মকাদা শাইদাংদুনা ইপুন্সিগী লেমহৌরিবা শরূক হিংনবা হোৎনজরকখি।"

তাদ হেরাসিং হল্লকলে।

"সাহেবকী চিল্লবা মতম পঙমাঙ মাঙহল্লেদো। চাসি খর অহাউবা থিবা হোৎনবদা খরদি থেঙদোকখরে।"

"ব্বানবনিদো তাদ, থকত্রবসু ময়ারবনি।"

"করি ব্বানো, সাহেবকী তৌবীমল খক কাউবা নত্তে। নতৈমনা পুন্নমক তম্মী।"

চাদু পুখম অমদা হাপলদুনা থম্মী।

"পায়বীয়ু সাহেব, ওহোক্লবু ইকায়জথ্রে।"

"ইতৈমসু অমা পায়বীয়ু। " ঐনা হায়খি।

"ঐদি থকনীংদে, থকচররোই।"

চা থক্ল-থক্ল তাদ হেরাসিংনা হৌদোক্লকখি-

"মানা অসুক শোকখিবসি সুমদৌবনি সাহেব, মাগী মচা নুপা য়ায়মদু মতমগী য়াওল্লোই ওইখিবা কুইরে। মদুগী লাইমন ওইরিঙৈ হন্দক অর্মিগী কোম্বীং ওপরেসনদা কাপনবদগী লৈখিদ্রে।"

"ওহোকপনিদ।" ঐনা শোনখি।

"মদুগী কর্ম্ম লোইদ্রিঙৈ, মনাও নুপাদুসু অমুক মথন্ত শিজরিব্রা, মীনবু

হাৎপীরিব্রা লৈখিদ্রে হায়বা পাউদি ফংলে। অদুবু মমাবুদি খক চঙহন্দ্রি। অসিনি মাগী থম্মোয় লাইমন!"

"ইতৈমা ক্বা অমতা শেম্বীয়!"

"ফনি ফনি সাহেব!"

"সৈত্য, ইতৈমগী ক্বা মতপ অমতং চাহৌদ্রবা নোংমদুমা দাই হৌদৎলে!"

"হায়মা!" মানা য়াতোন লংনা মোমোন নোক্লগা, "অদুম হেক মতৌব্রা সাহেব?"

"চাকইহে! ইতৈমা নঙসি, নহা ওইরিঙৈদা থেংনজরম্মদিকো!"

"হ-হাইয়ো! নুংঙাই ব্রাতাসি! সাহেবকী অহনবা কায়থোকপদা ঙায়রিবা জর্দ্দা সাতকী মনমনা মরোল অমা নুংশিবনে! মোন্দানা মরোল অমা নুংঙাইখৎলকপনে, ঐসু মতপ অমতদুম চাথোককে!" মশাদু ঈবাংনা পীক থল্লি।

"লোং হাপ্পীনু ঐগীদি এলাইচি"

"এলাইচি চাবসে ফত্তে হায়বনিকো সাহেব!"

"ওইররোইদবা চহী মতাঙদা তৎতনা চোংখৎলকলিবা ময়োলদু কংজখিসনু কৈদৌগে; হাপ্পীয়ু হাপ্পীয়ু ইতৈমা!"

"ঐগীদি কয়াদে, মতম অমদা পাম্মুরক্কনি হায়বীবনি।"

খূৎথেংননা পান লৌই।

"শেলসি ইতৈমগীসু য়াওজরবনি।"

"করিগীনো, হৈমা সে কৈগীনো ...."

"অচাকমননি ইতৈমা !"

"অঙাওবসিদি ..." ❑

# খোয়বূঙগী য়েনগোন

চাউরবা ইংখোলদুগী অৱাং নোংপোকথংবা চিদাইদা লৈরিবা ইশুক-শুকপা য়েনগোনদু খোয়বূঙগীনি। মোৎলি, লাঙ্ঙী, মনম মহা চেল্লি চাউখৎতে হায়দুনা মখোয়বু মফমদুদা চেৎনা খাজিনদুনা থম্বীখিবনি। য়েনশিংদু মপুনা নিংথী নুংঙাইনা য়েংশিনবীদবদগী অয়াম্বা মতমদা মপূক থন্দবদগী মখোয় মতম খূদিং খোয়রাং খোয়শাওনদুনতা লৈ; অমগা অমগা পঙচীক্তা চীকনৈ। মখোয়না খোংবা লাউবা য়ুমগী অহলদুনা করিমতসু তাবীদে। নোংমগী চেঙকূপ ৱাইকূপ নূংকূপ খর-খরদংদি খোয়বূঙনা মখোয়গীদমক থাকপীরম্মী। মদুনা মখোয় মপূক থনদে অদুনা মখোয় পংশাউদা শাউনৈ। অদুবু খোয়বূংনা নোংমগী য়েনগোনদুদগী য়েরুম লৌরবদি খক লেপতে। মরক মরক্তা য়ুম্থুনা মী থারক্নুনা ইনখৎলকপা মশা মউ ফবা য়েনবা কয়াসু ফা-ফাদুনা পুবীখ্রগা চাথোকপীখি।

মখোয় নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম ময়েং তাশিল্লকখি। লৈহৌরিবা খর-অদুসু মতু ইকোক কোকই, ময়াঙ ইকং-কংই। মখোয় মশেল অমগা অমগা মতু ফোয়নদুনা মতোক থৎনদুনা চাথোক্লরকই; থোকফম চেনথোকফম লৈত্রবা খাজিল্লবা য়েনগোন মনূংদুদা।

চাকথুং ফিথুংদ্রবা য়েনয়ামদু নোংমা নুংমিদাংবাইরম অমা মিতিং তৌই। ইনখৎলকলিবা মরীংজেল খারবা খাবা কৌবা অরাবা অমনা লুচিংই।

"য়েনগোনসিদা লৈরিবা য়েন পুন্নমক। ঐখোয়বু য়ুম্বুসিনা করিসু খনবীদ্রে। ঐখোয়সু অরাম খৌরাংবা ফাওরিবা থবায় পানবা জীবনি, মখোয়গুম্বনি হায়বসি মখোয় কাউখ্রে। মদু য়ানবা য়ুম্বুসিনা মাগী ক্রেক চুরবা মচা খোয়বুঙ হায়বসিদা ঐখোয়বু শিন্নথোকলে। ঐখোয়না কোকচবা ইরুম অমদি ঐখোয়গী ইশাবুদি মখোয়না পান্নকপা মতমদা চাথোকপীরি। মখোয়দি নোয় পেন্না হিংলি। অদুনা ঐখোয় ঙসিদগী মখোয়বু তেংবাঙদবা; য়েনগোনসিদগী য়েরুম পীদবা, য়েরুম কোকপী য়েনবীশিং য়েরুম কোকপা লেপ্লা, লম হেন্দুনা কোকপশিং চীকখায়দুনা হাৎপা, ঐখোয়বু ফারবা, ঐখোয়না হরাও হরাও য়াদবা, ইশা ঙাকথোক্লবা মখোয়গা চেলেঞ্জ তৌনবা, মখোয়না পীবা পোৎ চাদবা, কংদুনা শিরবসু শিজবা, য়েনগোনসিগী মনুংদা ফংবা তীল-কাঙতমক চংদুনা ইনীং ইখা তন্না মীৎকুপ অমতা ওইরবসু হিংলসে ঙসিদগী!"

"হিংলসি! হিংলসি! নীং-তন্না হিংলসি!" য়েনয়ান্না অমতা ওইনা খূমলকখি।

অহল ওইরবা য়েনবা অমনা নহাদুগী বাদু তারগা হায়রকই — "বারেপ অদু য়াম্নদি ফজে! অদুবু পীকখ্রব য়েনগোনসিগী মনুংদগী করিনো ঐখোয় অসুক য়াম্বসিনা চারগা হিংগদবা? করি লৈরি মফমসিদা? অশং অমাল উহৈ-বাহৈ হৌরিবা চাউরবা লৈপলশিং অসিদসু ঐখোয়বু চঙহনবীদ্রে। ফরবসু ফত্রবসু য়েরুম খরদং মখোয়না মফমসিদগী ফং-জখ্রগা মদুগী মহুৎ খরদং পীবীরকপদুনা ঙসি ফাওবদি ঐখোয় শিদ্রি, হিংলি। অদুনা বারেপ অদু য়াম্না কনমনবা থোক্কনি!"

বাফমসি পুথোকলুবগীদমক শাউরবা য়েন নহাশিংদুনা অহল ওইরবা য়েনবা অদুবু তুহৎপীরে। ঈহিং-নাইহিং শাদুনা তারে। মখোয় লোইনা হরতাল হৌখ্রে। খোয়বুঙনা লাকপা খুদিং, য়েরুম অমতসু ফংবা কৌবা লৈখিদ্রে। খূজিন খূৎনাম্বোক্তগী য়াওরকপা য়েরুমশিংদু মখোয় ময়াম চঙদুনা থুগায় অদুগা চাথোই। মদুগীদমক শাউরবা খোয়বুঙনা মখোয়গীদমক চেঙ মরু অমতসু পীরকখিদরে।

মখোয় পুন্নমক কূইনা চাবা ফংলক্তবনা শিরুম নারুমলকলে।

মখোয় য়েনগোনসিদা চাউরকপনা করম্না মচীঙ্গাক থিজগদগে হায়বসু খঙদবগুম তৌই। অদুনা মখোয় খূদিংমক করিগুম্বা খরদং তৌদুনা মপাঙ্গল মরৌশিংনা মীপাল তাংদনা হিংনবা হোৎনবগী মহুৎতা য়ুমদুগী য়ুম্বুবু ৱারৌবা পেন্দবা ফোঙদোক্লদুনা ফৈরাদা উইরুম উইরুম তোংদুনা নুমীৎচুপ্পা লৈথোকই।

নারুবা হৌগৎলকপা অহল ওইরবা য়েনবা অদু লাম্বনা শিগদৌরে। তপ্পা-তপ্পা হৌগৎলক্তুনা য়েনগোনগী হাপুশিংদু মনীং তেকথোক-তেকথোক্তুনা খূনীং খূমাঙ হোৎলি। মদু উরগা থৌরৈতবা অহলগী থবকনি হায়দুনা নহাশিংদুনা করেম্ননা নোকই। "য়ুম্বুসিনা ফূরাদলালদা ফমদুনা চাদুনা লৈথোকলি, অদুগা অহল অসিনা মপূক্কীদমক লৈকংলা অসিদা কয়াদ কন্না হোৎলিবা? মানা নোমলিবসিবু করিবু ফংগদগে?" মখোয় অমুক লেকথ-লেকথদুনা উইথনরকই।

অসুম অসুম খোৎপদগী খঙহৌদনা অহল ওইরবা য়েনবা অদুনা চাউরবা পূকসি অমা কূনদুনা লৈরম্বদু উরকই। মচীন্না তাপ চীক্তুনা হাপু মরক্তুদগী লৌখৎলকই। নোয়রবা তীল মপীদু উবদা ঙসাই মখৈ উইরুম-উইরুমলম্বা য়েনয়ামদু গ্রুং হুপথরকই। অহলদুগী মচীন্দগী তীনবীদু মুন্নবা হোৎনরকই। মখোয় ময়াম পূন্নাঙ লাঙনৈ। মথৌনা লৈবা নহা অমনা অহলদুগী মচীন্দগী তীনবীদু তাপ লাক্লগা পুবীখ্রে; অহলদুবুনা শাথীনা কাওথৎপীরমলে। পাঙ্গল ফরবা নহাদুগী খূৎকাওদা নারু হৌগৎলকপা, অমরোমদা অয়ুক অঙনবদগী খূনীং খূমাঙ হোৎলুবগী হুমাং তারবা অহলদু ৱাহুদুনা তাখ্রে।

অসোমদনা শামান লেংমান্নবা য়েনবা অনী করিসু ৱারুদনা ফংলবা তীনবীদুগীদমক ঈখেঙ তানা শয়েং পাম্বোম ঙান্নরি। মবান্নীনা অঙম তানা শাথেঙনবদা অশোন অনা কয়ামসু শোক্তুনা লোংনা লোংনা হাইথনরকলি।

পাউ-ঈ পূন্নমক ফংলবদা য়ুম্বুদুনা মখোয় পূম্বা কান্নদ্রবা ঙাকনি, ৱাই চিন্নবনি হায়দুনা মখোয়বু ঙম্না লোইশিল্লগা ইংখোলদুদা ঈংনা তপ্পা পাঙ্গনবগীদমক্তা হোতেলগী য়েনহাৎপশিং কৌরগা হাৎতোকহন্নবা খোয়বুঙদা য়াথং তাউথরকখি। ❑

# কোইখাক থীবা

নুমীৎয়ুংবা মতুং পুংখায় চৎখ্রে। চাক লাম্বনা শিগদৌরবা কোকঙাং মৈতৈ চাক হোতেল তন্না গপ গপ চঙশিনখি। শিগদবা থৱায়নি পেন্ন চাথোককে খনখি, অদুনা ওর্দর তৌখি - "মথীক মফে অঙৌবা অতাওবা" (মৈতৈমচাশিংগী লেমজরবা চীঞ্জাক?)

চাক ঙাইবা ওইনা মাগী শাংলবা কোইদু মখুৎ ওয়না নাছে চুবা অনীদগীনা খদাঙফাও শৎ-শৎ। অমুক নাতোন শুমাঙগীদু খুবীগা খুদোম্বীগনা ফৎ-ফৎ কাপথোকক্তুনা নানথোকই। মাগী ফমফমদুগী মায়োক্নবা ফব্লাংদুদা য়াল্লিবা অচৌবা শকয়েং মিংশেলদুদা উরকই-অরিবা হামেংলাবগী কোইদা, মুসলিম কোকঙাংমিয়াগী ফ্রেম চনবা ফোতো অমা।

হোতেল বোইনা থাংদোরকলে মথঙ-মথঙ থিদোকপদা ঙায়রিবা ফোঙফোঙ শারবা চাক্কী পুখম, মরোয় মপাং, থুম-মোরোক হাপ্পা প্লেটশিং। মথীক মফে অঙৌবা অতাওবা। কোকঙাং মখুৎ কাবক হামলগা চাক খোথরদুনা মহী হৈরগা কাবক তোৎপোই-তোৎতবোই চথোম অম-অনী কীৎ-কীৎ নমশীল্লি। এঞ্জাং মহাও মথঙ মথঙ তংই। ঙন্নমক অহাওবগী অহ্লাওবাঙাক! হোতেল বোইনা অৱাৎ-অপা কোয়চেল চেন্দুনা মথঙ-

মথণ্ড হাপলি। কোকঙাং য়েনফৈদু থাঙ্গৎতুনা মমীৎ উইশীল্ল-উইশীল্লদুনা চীকপা হোৎনরি। মফৈগী রস কন্না লৌখৎলি।

মদুবু ঙসাই মখে মুন্না য়েংদুনা লৈরম্বা বাজার দ্যুতি তারম্বা পুলিস এএস আই খৈরুদ্দিন য়াম্না শাউনা লীচৈ মুক্কুনা গপ-গপ চঙশীল্লকখি। করিমতা হায়রম্বা তৌদনা মাগী থাউ তৈরবা উথাওগী চৈ অদুনা কোকঙাংগী নময়াংদা অমুক অনীরক শেৎ-শেৎ শাম্বুরকখি। চীকলম্বা য়েনফৈ পাইথোকখ্রে কোকঙাং! মমীৎ মনা তন্দন পাইরদুনা ফুক হৌগৎলগা কম্বুরকলিবা চৈদু তাপ ফায়। খৈরুদ্দিন্না ওয়গী খুবাকনা অমুক্কা কোকঙাংগী মমায় তম্না হুমজিল্লকখি। মদুমসু পাঙ্গল ফরবা কোকঙাংনা তাপ ফায়। মখোয় অনী ফনা কুইনা মুক্লে-কাওনৈ। হোতেল অদু পুমচায় চাইরে। চাক চারম্বা মী খুদিংমকসু তুমিন তুমিন লেপতুনা য়েংনৈ।

“মরম লৈতনা করিগীদমক মীবু ফুবগে?

“ইসলাম ধর্ম্মবু-শীংনবগী! মুসলীম জাতিবু উশীৎ-থওইদবগী!”

“হায়রিবদু ঐ ভাব তাদে।”

“ভাব তাহনগনি! নতীক থোকপা দণ্ডি পীখিগনি! রমজান থানুংনি খঙলিবনি নঙ!”

অদুগীতুং কোকঙাং মীতৈ মশাগী চপচাবা মশক তাকচনবা মশম মকোই নান্না নান্না ককপা হৌরকখি। ❑

# পূংঙৌ ফনেক অমসুং ওলিবগ্রীন

লমজাও সরক্তা সিফায় পরেং পরেং কোম্বেৎ ড্রেস শেৎলগা মখূৎতা ফর-ফরবা খূৎলায় পায়দুনা আর ও পি চৎলি। লৈশাবী পাখঙ জুরা জুরা সরক্কী নালাদা উরুমদা চীকথনহৌই। মথোৎ কারকলবী লৈশাবীশিংদু উরুরগা পাখঙশিংদুদা য়াম্না শাউনা শাউনা সিফায়শিংদুনা য়েংই। নহাশিংদুদি করিসু থওই ৱাওইদনা অদুম্মক ৱারীদা মুন্থনহৌই।

তাইগর য়াম্না চাউ শাংবা মপা লৈতনা কল্লবা হৈ-শিংবা সিফায়গী হূইজাওনি। মহাক ঙসিদি তলব চাউনা চারে। মাবু শেমগৎচরকপদা ৱাজরকলবা হুইরেম তোনা ঙসিদি কয়াদ নুংঙাইজরবা।

কবোকলৈ মৈতৈ হূইনি। কেম্প ময়াগী কোনসম কালেঞ্জাওগীনি। তাইগরগা কবোকলৈগা য়ুমলোন্নবমক নত্রবসু লম্নাং অমতনি খন্নরিবা। কবোকলৈ পীকতক চেংতকচরবসু মশা মঙ তীক লাউই, মতু য়াম্না নাল্লি, মমায় চন্দন থিল্লি। চহী মপুং ফারকপগী মথোৎ কারকপা লময়ৌবী মতাঙনি। তাইগরনা কবোকলৈবু য়াম্না নীংজে, মিতাজে। মাদি অয়াম্বা মতমদা শারং মনুংদতা লৈবনিনা কবোকলৈদগী হেন্না অতৈ কনাবুসু উদে। কবোকলৈনদি পর্দেশী মুকশল অদুবু উবদা য়াম্না কিজে, য়াম্না হংগোইজে।

লৈকায়গী হূই পূম্নমক্লসু তাইগরবু উরগা কপ্পী।

কবোকলৈগা মখা লৈকায়গী তোল্লমুগী মৈককপগা নুংশিনৈ, উনৈ তোয়না। মখোয় অনী করি করিনো হেক উনবগা ৱারী শানৈ কেনৈ থাৱাননিনা।

তোনানসু মহৌশাগুম তাইগরবু পুথোক্লুনা থোরকই। কলেজগী ছাত্র-ছাত্রী, ওঝা ময়াম চৎনরিবা লম্বীদুগী নাক-য়েৎ তাইগরবু মনম কোয়নম নমহল্লি। খঙহৌদনা তাইগর তোনাগী মখূৎতগী নাম্থোকখ্রে। তেনজৈমুক য়াঙনা পাইশিনখি। ছাত্র-ছাত্রী পূম্নমক কায়দুনা চেম্থোকনৈ। চীংঙাখম লৈরক্কী চিথেক অমদা চীল্লোক্লরিবা কবোকলৈ অমদি মৈককপা তম্না হোৎচিনখরে। মীৎকুপতুমগী মনুংদা মৈককপবু তাইগরনা খৌবোম থন্না উমলগা সরক লময়ায়দা শোরো শোরো লাক্লুনা চিংথোরকলগা ফর-ফর হাইদৎলে। মৈককপদু ঈহিং-নাইহিং শারে। মখোঙ মখূৎ ফৎ-ফৎ কাওরদুনা শিবগী পুংফম ঙাইরি। কবোকলৈনা মৈককপবু মনম নম্ল-নম্লগা উঃউঃ তেংথারি। তাইগরনা কবোকলৈবু থেম্নবা চঙশিল্লকই। কবোকলৈনা য়াম্না শাউনা খিগৎতুনা ঙংলকই। মহাক য়াম্না ৱারৌখি। *মা নিষাদ! প্রতিষ্টাং তুমগমঃ শাস্বতীঃ সমাঃ য়ত্ ক্রৌঞ্চমিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিত্তম্ ।।* লম্বীদুদা থোরকলিবা সাহিত্যগী ছাত্র-ছাত্রীশিংদুগী থম্মোয়দা বাল্মীকিগুম শোন্নরকই। তোনাদি মদুগী অথোৎপা রসতু মথম্মোয়দা করিসু পোকখিদবগুম তৌই। শিগদৌরবা মৈককপবু মুন্না য়েংলুরগা করিসু নাচুংদনা কৌরকই — "তাইগর!"

ঙহাক্কী মতুংদা মনাক্তা তারিবা চেনদু খূনগৎলগা তাইগরবু চিংল-চিংলদুনা পুখিনবা হোৎনৈ, হায়রকই —"তাইগর, আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ত নঙগীসু য়াওরিবনি!" ❑

# ট্রান্সফর

ওঝা তোম্বা মীতৈ চীংনুং অমদা ট্রান্সফর তৌবীরে। মাদি ইচম চমজবা মাগী খুঙ্গংগী প্রাইমারী স্কুল অমদা তেক তেক ওঝা ওইজবনি। তলবসু হৈক্রু মনাদা য়োমদুনা ফংবনি। লাইরবনসু পৎ তৎলি। অদুনবু য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমগী বি.এ. মানা প্রাইমারী স্কুল অমদা পৎতুনা লৈরকলি। মাগা লাইরিক তমমিন্নরকপা বি,এ, সিক্সথ ইয়ারদা পাস তৌখিবা থোইবনা শঙ্গ পঙ্গ ৱানোম তুনোম তৌদুনা ক্লাস ৱান ওফিসার ওইরি। ফুরা দলান জিপ কার খোঙনেৎনরি।

হন্দক্কী তোম্বা মীতৈগী ট্রান্সফরসি মাবু নুংশিবীবা মরূপ মপাংশিংনা য়াম্না ঙক্না থোকনখি। মীচঙ-মীখায় নাইবা মন্ত্রীবু য়াম্না ৱারৌনৈ। মফমদুসু চীংদা চীং অশেংবা ওইরমল্লে। তমেংলোংদগী খোঙলম্বীদা অমুক পুং মঙা/তরুক্কী লম চঙশিল্লগা লৈবা চীংনুংগী স্কুল অমদনি হায় ।

মাবু মন্ত্রীনা মফম অসিদা ট্রান্সফর তৌবীরিবগী মরমদি লমদমদুগী চহী কুন্থ্রামঙা চুপ্পা ভোৎ কারক্কুনা মন্ত্রী ওইরকলবা এমএলএ চাউথোইদা ভোৎ খক পীরক্তবগীনি। হন্দক্তা হায়দোকখিবা বিধান সভাগী ইলেকসনগী ফম্লদা শন্নাদা লীৎতুনা কাহৌরবা (মদুসু মাগী মশাগী হৈজশিংজবা

ভোৎকী তেক্নীক, খূবী খুদোম্বীচিংবগী পোষ্টেল বেল্লোট, খূৎচাবী পোল্লিং। কাউনতিং ওফিসারশিং শিজিন্নরগা কারকপা) চাউথোইনা মবুক্নীং নুংশিনা মাগী য়েৎকী ওয়গী পাম্বোম ওইবীরিবা মনি, মুক্তা, মুবা, ঙৌবা, অচৌ, পিশক পূন্নমক কৌশিনদুনা হায়রই — " ইয়াম্বশিং অমদি ইনাওশিং! হন্দক্তী শন্নাদা লীৎতুনা কাহৌবনিদো। ঐনা য়াম্না ঙকলিবদি, ঐনা চহী কুন্থ্রামঙা মন্ত্রী ওইদুনা ঐগী কেন্দ্রসিগী য়াইফনবতা হোৎনরকই। মরু ওইনা লাইররমখ্রবা ঐখোয়গী পোক্লফম ইখূঙ্গং অসিদা ঐ অমা চোং-থোরক্তুনা প্রজাগী সেবা তৌরকপদগী মীনা মমিং তাবীরমদ্রবা খঙবীরমদ্রবা ঐখোয়গী খুঙ্গং ঙসিদি চাউখৎপগী লমদা খ্বাইদগী খূমাং চাউশিল্লবা খুঙ্গং অমা ওইরেদো। খুঙ্গংগী লৈরক খূদিং কোলাসরোড, মদুদা বিজলী থাউমৈ পরেং পরেং, লৈরক্কী মফম চাবা চাবা য়েংদুনা তোতিগী ঈশিংনা ৱা! ৱা! অচৌবা কাঙজৈবুং! অচৌবা ৱাটর সপ্লাই স্কীম! সরকারগী স্কুলশিং, লোইশং অমা-অনী। শুফম নোমফম খঙলমদ্রবা খুঙ্গংসিগী য়ূম অমদা সরকারগী থবক (পীকপা-চাউবা) অমা হায়বা পান্দমগী মখাদা অহানবা মরোল ঐনা তার্ম মরিরক মন্ত্রী ওইবদা পান্দমদু ফংখি। ঙসিদি য়ূম খুদিংদা মী অনী থবক ফংহন্নবগী পান্দমফাওবা চঙশিল্লকলি। মসিদা খুঙ্গংসিদা হিংলিবা ঐঙোন্দা ভোৎ পীদবা কনা কনা লৈরিবগে? মতীকচাবা দণ্ডি পীগনি হন্দক্তি!"

মাগী ভাষন তারবা তুংদা মাগী য়েৎকী পাম্বোম মনিমোহোন্না ইঙনা তপনা খুমজরকই — "সাহেবপু, ঐখোয়গী খুঙ্গংগীদমক্তদি করি থোইদোকত্রে। লৈখিদ্রবা ঐখোয়গী পাবুং অমদি ইমাদু ফাওবা হিঙ্গৎ-হনজরগা সাহেবতা ওইনা ভোৎ পীহনজখিবনি। চহী কুমওন ফীরোয়দদি মখোয়না লাক্তুনা মচা ঐখোয়না কৎচরিবা প্রসাদি ফংলমগদ্রা ফংলমলোইদ্রা খঙজদ্রে। সাহেবকী ভোৎতদি মখোয় ঙম্না সৈখাৎ লাক্তুনা তশেং তশেং ভোৎ থাদবীরম্বগী খুদম মার্কা তিক তৌদুনা হেক্তা মরেরম্লবনি। সাহেবপু য়াদবা খুঙ্গংসিদদি কনাসু লৈত্রমাল্লে খঞ্জেদো ঐখোয়দি!"

চাউথোইনা মায়থোঙ মকা লাম্না মনিগী ভাষনদু চাম্মদা চাম্মা চুমলবনি হায়না লৌখি।

মুক্তাচাউবনা অহল অমা ওইনা অরাওবা মমীৎতু তোংলপ উইথরদুনা জ্ঞান তানা হায়রকই — " হন্দক্কী ঐখোয় ইনাও ইবুঙোগী ভোটতুদি মখালৈকায়গী মৈলৈমচাগী ইমূংদু কাউবা খক তৌবীগনু। মৈলৈমচাদু ঐগা কাবক মরী লৈনশল্লগা মখোয় ইমূংগী ভোট মঙাদু পূম্না লৌহৌবনি

ইনাও ইবুঙো। মদুগী হক্তক্তা নোংমা নীনি নতৈমদু মপামদা লৈরুরবনি। মখোয় মঙানবু শীৎ নাম্ফোকলমলবা ঐখোয় তোকলে অদুম্মক। মখোয় ইমুংসিদি মীগী হায়নবী পার্টিদো শেংজখ্রবা।"

চাউথোইনসু মঙক নোমলদুনা খুমলকই —" ইয়াম্বগী ৱাফমদুসু ঐহাক খঙজিনজরে। " (মরমদি মানা হন্দক কারিবসি সুপ্পগী ভোট অহুমখক হেন্দুনা কাখিবনি।)

মখোয় ময়ামগী ৱাদু তারুরবা তুংদা নহা ওইরিবা, চাউথোইগীদমক্তা শিবা কিদনা ভোৎ খুদিংদা অপঙ থৌনা কন্না উৎচখিবা, মী কয়া ফুন-চৈনবা মকোক থুগায়বা ঙম্বা কংশমুব (ময়াম্না মাবু কংশগা মান্নে লৌদুনা কৌনবনি কংশমুব) না মমীৎ মনা পুন্নং লংনা ফুক হৌগৎলদুনা শং-শংদুনা হায়রকই — "ময়াম্না থবক্তী য়াম'তৌবীরি হায়ববু কুপথবদি য়াম্না ৱাৎলিদা। ঐনা খুঙ্গংসিদা খ্বাইদগী য়ানীংদবা ইমুং অমা লৈ। মহাক মপুন্সিদা তাইবুঙোদা খক ভোৎ পীরকত্রি। কোলাস থারবা লম্বী থোংগী নুংঙাইবা, মৈগী ঈশিংগী খুদোং চাবদি মাসু ঐখোয়সু চপ মান্ননা ফং-মিন্নরি। লোয়ননা সরকারগী থবকসু তৌরি মহাক।"

"কনানো! কনানো! খুঙ্গংসিদবু ঙসিসু অদুগুম্বা মীশক হিংলিব্রা?" ময়াম্না য়ৌ য়ৌ হংজিল্লকখি।

চাউথোইনা মুবদা শংত্রিক য়েংলগা পীশুম শুকতোকলদুনা হং-লকই —" মীশক্তু কনানো?"

"কনাবু ওইগনি তাইবুঙো, তোম্বা মীতৈনি!"

"তোম্বা মীতৈ?"

এান্সফর ওরদর ফংবা অহীংদু তোম্বা মীতৈ তুম্বা চাবা য়াদে। উয়ুংবগুম তুমিন চপ চপ লেপ্পী। থবক মতাদুগা, তলব মতাদুগা, তৌরকলিবা এান্সফর মতাদুগা অসুম খল্লুরগা মহাক নোক্তবা ঙমশিল্লকত্রে। তুমিন লৈরম্বদগী ফাক-ফাক মখোলহৌনা নোকথোরকই। মদুবু তারগা মাগী নুপী ঙাঙবীলৈমনা হায়রকই — " করিনো নঙবু ঙাওরব্রাও? মীনা তারগা উরগা ঙাওরে হায়রনিয়ে। লাকও তুম্লরো!"

"লৈমা, ঐনা থবক তৌরকলিবসি ঙসিদি চহী কুনগামঙা পুরা

ফারকলে। অদুবু অসুক কুইনা থবক তৌরকপগী মমি অমতসু ঐগী য়ুমসিদা ওসি ফাওবা তাবা উদ্রি। ফূরীৎ খোংগ্রাও মরোল অনী শুনা অমুক্তসু শেৎ-চাবা ফংলকত্রি। নঙগী ননাদ সনা মচেৎ অমা ফাওবা য়ানবীবসু ঙমলকত্রি। নোংমতসু অহাওবা এঞ্জাং অমতসু থোংদুনা ইচাশিংসি পীজবসু ঙমলকত্রি। মসিগুম্বা থবক মতাসিদবু অমুক চীংনুংদা ত্রান্সফর। মসিদনিনে ঐনা যাম্না নোংক্লীংলিবসে লৈমা। ফনসু কুইরকলে থবক তৌরকলিবসি, ঐ থবকসি তোকথোক্লগেদা! ঐ তোক্লগে সৈত্য!" য়াম্না মথ্বায় চাক্লা হায়রকপনি।

"হোয় ব্রাফমদুবুদি য়াম চুমই।" লৈমনা ঈংনা খুমলকই। মখা তারকই – " অদুবু য়ামলবসু য়ামদ্রবসু সরকারগী থবক তৌরুবগী থা অমমমগী সোয়দনা তলব হায়বমদি হেক-হেক লাকলি। শেনফমদুনা মেন্নরকলিবা ময়ামসিদি থবক তোক্লগদি কমদৌ তারিগে?"

" থবক তৌদবা মী অসূক য়াম লৈরিসিদি শিব্রা হায়বা? পেন্সনসু খরদি মরাক্কনি। ইবাম্নি চঙদুনা কন্না শুনোম্বা তারেদনা।"

"অমুক্তা খন্থবীখো মুন্না! হৌজিক্কী মতমদা পীকপা চাউবা থবক অমা ফংবা হায়বসি লংকাদা হীং তাঙবগুম তাঙলবনি । নচাশিং মতীক চাদ্রিবা ফাওবদংদি খর খাঙখিসি। চীংদা পোস্টিং তাবা মী অসূক য়াম লৈরিসিদি! লৈখ্রগা কনানা খঙবা পঙনূং মনুংঙাইরম্বসু!"

"অদু ওইরগা নঙ হেক চৎলুরো!" তোম্বা মীতৈ য়াম্না শাউনা মফি কল্লমলগা ফুক হৌগৎখি।

চীংগী ইপা খুল্লকপগী য়ুমনি।

লৈশা পাখঙ ময়াম্না য়োমই। "ওয়া তুমপা হয়েং য়ুমফাল থোক্কনি। মখোয় ময়াম্না য়া-য়া লাঙনৈ। মাগী মাগী অপাম্বা পোৎ-চৈ ওঝানা মথঙ হপ্তাদা লাকপদা লৈবীরক্লবা তপ্পরকই। মদুগী শেল ওইনা মখোয়না ওজাদা পীদে। মতম মতমগী চীংগী মহয়-মরোং মপোৎ-মপোৎ পুনরক্লুনা ওঝাগী মাঙদা থমলৈ। কনানা থাউমনম নুংশিবা, কনানা চাগী খূজি, কনানা হকচাং সাপোন, কনানা ফিরোল মচা-মশু, মাগী মাগী অনীংবা অপাম্বা তপ্পরকই।

ওঝা তোম্বনা মদু পুম্বা মখোয়-মখোয়গী মমিং মথাগা লোয়ননা মাগী নোত বুকতা ইশিল্লি। সিদা নত্তনা খুনগী খুঙ্গাশিংনা মখোয়-মখোয়গী মচা মশুশিংবু-অতৈ তমগী ওঝাশিংনা তাকপী-তম্বীবদগী হেন্না হৈনবা শিংনবা খঙনবা প্রাইভেৎ তম্বীবগীদমক মমল তাঙল-তাঙলবা খুদোলপোৎ কয়াসু ওঝাগী মফমদা কৎলৈ।

মথঙগী অয়ুক অঙনবদগী হৌনা পাঙ্গল ফরবা পাখঙ মঙা ইপা খুল্লাকপনা হায়বদগী পোৎচৈ পুদুনা তমেংলোং তন্না খোঙশাল্লকলে। খোঙলম্বী অদুনা অসুম অসুম অসূকপা লোকতাই উমং-ৱামং ফাওদুনা লাকপনা অয়ুক্কী পুং তরা তাবদা তমেংলোং য়ৌরে। ইম্ফাল য়ৌবা গাড়ী অমদা ওঝাগী পোৎ-চৈ হাপ্পীরমলবা তুংদা চীংগী পাখঙশিংদু ওঝাবু বিদাই পীরকলে।

চহী মঙা হৌখ্রে।

ওঝা তোম্বা মীতৈগী ইমুং নোংমা নোংমগী মঙাল তাবা হৌরকলে। শেল ইচঙ চঙদবা মওংদা চেক্কী য়ুম মচা অমা তিন্ন কূপতুনা তরু তনাননা শাজবা ঙমজরে। চীংদা পোস্টিং তাঙৈদগী মাগী থাগী তলব লোইনা লেমলে। চৎথোক-চৎশিন্দা ওঝা তোম্বনা মতম-মতমগী পোৎ-চৈ পুথোক পুশিন তৌই। চীংদগী পুরকপা পোৎ-চৈ মাগী নূপীনা হৈ-শিংনা কৈথেনদা য়োল্লি। তমদগী পুশিনখিবা পোৎ-চৈ ইমা খুল্লাকপীনা ওঝাগীদমক ফনবা শীনবী শাবী। ইমা খুল্লাকপীনা ওঝা তোম্ববু য়াম্না লুনা তৌরিবগী মরমদি মখোয়গী অমতা পোকচবা মচা নূপাদু ওঝানা থৱায় হকচাং য়াওনা কন্না হোৎনবীবদগী মেত্রিক থাবদা ফজনা পাস তৌদুনা ইম্ফালদা কোলেজ তমখ্রে। ওঝাগী লমন পুন্সিগী শিংঙমলোই খঞ্জরিবা ইমা খুল্লাকপী অমদি ইপা খুল্লাকপনি। তেল্লবা চহী খরসিদা ওল্লকলিবা তোম্বা মীতৈগী ইমুংগী মওং মতৌ কুপ্না য়েংলগা নোংমা কংশমুবা মন্ত্রীগী মনাক্তা চেল্লক্লুনা করি করিনো য়াম্না হায়রে। কংশমুবনা খ্বাইদগী চাকপসি তোম্বা মীতৈনা নুংঙাইখৎলকপা অসিনি। মাগী মথৌ তোম্বা মীতৈনা করি তৌরি য়েংশিনবনি।

"তাইবুঙো, ফগদ্রা খন্দুনা তৌরুবা থবকতুনা হেন্না তোম্বা মীতৈগী য়াইফবা ওইখ্রে। মাদি চীংদা ত্রান্সফর তাখিবদগী চীং-তম ললোন ইতীক তৌদুনা তলব লেমজা চাদুনা ময়ুম মকৈ লৌচা-শীংদা লেপশিনখ্রে। খর

কুইথরকলবদি শেল য়াম্না পায়খৎলক্তুনা ভোট লেপকে হায়রকপসু কনানা খঙবা। মাগী হান্নগী মফমদুদা মাবু থুনমক অমুক ত্রান্সফর তৌবীহৌবনা ঐখোয়গী য়াইফবা ওইহৌরগনি সাহেব!"

"ফৈ!" মন্ত্রীনা য়াম্না শম্না খুমখি।

ইকুই কুইদনা তোম্বা মীতে মাগী হান্নগী স্কুলদা অমুক ত্রান্সফরগী ওরদর থোরকলে। ❑

# লাম্মৈনা কোয়শিল্লক্লবালোইবী চীংশাং

কাঙলুপকী ঈরাংনা মীৎকুপ অমা ফাওবা নুংশা সোর চনীংতানা হোনবা ফংজদ্রবা চীংগী অহল অমা চাউতোনগী লৌতাংশঙ তন্না চেনশিল্লকই। য়ৌঙমদনা মহাক বাছখরে লৈমায়থক্তা! চাউতোন্না চেনশিন্দুনা মাবু মাগী লৌতাংশঙদা পুশিনবীরে। মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে। ফনা কুইনা লাক্লরবা তুংদা মহাক জ্ঞান তারকখি। লৌতাংশঙগী ঈশিং পুনদা য়োক্লবা অঙ্গংবা ঈশিং গ্লাস অমা পীথকই। অহল অদু মশা খর তেকখৎলকলে।

ঙহাক্তংগী তুংদা মীখোল খর তারকই। য়েংথোকখিবদা চীংমী খর মখুৎতা নোংমৈ পায়দুনা মায়কৈ অদোম তমলকই। থুনমক অহলদুবু মাগী য়েমপাক্লা কুপশিন্দুনা থম্বীরম্মী।

"মরূপ! অসোমদা চীংমী অহল অমা লাকপ্রা?"

"ও! খুনয়া অসি ফাওদুনা ঙসাইব্বাই অমদি চেনখিবা উহৌই। কুইরে, মাদি য়াম্না তামলমলগনি। মাবু তান্নগে হায়রদি খর খুৎলৈ থুবীয়ু!"

মখোয় থুনা য়াঙনা খুনয়ারোমদা চেনচৎ চৎখি। ঙহাক্কী তুংদা অহলদুনা -

— ইচা নূপা, নঙপু লাইরিক হৈপরা?

— করিগীনো ইপা? চিঠি পাগদব্রা ইগদব্রা?

— নত্তে, ঐনা হায়পীপসি খুমপীয়ো।

— হৈ, ঐ বি, এ, পাস তৌবা য়াম্না কুইরে।

— ইঃ নঙতি অতুম লাইরিক য়াম্না তমলকা লৌ খোইতুনা খোইতুনা লৈপীপতি ক্রিকিরা?

— করিদি উপাই লৈরি ইপা। তলব চাবা থবকসু ফংদে।

— ইঃ নঙপু সরকারগী থপক পামপরা?

— পাম্মী য়াম্না পাম্মী, অদুবু ফংলরোই থাজদ্রে।

— ঐনা নঙপু থবক পীরপতি?

— এঃ করম্না ইপা?

— নঙতি নূপী থিপরা?

— থিদ্রি। ঐ থবক ফংদ্রবদি নূপীসু থিররোই খল্লি। করি পীজদুনা মখোয়বু থাক্কনি?

— ঐনা পামপতো ওইখরে।

নীংশিংলকই, অসূম্না মীহৌহল্লগা শেল হাৎনখিবগী বাফম কয়া। মশামক্কীসু লুপা কয়ামা মাঙখ্রে। দম হল্লবা চাউতোন ওসিদি ইপা ইপুগী শিনফমদা হঞ্জিল্লগে খল্লদুনা লৌ-উবা ইখোল কোইবদা পুক্লীং লূপশিল্লি।

মানা তূমিন উংদুনা লৈখিবদুদা চীংমী অহল অদুনা মখা তারকই “নঙনা থপক পামলপতি হুচিক ঐকা চৎসে। লুপাতি লৈকনিকো?”

"লুপা কয়ানো? করি থবকনো? " য়াম্না হৈনীংদনা চাউতোম্না হংই।

"লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রে পীয়ু। সেক্রেতরিয়েৎকী কিরানি ওইকতপনে।

শেল পুরগা হুচিকমক থবক্কী চে লৌপা য়াকনিকো ইচানুপা! ঐনা হায়পা বা ইল্লপতি লুপা পিতরপসু য়াকনিতা।"

করিনো মানা হায়রিবসি? মসিবু মীরা লাইরা? কেরানী অমা ওইননবা হোৎনবদা লুপা লাখ লাখ পীনরবা মতমসিদা মানা লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রেদা হাপ্পীগে হায়বা! মদুসু সরকারগী খ্বাইদগী চাউবা লোয়শঙ অমগী কেরানীগী ফম। হন্দক্তা তৌখিবা ইন্তরভিয়ুদা লৌ য়োল্লগা পীখিবা লুপা লিশিং মরিফু থবকসু ফংহৌদে, শেলসু সুনা হন্দোরকতা, মাঙদুনা লৈরি। মাগীসিবু থাজসিরা থাজরোইসিরা? হোয় অসূক য়াম্বদি মাঙহনখ্রগা শেনফম অসিদা পূক্লীং হন্থরুবা য়াদে।

"পামলপতি চৎপিসে ইচানুপা। থেংথরপতি ঐকী শরুক মীনা শোয়তনা লৌপিখিকনিকো!"

"চৎসি চৎসি ইপা! ঐখোয়গী য়ুমদা চৎসি ঐগী ইপাগসু ঙাঙনসিকো।"

"অতুম থেংথকনু ইচানুপা! খুতোং চাপতি অমুক্তং লাকপীপনি, মতোমতসু ওইপীপনে। নঙকি নরাইপকনা থপক অসে নঙকীতা চঙপীপনে। ঐকি মী অমতসু থেংনপীতপনিকো। খুদোংচাপসি নাম্থোকলপতি নঙকিসু ঐকিসু লোইনা মাঙখিকনিকো ইচানুপা।"

অহল অদু য়াম্না ঙাইঙমদনা ঙাঙল-ভাঙলদুনা চাউতোনগী তুং ইল্লকলে। য়ুম হেক য়ৌবগা চাউতোন মপা মচা তানরে। চে-চাং সারতিফিকেৎনচিংবা পুথোক্লুনা অহলদুদা শিন্নরে। চীংমী অহলদুনা হায়রকই — "তুতি ইচানুপা, ঐ হাম্না চৎপীকেকো। নহাক সেক্রেটরিয়েৎকী মমাঙদা পূং তরানিথোইদা উনসে, শেলসু সূনা পুরকলো। নঙকী থপক্কী ওর্দরকা খুৎশিন্নসেকো। নঙকী নমিং হাপ্পীকে, তুকী ঐ চৎপীকেকো। ঐনা নঙপু হেক উপতা নুংশিপা ফাওপনে, থাজপা পোকপনে; ঐকী থৱায়সু কনপীপনে। তুনা নঙকী ওইনা পীবীনিংপনেকো। অপা চৎপীকেকো!"

অসি হায়রমলগা চীংমী অহল অদু চে-চাং পূম্বা পুরদুনা মহাক

চৎখ্রে। চাউতোন মপা মচা মঙলা তাইবংলা ৱা অমত্তা নে-না তানা ঙাঙনফম খঙদনা হেস্লোইনা পুরবা মীগুম শেল চুমশিন্নবা হোৎনৈ। মমাঙগী ৱানোম শেল হন্দোরকপা খরদু য়োমশিল্লগা মপা মচা ইম্ফালগীদমক খোঙশান্নবা হোৎনরকলে।

নুমীৎয়ুংবা মতুং পুংখায় চৎপদা চাউতোন মপা-মচা সেক্রেতরিয়েৎ মমাঙদা থুংলরে। রিক্‌সোদগী কুমথফাত্রিঙৈ, চীংমী ইপাদুনা ঙাইঙমদনা হায়রকই — "ক্রিকি অদুক থেংপরা? নখোয়কী থপক্কী চেনা নখোয়পু ঙাইপীরে। চঙসি এস,ও, সাহেপকী কাতা।"

চাউতোন মপা মচা হুমাং কাংই। মঙগুন্না থোকই। মখৌনাও খ্রক খ্রক কংবগুনা তৌই। ৱা অমতা ঙাঙথোক-হায়দোকপা ঙমদে। চীংমীদুনা হায়রকপা খুদিং মঙক্তা পঙনোমদা নোম্মী। রিক্‌সোদগী কুমথরগা মাগী মতুং ইন্দুনা প্রপ-প্রপ চঙমিন্নখি।

তোমপিং এস,ও, গী কাদনি। কনাসু লৈরমদরে। লঞ্চ মতম ওইবনা মী পুন্নমক মপানদা চৎথোক্লখরে।

"এস,ও, সাহেব! ঐকি মী পুরকলে।"

"ও, ফম্বীয়ু!" এস,ও, সাহেব থবক য়াম্না চিন্না উই।

অচিনবা থৌগায় মরক্তগী অমুক্তং মাগী থৌরবা মীৎ অনীনা নাতোন নাখাঙদগী নাম্বখ্রগে লাক্লরিবা আনোক্কী ফ্রেম মথক্তা ফাওগৎতুনা য়েংলমলগা হায়রকই — "থবক পুন্নমক লোইরে। ইবুঙোরা চাউতোন হায়রিবসে?"

"অহোয় সাহেপপু।"

"নঙদি নরাইপক য়াম্না ফৈনেকো। অহলসিগী কোতানি, ঙরাঙ কায়থিবা সরকারদুগী চিফমিনিস্তরগী মীনি। মাগীদমক মন্ত্রীনা কন্না হায়বীবদুদা খাকপীবনি। নঙগী নরাইবক্তা তন্নমলিবা ঙসিগী পোস্ট অসেকো, কিরিকুম্বা অহল অসিগী মমাক ওইপীকদবা পাখংদুনা শিরমদবা থোকলবদি নঙনা লুপা কোকথোং পীরবসু ফংলোই। মাগী ময়া ওইগদবা পাখঙ নাগা কুকিগী ইন্নাংদা শিখরে, ঐখোয়না মীচুৎ পীগে হায়বসু য়াবীদবা অহলনিকো। ওরদরসি নমগদবদা মাগীসি ৱাৎতুনা লৈরকপনি। হায়য়ুনে নঙবু নরাইবক

ফবা নত্তবরো?"

"সাহেব! ঐ নুংঙাইবনা হায়ফম খঙদ্রে।"

"অদুনি মরায়বক ফবা মীদি ইনোম নোমদনা ঈশ্বরনা হেক্তা পীবীবনি" সে,সে এপোইন্টমেন্ত ওরদরসি লৌশিল্লো, সিগনেচর তৌরো সিদা! হয়েং ঙন্তানা জোইন্নিং রিপোর্ট পীরোকো!"

চাউতোনগী মশা পূম্বা তু চুংই। মখূৎ থক থক নীক্লা সোই তৌই। চেদু হরাওনা লৌশিল্লি। নুংঙাইবনা মীৎলু ঈরা ঈহৌরকই। চেনা য়োমদুনা পুরকপা শেল মপুনদুমা লাইগুম্লবা চীংমী অহলদুগী খূবামনুংদা খূৎশিন্নে। অহলদুনা মাবু পুন্সি তোল্লোইনা পান্নবা আশীর্ব্বাদ পীরদুনা মকোক্তা নাম্ববী। অদুগা হায়রকই — "ইচানূপা! ঐ নঙোন্তকী লুপা লৌপা পামতরে। ঐকী অমতা পোকচপী কনা লৈচত্রপী ইচা নূপী লুসিপূ তমকী মৌ ওইহনপীয়ো। মাপূ চীংশাং লাম্মেকী তাংকোয় ওইকতপতকি কনপীয়ো।" ❑

# হয়েংদি য়াওশংনি

হয়েংদি য়াওশংনি। অনৌবা লৈবীবা ফি-রোল খোঙউপ শেৎ-চাদুনা য়াওশং মৈথাবা য়েংগনি; অদৈ শেল খায়রুনি। পেচকারিদা ঈশিং মচু মচু থীৎলগা কাপলুনি অদৈ অবেরসু তৈরুনি ... ইস! কয়াদ নুং ঙাইদৌরিনো! হয়েংদু হৌজিক্তি ওইবা য়াদ্রা? .......

নুংঙাইরবা মঙলান ময়ামসিগা লোয়ননা চহী মরিদা মঙায়রিবা থোইবনা মমা- মপাদা তোয়না মশা নোমদুনা হংলি — " মমা মমা, মখোয়গী য়াওশংদুবু হুজিকতৈ ওইদি য়াদ্রাও" মমানা খুমলক্ত্রবদা মপাদা অমুক মশা নোমদুনা ৱাহংদুমক হংলকই — "বাবা বাবা ...." মমা মপা অনীমক্তা করিসু থৌওই-ৱাওইরক্ত্রবদা ৱারৌরবা থোইবনা "নখোয় নবুক ফত্তে" হায়রম্লগা মমান্নবশিংগী মনাকতা চেনখ্রে।

"হয়েংদি য়াওশংনি! মখোয়না হায়রম্বা নুমীৎতু ঙসি হৌখ্রবদি লাক্লনি। কমদৌবা লৈপাকলৈ?"

লৈপাকলৈনা মপুরোইবা তোমচৌগী ৱাফমদুদা মরায়বক্তা মখুৎ নমলদুনা খুমলকই —" অমগী পীখিবগী শেন্দোল ফাওবসু শিংবা লোইদ্রিঙৈ

মরকসিদা মখোয়গী অমুক চাউরবা শেলফম অমা পীয়ু হায়রকলিবসিবু ঐখোয়গীসু করিমতা য়েংবীদ্রবনি। মসি হেন্দি হেনমল্লে। ঐখোয় মী-ওইনা হিংবা ঙমনি হায়বা থাজদ্রে।"

তোমচৌনা তপ্না খুমলকই — " শেনফম অসি পীরু-পীক্না হায়রকপা ওইরবদি করিসু লৈতবনি। হৌজিকপু লাখ অমা কদায়দৈ লৌরুনি?"

"পীবা ঙমদ্রগনা হাৎকে তুপকে হায়বা ৱাখল্লোনসি মখোয়গীসু খর হাকমল্লি। মহোই পাবুংনা কুনফাওবদি হায়রমলে হায়বদাই?"

"হায়রবনি, য়াবা কৌবা লৈতে। থওইদবনি হায়দুনা ঐবু ইরাল শীরি। ঐখোয়গী ইমুংগী অনা অয়েক অমা অমা য়াওদুনা মপান্দা পুগদৌরে হায়বা ওইরবদি হেক্তা শেল লৈ, মখোয়গী দিমাগুনা পঙশিন্নে। মসিবুসু তৌদ য়াদবনি হায়না খনবীদে হায়। ফাদুনা পুন্দুনা চরা হেক হেলহল্লবা, তুমীৎকাণ্ড মরক্তা ওলহন্দুনা হেক থমলবকান্দতা শেলসি হেক্তা লৈ, অদুনা ফাগনি হায়রি ঐবুসু!"

"মদু তৌহনবা য়াদে, সে ঐগী লীক মচাসিমসু থুগায়বীরুরো!"

"ঐগী থাগী তলবতু করিমতা কায়থোক্তনা থমলে। হান্না লাঙশিঞ্জবা খরগা লুপা লিশিং তরাদি শাগৎলে। দুকানগী বাকী মরূপকী শেল মথঙ থাদ পীরগে হায়নদুনা ঙাঙনরমলে। কূমসিদি থোঙ্গাল বন্দ, হোলি পালা, য়াওশং নাক্ত থেংবা চঙহনবা য়াদ্রে। শেল খায়বা লাকপা থোঙ লোনশিনবা তাই। পৈশা অঙাঙবী অমা ফাওবা থুগাইবা য়াদ্রে। নঙগী লীক মচাদু থুগায়বদা লুপা লিশিং তরা মহায়রো, কুনদমক মঙায়রি। ঐগী খুদোপ মচাসিমগা থুগাইরো, লিশিং অনীমুক অমগা কুন্নীথোইদি মশুরনি।"

"মদু পুরগা ঙাঙনরীরুরো লাইবক য়েংলসি।"

"মসিদি ফরক তাই, কনাদগীনো তরা কাবীরা করিনো লুপা লিশিং অহুম খক্তংগা থিরুচো, কুন্মঙাদি পুখিগে।"

"হোয়"

"বাবা বাবা, লুপা মঙা পীয়ু, ঐগী পেচকারি লৈবীয়ু, ঙসি য়াওশংনি।"

"শেল লৈতে ইপাগী থোই। য়েংঙোই, কুমসিদি য়াওশং য়াওরুরনু। ফমুংদা অদুম তুমিন্না তুমদুনা লৈয়ু।"

"য়ারোই! য়ারোই!" থোইবা মখোঙ মখূৎ কাওদুনা নিঙাই তৌবা হৌরকই। "অরাংগী চাউবা, মখাগী তোম্বা মনিংগী কামো মমাঙগী মতুম মখোয়গীদি মপানা ঙরাং লোইনা লৈবী কৈসু! ঐগীসু লৈবীয়ু কৈসু! মখোয়না হায়রিবা মখোয়গী মপাদগীদি নঙনা তলব য়াম্না হেল্লি হায় য়ারোই য়ারোই কৈসু ....।"

"চগৎ-চগৎ য়াম্না ঙাঙখ্রেদা অঙাঙসে! খূপাকসিনা হেক হুম্মক্তনা তন্দন পাইররনিসে!"

"লাকও-লাকও থোইবা , নপাগী মনাক্তা য়েৎলুরনু। ইমা রা হায়গে লাউ।"

"খঙঙে কৈসু, ঙরাং নুংদাং নখোয়না পৈশা ময়াম ময়াম থমখিদু কৈগীনো? ঐনা লুপা মঙাখক্তং পীয়ু হায়বদা পীদ্রবদি ঐদি য়ারোই।"

"মদুদি মীঙোন্দা পীখিগদবা শেলনি থুগাইবা শোকলুবকা য়াবজাৎ নত্রে! লৈবীনি ইমানা শোয়দনা লৈবীনি।" থেমদুনা মমানা অঙাঙদু পুথোকখ্রে।

য়াওশং নুমীৎকী নুংঙাইরবা কুম্মৈদু তোমচৌ চঙদে। অহীং কয়া রাখলনা লাকহৎতুনা তুমফম খঙলক্তে। ঙহাক উইরোল -উইরোল তৌরুরগা মথক্তা চীংজাও অমনা নম্থরকপগুম ফূক-ফূক হৌগৎলকই। খল্লি — "অসূক য়াম্লবা শেনফম অসিবু ঐঙোন্দা তাল্লিবা করিগীনো? ঐনা মখোয়দা করি লানখিবা লৈদুনবু তৌরিবা? নত্রগা লৈকায়গী খুঙ্গংসিগী ঐবু নুংশিদবা মীনবু হায়জিন্দুনা মতৌরিবরা?পুম্সিসিদা শুনা শুনা নোম্না-নোম্না নোংমতবু ইখুৎসিদা অমুক্তা পায়জবা ফংখিদ্রিবা, ইমীৎসিদা উজখিদ্রবা লুপা লাখ অমবু ইলায়-লায়না দিমাগু তৌবা ঙমলিবা! হোয় মখোয়গী শেলগী মথৌ য়াম্না লৈরম্বা য়াই, চান-থরুবা, শেৎন-ইম্নবা, চৎথোক-চৎশিন, খূৎশু খূৎলাই লৈনবা। অদুম ওইনমক অপাননা মী অমদা হেক্তা মশীং কক্না অসূম্না পুবা থাংবা ঙম্লোইদবা দিমাগু তৌবদি হেনমল্লি। মখোয়গী দরকার লৈবা শেনফম য়ুমথোঙ য়ৈনা ঙমগদবা চাংদা খায়রবদি পূন্নমক্না রানরমলোই! য়ুমলোন্নবদা লৈরিবা লৌচা শীংজা য়াম্না লৈবা,

চীক্লা মপাল শাদনা মরল লোৎলিবা কয়াসিবুনা মখোয়গা করম্বা মরী থম্নবননো হায়রদ্রি। অখন্ননা ইথন্তবু পোৎলুম চাউনা থাঙ্গৎপীরকপা হাকমল্লি!"

অহীং খুদিং তোমচৌনা খনবনি। অমুকসু নীংশিংলকই — মখোয়না কৌদুনা অথাপ্পা খুঙ্গং অমদা উনরুবা নুমীৎ অমগী কাউওমলরোইদবা থৌদোক অদু।

"ঐখোয়না হায়রম্বা শেনফমদু নঙ পুরকলব্রা?"

চহী কুনমুক শুরবা নহাদুনা তুপী অমা উপশিল্লগা মমীৎ মনা কুরুক-কুরুক লুরুক্লনা য়েংখৎলদুনা চহী য়াঙ্খেমঙা শুরবা মপাগুম্বা ঐঙোন্দা হংলকপা ব্বাহংনি।

"ইবুঙো, ইপানা লিশিংতরাখক্তুং ইচাশিংগী তেংবাঙনবা হায়দুনা কোয়পূ পূদুনা পুজরকই। সে সি লৌশিনবীয়ু।"

শেল মপুনদুদা য়াম্না তূক্কচনা য়েংলগা

"ফাগীরা অহল?" নহাদুনা খংশাউ শাউগৎলদুনা হায়রকখি-

"নঙনা ঐখোয়বু ফাগী তৌবা য়াবরা? কয়ানো নঙোন্দা হায়রম্বা?"

"লাখ অমা ।"

"অমা হায়রমলগা মদুবু পুরগা পীরুবনি খল্লিবা নকোকতু ....!" ফিংনা নাকন্দগী নোংমৈ মচা অমা শৎতোকলগা মরু হাপচিল্লি! ব্বায়রলেস সেট পায়বা খর তপশিন্নবা শাবদুদা ওনশিন্দুনা হায়খি —

"অহনদা হায়খো, মসি পুরকলোরা হায়না — "

"মঙক কনবা নুপাদু চীঙদা পুরকউ হায়রে অহলনা "

"শাউবীখিনু ইচাশা। ইচাশিংনা তাল্লকপা দিমাগু পীবা ঙমদবা নপা ঐগী ইরালনি। অরৈবসিদি পুজরকলি ....।"

"ঐখোয়বু থওই উইশিৎতবা নত্তনা মদুগী ব্বাহনথোক করিনি

হায়গনি ....? ৱা য়াম্না ঙাঙনবা মতম লৈতে। চৎসি চীংদ, অহলগী নাক্ত, চরা হেলহল্লবতদা খঙগদবনি।"

"শাউখিনু ইচাশা। পীকখ্রবা ৱাফমসিদা নখোয়না অদুক য়াম্না শাউগৎলবদি করম্না লৈবাক্কী অচৌবা থৌদাং পাঙথোকপা ঙমগনি?"

"নঙ অফাওবরো? নঙনা অমুক পাউতাক পীবীরিবরো ঐখোযবু? ৱাকোই শুগনু, কৈদৌঙে পুরক্কদৌরিনো হায়য়ু?"

"শেনফমদুদি য়ামল্লি ইচাশা।"

"ঐখোয়না খঙনা হায়রবনি, তাবা য়ারোই।"

"ঐগী লৌরি য়ুমফম য়াম্নসু লৈজদে। থাগী তলবতুনা ইচা তরুক, ইমা হনুবী, ইশু মী তরা থাকলিবনি।

"ঐখোয় লোইনা খঙলে, ৱা মখা তাগনু ..."

"ইমাদু হাকুম লায়েংলুবগী পুখহৌবা শেনফম হৌজিক ফাওবা শিংবা লোইদ্রি, হৌজিকসু ঙসি হয়েং খঙদনা ফমশেন্নরি। ইচাশিংগী লাইরিক লাইশু তম্বগী খরচ, চান-থক্লবা, লৈকায়গী দেব কর্ম্মগী পোৎপাং চৈবাং ডোনেসন ...."

"তানিংদে মখা তারনু! ঐখোয়না হায়রগনা লৈতে হায়বা, নমা হনুবী লায়েংলমদাইদুদদি লৈরমগনিনে।"

"মদুনা তৌদ য়াদবগী ....।"

"ঐখোয়গীসিসু মদুমনা তৌদ য়াদবনি খনগদবনি। নখোয় নখোয়গী নচা নশুনা নুংঙাইনা লাইরিক তমলি। ঐখোয়না চীং মান্দ তুমফম চাফম খঙদনা লেল্লি....।"

"ইচাশিংসু লাইরিক লাইশু তমদুনা জ্ঞান খর তানশিনখিবা ফৈ ...।"

খঙহৌদনা চুবাদ নোংমৈনা নমলকই।

"তুমিন লৈয়ু! য়াম্না ঙাঙনীংবরা? হায়য়ু, হয়েং মফমসিদা ঐখোয়না হায়খিবা শেনফম পৈশা মরি তাদনা পুরক্কদবনি।"

তোমচৌ তূমিন্না লৈ।

"খুম্মুনে অহল! হয়েংসি শোয়দনা পুরক্কনি হায়না" তোমচৌ তূমিন্না অদুম্মক লৈ।

চে কলম পুথোক্লুনা — "সে, সোই তৌ, হয়েং লুপা লাখ অমা মফমসিদা শোয়দনা পুরক্কনি হায়না।"

"নখোয়না হাৎকে হায়রবসু শেনফমদুমদি শুকলৈ লৈতে!"

"ফৈ, নথ্বায়গা শেলগা কনানা হেন্না মমল য়াম্বগে য়েংগে!"

" শামুগী মপোৎপু ইরোইদা পুদ য়াদে হায়রবদি শিখিবা তাবনি ইচাশা! সিদা করিসু ঙকনীংঙাই লৈতে। ইচাশিংনা দিমাগু লেটর ইরমদাইদা খর খর খঙ্বীবা ফৈ! পঙহায় হায়জিল্লকপা লৌবীদবসু ফৈ!"

"ৰা য়াম্না ঙাঙনীংব্রা অহল? ..." ফি ফি কান্না শাউই, মমীৎমনা কোরুক কোরুক য়েংই। মখা তারকই — " ঐখোয়নবু হেক হায়রুরবা লৈতে লৈতে। অতৈনা তাল্লকপনা তূমিন তূমিন শৎ-শৎ! নখোয়না ঐখোয়গী পার্টিসিবু নুংশিবা ৰাৎলি তাকপনি।"

"নত্তে নত্তে ইবুঙো, ৰাখলদু ওন্নরে, মীগীদি হায়নবা তানবা য়াই। হাকুম লাকখিবদু তংখাই অমগী দিমাগুনি! লৈতবদগী মঙাদং কৎচখি, হরাও-হরাও য়াবীখি!"

"ঐখোয়বু অদুম্বা মমল লৈতবা উচি চাকহোনগুম পীৎ পীৎ হোনবা পার্টিদুনি খনব্রা? অদুদি নহাক মখোয়বু নুংশিবা মীনি হায়বদু তাকলে, ঐখোয়বুনা ফত্তে হায়বনিনে!"

" নত্তে নত্তে ইবুঙো, তৌনখিবা থবকতুবু হায়জবনি, ইচাশিংবু ফত্তে হায়বা নত্তে।"

"য়ারে, চৎসি অহল, চীংদা চৎসি।"

শাউনা ফুক হৌগৎখি।

"শাউবীখিনু ইচাশা! চৎপা তারবসু লাকমিন্নরিবা ময়ামদা অমুক্তদি

খঙহল্লমখিগে। লেপনরিবা চাংদাসি য়ানদ্রে হায়না।"

"ঐখোয়না অদুম হায়জনি। নওদি লেঙবা শুকয়া য়ারোই, চীংদা শোয়দনা পুরক্তবা য়াদে হায়না অহলনা হায়রকই।"

মাগা লাকমিন্নরিবা মীয়াম থোঙ্গালদা পূনশিন্নরকলে। মখোয় অনী মীয়ামদু ওক্লবা থোকখিঙৈ, উচিন-নাচিন্না মাসু নাম্থাকহৌরে।

মদুগী মতুং লেপনখিবা নুমীৎতু ঙসিনি। শেলসু য়ামদে, চৎতবসু য়ারোই, পুংসু তাশিল্লক্কদৌরে।

ঙরাঙদগী য়াওশংগী পৈশা পীয়ু হায়রম্বা মচা অতোম্বা থোইবা ময়াম্বশিংগা লোয়ননা য়াওশং চাকচাবা চৎকদবগী ইরাঙ লাঙলি। ফৈজোম মচা অমা শেৎ, মোজাফুরীৎ নিমাই অমা লীৎ, পাক্লবা মরায়বক্তা চন্দন ঙৌরোক-ঙৌনা থিল্লগা খুজাই মচা অমা পায়রদুনা ময়াম্বগী মতুং ইন্নরি। মচাশিংনা খৌরাংনা ঙাইজরকপা, চহী অমগী মনুংদা অমুক্তং থোকপা য়াওশং ফাওবা হরাও হরাও মচাশিংগী মনীং থুংহনবা ঙমজদ্রবা তোমচৌনা মচা অতোম্বা থোইবগী মতৌবু উরুরগা কৌরকই

"থোই .......... মচাথোই .........!"

থোইবনা মমীৎতা ঈরা চেল্লদুনা শাউনা খুমলকই –

" নঙগা ঐগা কৌনদে, নঙ নবুক য়াম' ফত্তে, য়াওশংগী পৈশা পীদে!" ❑

তাং ১৭/৩/৯৮

# লৈরাং লৈপাকলৈ অমসুং নোংমৈ শীংজঙ

বাসন্তী নহা ওইনা মরায়বক থীহৌরবী মৌ নহানি। চহী কুনমরি মুক ওইরম্বা য়াই মাগী। মুনরং তৌজরবসু মশা তোঙ্গানবী, শাহৌ ফবী রাশি লৈবী বাসন্তীবু হেক উরুবা খুদিংনা "ইস!" হায়না য়েংদবা লৈতে। মাগী চীনবান ময়াগী অমুবা শস্থু, মাগীদি মদুনা য়েক্লবা ওইরবনি।

শস্থুদুগী হাক্তক্তনি মহাক্না ক্লাস সেভেনতমক তমলিঙৈ, থবাক মণ্ডাল তারম তাফাৎত্রিঙৈ, চোংলকলিবা যৌবন য়েন্নীংনসু মপুং ফাফাত্রিঙৈ নোংমা,

"ইমা, ইমা!"

"কনানো।" বাসন্তীনা ইঙাও ঙাওনা ঈশৈ ঙংলদুনা থোরকই। মাঙদা লেপলম্বা ফজরবা পাখঙ মচা অদুবু উবদা ঈশৈ ঙংবা খংলেপ লেপ্লী।

"ইবেম্মা, ইমাবু?"

"ইমাদি লৈতে, করি হায়বীদৌনো।"

"ঐহাক ঙসি নোংমগী য়ারেকফম থিরকপনি। ঐখোয় মীঅহুমগী চাকসু খর হাপ্লীয়ু।"

"অদুদি তাদখোয় ঙহাক পোখাবীয়ু। ইমাসু চেঙ ৱানবা চৎখি য়ৌরক্লনি।"

নুমীৎতুদগী মতমগী য়াওললোইশিং অদু তোয়না-তোয়না বাসন্তীখোয়গী য়ুমদা লাক্লুনা লেক-চারখি। পাখঙ লৈশাবী নক্লরক্লবদি মরী লৈনরকই। অমুক্তংবু নুংশিবগী লাংদুদা থুখ্রবা নাপ্পোকপসু অদুম্মক মৱায়।

অথৌবনা নোংমা হায়খি —" বাসন্তী, নঙবু অহানবা উরুঙৈদগী ঐগী ৱাখলসি ওনখরে, তৌগদবা ইথৌসু কাউরে, ঐ নঙবু থাদোকপা শুকঙম ঙম্নি থাজদ্রে।"

"নখোয়দি নয়ুম -নকৈ পানবা য়াদে হায়দায়নে?"

"মদুগীনি ঐনা য়াম্না ৱারীবসি ।"

অদুবু থৌরি অদু খর কোমথোরক্কদ্রা খনববু হেন্ন-হেন্না অসুম অসুম লাকশিল্লকখি। নোংমা নুংদাং অমা অথৌবা মথন্ত তফিং-তফিং ফাওজিল্লকই।

"বাসন্তী। ঐ হয়েংদগী বাঙ্গলাদেশতা চৎলগনি। কুইনা উনদৌ মান্দ্রেবো।"

"নঙনা ঐবু থাদোক্লুনা মীরমদা চৎখ্রগা ঐনা কনাবু য়েংদুনা লৈহৌনি। মদুমা ঐ শুকঙম ঙমলোই, মদুগী মহুৎ — ইবান্নি ঙসি অহিংসিমক লোন্না চেনখ্রসিদনা!"

"কদায়দা?"

"খোঙনা পুবা মফমদুদা"

ইনখৎলকপগী ঋাখলনি; কয়াদ তয়াং তশোয়শ্রবা। নুমীৎকয়ানি মখোয়নী চীংনুং মানুংদা কোয়লোৎ লোৎখি। লোৎনা-লোৎনা চেন্না-চেন্না মবান্নীগী নুংশি পরৈদি অসুম অসুম চেৎশিল্লকই। অদুনা কল্লবা কালেনগী মালেম লৈতঙ্গায় হোগায়দুনা পোমশাৎনরকপদা ঙায়জরকলিবী তনৌ তনৌবী লৈপাকলৈগুম্বী বাসন্তী, মাগী মালংনফাও নোংমতা মনীং তমজখিদ্রিবী থোৎলবা হুকচাং কয়াৎশিং মশীং খঙদনা নুংশিবা মাগী মফমদা কৎথোকখিবনি; থম্মোয়গী অপেনবা রস মপুংফানা চুপচখিবনি। বাসন্তী খোয়জি খাদ মিছল লাংলে। পুন্সিগী ঈপাক্তা শকখঙনদবা মাগা লোয়ননা নৌরেল য়েৎক-ওইগা পায়মিন্না পুন্সি হি হোনবা হৌরকলে।

নোংমা খঙহৌদনা মখোয়বু ফাবা লাকখি। মখোয় নুপা মঙানা মশা শাগন শাগন পায়দুনা চিংখি অথৌববু। হায়জবা পুম্বা তাবীখিদে। বাসন্তীগী মমাঙমক্তুদা অথৌববু মরায়বক্তা মশীং খঙদবা নোংমৈ মরুনা কাপতুনা হাৎতোকপীখি।

অমম্বলক্তা তিলহৌরে বাসন্তীগী পুন্সি ....।

চাজেনবী (মদুসু মফম মরাং খঙবা মচা নক্তবা) হল্লক্লবী নুপীবু কনানা নুংশিবীগনি মাগী মপাম লমদমদা। চহী অমা মীৎলুগী পিরাং কংদনা মবুংগী মনম্মগী অখাবা মীৎয়েংখাদ লেল্লকই। শেৎন-ইন্নবা, চান-থরুবা লৈশিল্লকতে। মচা পীশক নমদা পোদুনা কোয়না মচিঙ্গাক থিবা থোরকই।

মাগী কৈথেল অকা অকুমদা পাখঙ ওইরিবা ওতো থৌবা রাজেন্না বাসন্তীবু কোইশেন শেন্নৈ, কোইরুম লুম্মী, অচেংবা ঙাই। খাঙববু কল্লবদি ফমেন ফম্মী হায়দুনি। নোংমদি রাজেনগী ওতোদু লম্বীদা বেরা তৌরকপদগী অহীংদু ওম্বোক্লা থেঙদোকখ্রে। মখোয় অনী গাড়ী ইন্দুনা মতম কায়না হল্লকপদু মীয়াম্না চিংনখি। ফাদুনা মবান্নিবু কৈন্যা কৎথোকপীখি। নুমীৎতুদগী করিল্লো হায়বা শুকখঙ খঙদবমখৈ রাজেনবু মহাক্কী মপুরোইবা ওইনা চহী তরা য়ুম্বান্নখি। মচা মরি পোকখি। অদুবু রাজেনগী মমা মপানদি পাখঙ ওইরিবা মচানা চাজেনবী মৌ অমবু পুশিল্লকখিবা নুমীৎতুদগী মাগী মখুৎ চাবীখিদে। রাজেনতনদি বাসন্তীগী চীনবান ময়াগী শমব্রুদা ঙাওজখি।

ওম্বোকপনি বাসন্তীগী লাইবক।

নোংমা অঙকপা পাউ অমা লাকখি — মাগী মপুরোইবা রাজেন্দু

অচৌবা তাতা অনীনা মাগী ওতোদু চপখায়বদগী মফমদুদা অদুম্মক লৈখিদ্রে।

বাসন্তীগী সংসার অমম্বদা অমুক্কসু তিনখি।

হৌজিক্তি বাসন্তী মচা মঙা করম্না য়োক থাক্নি? মহাক পুন্সিদা য়ুম অমুক হন্না পাল্লরোই খল্লে। মচাশিংবু কোন্দুনা অদুম্মক পুন্সিলেল্লগে খল্লে।

অঙকপনি মীওইবগী পূকচেল!

রাজেনগী মমা মপানদি রাজেন শিখিবগী মরম বাসন্তীননি হায়না লৌরি। মহাক হিংচাবীনি। মপুরোইবা খাঙবা ঙমদবী ফত্রবী নুপীনি। অদুনা মচাবুসু মানা নৌনা চাথোকপীখিবনি, মহাক মফমসিদা থম্বা য়াদে, তাম্থোকখিগদবনি অসিনি। খোঙথাঙ খুদিং মীৎকুপ খুদিং য়েংশিল্লকপা মীৎয়েংগী ঝাংম লান্না বাসন্তী চৎখ্রগে খল্লে, অদুবু মচাশিংসিনা ফমদৌবা?

নোংমা মচাশিং পূম্বা বিদাই পীরমলগা অথেঙবা অহীং অমা বাসন্তী মপুরোইবগী য়ুমদু থাদোক্তুনা লোন্না লাকখি। অথাপ্পা খুঙ্গং অমদা ওংখিবী লৈকায়গী মচেম থোকপী অমগী য়ুমদা নুমীৎ খরনি লোৎলবা তুংদা শক লোৎতুনা মচেনা নুতিগী শেল তানবা চৎপা চেক্কোনগী থবক শুবা য়াওরে। নোংমগী হাজিরা অদুনা মশা মথন্তগী চাবা ফাওবদি লেম পানা কোন্নজরে। অদুবু চারমদাই খুদিং তুল্লমদায় খুদিং মচাশিংদুবু করি চারমনি করম লেল্লমনি খনবতনা অহীং কয়া তূম্বা য়াদনা লেনখিবসু কোঙ্গায়নি।

থা অমা হৌখ্রে।

নোংমা থাজদনা চেক্কোল মহাজনগী নুপীদু লাকই। বাসন্তীবু কোয়থি থিরকই। মাবু চেক্কোনগী অফিসতা কৌশিল্লগা মহাজনগী নুপী তোম্বীনৌনা হায়রকই – "নহাক ওইরে বাসন্তী হায়বীদো, তৌওম্বী! ঝাথিবী! নহাক ঙসিদগী চেক্কোলসিদা থবক শুবা য়াওবা শুকয়া য়ারোই! চৎখ্রো চৎলু নশক্তু য়েংনীংদে!"

" ইনমবেম্মা, ঝাফমদুবু .... ?" বাসন্তীনা য়াম্না ঙক্লা হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা খুমলকই।

" তুমিন লৈয়ু মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোয়নবা পামদ্রবদি খুদকসিদা খোলাসি থাদোক্তুনা চৎশ্রো, নমায় অমুক লৈরক্কে খনগনু।"

"মরমদু অমুক্তদি হায়বীখো।"

"নঙ ৱা য়াম্না ঙাঙনবা পাম্রা?

"ঐ মরমদু শুকখঙ খঙজদে।"

"নঙগুম্বীনা ঐগী নূপাবু ....! " ফি ফি কান্না শাউই।

"করি হায়বা ইনমবেম্মা?"

"তূমিন লৈয়ু, হুরানবীনবু হুই হায়গদ্রা? নঙদা হাৎলগা লোইরে!"

চোংশিন্দুনা তোম্বীনৌনা বাসন্তীগী মখজায়দা খুবাক্না ওন্না ওন্না শেৎ শেৎ থাজিল্লি, মশম ফোয়দৎলি। খাঙবা ঙম্বা মখা চীক্তুনা খাঙজৈ ফনা কুইনা, ঙম্নকৃত্রমাল্লে বাসন্তী মখূৎ হল্লকই, তোম্বীনৌগী পার্লোদা চঙলুবদা মঙায়রিবা খোইহল্লবা লুমাংগী মশম অদু খূবাম অচৌবা অনী-অহুম পদ্রৎ পদ্রৎ ফুক্তৎলে। মমায় মমীৎ খঙদনা খূবাকনা অনী অহুমলকসু শেৎ-শেৎ থাজিল্লে। তোম্বীনৌ ৱাষ্টুদুনা লোংনা হাইথখ্রে। ময়াম চেনশিন্নরক্তুনা ঈশিং চাইদুনা লাক্লখি।

নুমীৎতুগী ৱারী ৱাখোঙ থিগৎনরকখি। করিসু লৈত্রবা ৱাহৌদগীনি। বাসন্তীগী চীনবান ময়াগী শমব্রুদ্দগী হৌরকখিবা ৱাফমনি। চেক্কোলগী মহাজন নহাদু চহী কুনথ্রামুক শুরমলগনি। লুহোঙখিবা চহী মঙামুক শুখ্রে। অদুবু ঙসি ফাওবা মচাগী নুংশিবদুদি ফংদ্রি। মমিংনা লাখপতি। মিংগা চানবা মরল মথুমদি চীংগুম্না পৈখৎলকলি। অনৌবা মথোল মথোলগী পক্কাগী য়ুমকৈ, তাতা অনী অহুম, মারুতি।

নোংমা মহাজন মঙা তরা মখোয়গী নৌনা শঙ্গাবা য়ুমদুদা পার্তি তৌই। মশা নুংঙাইনরক্তুনা মাগী মাগী থম্মোয়গী অনীংবা অপাম্বা ৱারী শাদোকনৈ।

লাখপতিনা লৈয়েং ফাইনা হায়রকখিবনি — " ভায় মোহোন ঐগী চেক্কোনদা মৌ মহা অমা হন্দক থবক শুবা য়াওররি। মমিংনা বাসন্তী। ইস

মাগী চীনবান ময়াগী শমক্রুদুদি ...। ইচাগা পোক্ত্রে নূপীনেনা তৌরিসিনা। ঐ মাবুদুম লাইবক য়েংলগেদনা কন্না হোৎনরি।"

লাইবক থীবী বাসন্তী ঙসিদি থবক শুবা চৎতরে । মকোক লূমই হায়দুনা ফমুংদা হীপতুনা অদুম্মক লৈরে। মচেনা হায়রকই — " ইবেম্মা, নূপীগী শক হায়বসি ললনি অমরোমদা পাপনি। কনানা পুন্সিদা য়ূম অমুক্তং পানবা খঙনবা হোৎনবদা কয়াদা ৱানথ্রবা। অমরোমদা ইনাওগীদি শক্লা য়েরুবা ওইরেদা । তূমিন্না লৈজবী, থম্মোয়দা নুংশিবগী মমি তমদ্রবী নহাকপু অউবা খূদিংনেদি মাগী মাগী থম্মোয়গী লৈকোলদা লৈশাৎ তমহননীংলি। কুইরবনি, লাখপতিনা নহাকপুদা শোল্লকলিবা!"

"অদুদি করিগীদমক্তা ইচেনা ঐঙোন্দা হায়বীদে। অদুন্না অরানবা মীৎযেংদা ঐবু চিংশিনবীরিবা তামো লাখপতিসু ফত্তে, মহাক লুহোংলবা নুপানি। য়ূমগী নূপীনা করি খনখিগনি হায়বা মহাক খনফম থোকই। মদু খঙজরল্লবদি ঐ নুমিৎতুদগী থবক শুবা চৎচরমলোই। ঐ কনাগী মকাদসু অমুক হন্না য়েৎনিংদরে। ঐ ঙসিদগী থবকশুবা চৎলরোই।"

তাঞ্জাসিদা মপান্দগী "ইতৈমা - ইতৈমা" হায়না কৌরকপা নূপাগী খোঞ্জেল অমা তারকই। কনানো হায়না মচেনা য়েংলুবদা লাখপতি ওইরমলে। হায়নবা তৌদনা ইমুংদা চঙলকলে।

"ও! বাসন্তী কয়াম থীনা শোকলে?"

"তামোনা মফমসিদা করিগীদমক লাকপীরিবনো?" বাসন্তীনা য়াম্না শাউনা খুমলকখিবনি। মখা তারকই— "ঐবু অমুক বদনাম পীবীগেরা?"

মচেনা চৈহৎলকই বাসন্তীবু — "করি ৱাতানো ইচেগী ইবেম্মা! শোক পল্লবদি হংনবা মীওইবগী ধর্ম্মনি।"

"ইচেনা তামোখোয়গী মীচঙ চঙবীরিবা করিগীনো? নূপীনা নূপীগী অৱাববু খঙবীদবা মফমসি থাদোক্তুনা ঐ ঙসিদগী চৎলগনি!"

নারে হায়দুনা হীপলম্বী বাসন্তী শাউনা ফুক হৌগৎলকই। মমীৎ তন্দন পাইরক্তুনা তপ্প তপ্পা ফমথরকই। মচেনা মাবু তপ্পা ফমুংদা হীপহন্নবা হোৎনৈ। মহাক হীপথৌ হায়বা য়াদ্রে , ফমুংদা মখোঙ য়াম্থরগা মরায়বক্তা মখূৎনা নম্লদুনা ফমলি। মাগী ফারবা শাংলবা শমলাং, তঙাঙলবা

মায়থোং, লূরবা কোয়রাওনরবা মীৎলু অনীদগী শীঙ্গরকলিবা পিগী ঈরি; তনিক তনিক তবা তবারবা চীনবান্দুগী মথক্তা তোমথিন ঙাল্লিবা শমক্রু উরুবদগী লাখপতি অমুক খঙ্গনবগী নূপা ওইবগী শক্তিদু মাঙগ্রমাল্লে, থৌনা ফনা মপাম্বোম তিংলদুনা হায়রকই — "বাসন্তী! নহাকনা অদুম তৌবদু ঐ য়েংবা য়াম্না ৱায়, তশেংনা থম্মোয়সে কায়গদৌই। য়েংউ নহাক্কীদমক ঙসি ঐহাক লেপলি নমাঙদা। করিগীদমক অদুক পিদোল্লুদগে। নবুক্কীং শোঙ্গগনু। নহাকনবু য়াবীরবদি মচীন কনবী, লমকেৎ লমহাইবী তোম্বীনৌ ঙসি অয়ুক মপামদা থিন্দোকখ্রে। নহাকপু লৌগে হায়না ঐহাক নমাঙদা লেপলরবনি। চৎসি, ঐগী থম্মোয়গী লৈকোলদা মনীংতম্না শাৎলরো; চৎসি বাসন্তী!"

"মদুনা তামোগী অপাম্বনি!" বাসন্তীনা কংলবা মীনোক অমা নোক্রদুনা মখা তারকই— " অদুবু মদুদা ঐনা হরাওনা য়াগনি খনবীবরা ? ৱাফমশিংদু ঐ তানিংলমগনি খনবীবরা? অচৌবা লল থুমগী মীহৌবা করিসু লৈজদে নচনগী। পুন্সিসিমা মীগী থম্মোয়দা য়েক্কুনা চৈনা পীদুনা লৈহৌগদবা থবকতু ঐ পামজদে। নূপা ওইবশিংগী থম্মোয়বুসু মশক শেংনা খঙজরে। ঐ য়ুম অনীরক পাল্লুরে। ইচা মঙাগী লায়রবী লাইবক থীরবী মমানি ঐ। ৱাফমশিংসিনা তামোগী ইজ্জৎ শোক্রক্লবা মরম নত্তনা অতৈ ওইজবা করিমতা ফংলোই ইফমদগী। কান্নদে লেঙবীখিবনা ফরগনি ।"

"য়াবীরবদি অঙাঙশিংসু ঐনা লোইনা শেমগনি। মখোয়বুনি ঐনা পাল্লিবা।"

"তোঙান তোঙানবা য়ুমনাক শাগেগী মচাশিংবু তামোনা কয়াম কুইনা নুংসিবীবা ঙমগনি? মদু খক ওইথোকলোই! ঐ তাবা ঙমদে! ঐ তাবা য়াম্না হৈনদে! থুনমক য়ৌখিবনা ফগনি।" ফমুংদা মমায় উপশিন্দুনা হীক হীক কপ্পী।

"ফরে ঐ চৎলগে।" লাখপতিনা য়াম্না চীংলেম্না হায়রকই। মখা তারকই—"অদুবু অমুক্তদি মুন্না খঙ্গরমখো বাসন্তী !"

ফূরীৎখাউদগী শেল লৌথোকলগা — " ইতৈমাগা নখোয় অনীগী হিসাব মুনিমনা শেংদোরকপনি। সে মসি পায়শিলহৌ।" শেলদু থল্লম-লগা লাখপতি চৎখরে।

নুমীৎতুগী নুংমিদাংদু মচেনা মাবু থেমজিল্লদুনা হায়রকই—

"ঝাফম অসি ইবেম্মা, তারাইনা লৌবা চুমলোই, মুন্না খন্থহৌবা ফগনি! নূপী ওইবীগী লাইবকতি মপুরোইবগী লাইবকতুনি। অপাইবা লৈচিলগী অরেপ্পা মশক মচু লৈতবগুম ঙসি কাংথক্তা য়াওন্নরিবী চরূগী মোমপাক মোন্দুমদা মোনখাঙনরিবী, শোগায়রবা পোমক্রি শুপ চারদুনা ইচেগী নাক্তা য়ান্না পিদোন্না লেল্লিবা নহাকসে, ঙসিদি নঙগী নরায়বক্কী অতিয়াদ অরংবা ধ্রুব তরাদু থোক্লনবগী তাঞ্জাদু পীবীরক্লবনি ঈশ্বরনা। অসুক নহা ওইরিবা, শক্ত-চুদ, মীওই-মীতৌদ ঝাৎত্রবা, লন-থুমদা কুবেরগুন্না পৈরবা নূপাশিগী অঝাবদি মচা ধারা লৈজদবদুখক্তনি। মানা তোয়না হায়-

"ঐগী ধারা মুৎখিগদরা কিজে, ঐখোয়গী পারী পুরীদগী ধারা লীক্লকই। অদুনা ইতৈমা ঐগী ধারা মুৎলোইদবী, চৎন-লোনচৎ খঙবী, পুন্সিগী খোঙলোয় অমতদি থীবীয়ু ইতৈমা। ননাওনা ইতৈমখোয়গী মায় চোপতনবা হোৎনজগনি!"

"মাগী য়াকা ইন্দুনা কয়ানি ঐখোয়না শীনবীখিবা! মথ্বায়না তাদ মাল্লে, অসুক কুইবসি য়ারকতে। অদুবু চেক্কোলসিদা নহাকপু উরুবা নুমীৎতুদগীদি মহাক্কী ঝাখল নঙোন্দা লুপথ্রমাল্লে, নহাকপুদা শোঞ্জরকখিবনি। ঐখোয়না লম্বা চাদে থিংই, মানা মকম্থি থোকনা শাউই। মানা হায় —ঐ নূপীগী মরল করিসু পামদে, মতীক চাবা চাদবা করিসু খনদে; ঐনা সূপ্নতগী পামজবা হায়ববু থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিবা অমসুং ইরল ওইহৌগদবা ইচা ধারা অসিতনি। ঐগী থম্মোয়গী পামজবদু মাবুদি থোকলে , ইতৈমনা অমুক্তদি নুংশিবীয়ু"

মচেগী ঝারীদু অসুম অসুম মখা চথরি। বাসন্তী মমীৎ-মনা চপ য়ুংলে। অহীংনা থেঙজিল্লকপগা ঈরোইন্না ঝারী তারম্বী বাসন্তী পিরাং মোনখাঙনা তপ্ন তপ্ন নিদ্রা মাগী মতাবাক্তা নুংঙাইনা তুমখুন তানখরে!

নোং ঙাল্লকপদা বাসন্তী লৈরমদ্রে হায়দুনা কোয়লাঙ লাঙনরকই। ❑

# চূমথাঙগী নুংওনবা মচু

তিদিম রোদ খূদক্তুগী বন্দ তৌশিনখ্রে। লালহৌবা নহারোলশিংগা সিফায়গা কাপনবদা হাইদোরকপা নোংমৈ মরূনা পানবদগী মীচম ছাত্র অমা খূদক্তা শিখি। মদুগীদমক পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা ঙসি নুমীৎয়ুংবদগী মতম কক্তুনা বন্দ তৌখিবনি হায়রি। য়াম্না শাথীরিবা মফমদি নম্বোলদগী কৈনৌ ফাওবনি হায়রি। সরকারগী গাড়ী অমা অনীসু মৈ থাখ্রমাল্লে।

ঈরাং লৈবনা খর ঙল্লপ থবক থাদোরকলবা ডাক্তর ইবোতোম্বা মাগী লৈরুবা কুইদ্রিবা মারুতি কারদু কৈশামপাৎ তম্না থৌথরকই। "করম্না ঈরাং মতাসিদা বিষ্ণুপুর তান্না থৌখিগদৌরি?" পার্কিং ময়াদা গাড়ী খামলদুনা মানা খল্লি। খোঙবু ওইমিন্নখিবা নুংঙাইদৌবা মীশক কনা কনা লৈরিবগে, কোয়না য়েংলকই। কনামতা চেক-মোক লাউরমদরে। মহৌসানা মফমসি মীনা চীক্ল-চায়নবা ঙল্লদ্রবসু নুমীৎতুমদি তরক তরকই। গাড়ী মনুংদগী মিংশেল ফাওনা অসুম য়েংলকই লৈ-লৈদুনা। "ও! থরোশংবীনিনে!" নূপীদু হেক উরুবদা মশাদু শ্বায় লাউই। গাড়ীগী স্তারিং কোল্লদুনা মাবু মুন্না য়েংলগা " মাদি করম্না হনখিনি মোইরাং তান্না বন্দ মতাসিদা !" ঙহাক খঞ্জানদুনা লৈ। মদুবু কাবক য়েংলুরগা থরোশং-

বীনসু খল্লকই —

"কনানোনে অহনবা মারুতি অমদা মথন্ত কনাবু ঙাইহৈরিবা ? ঐনা মফমসিদা খঙন-চানবা ইরুপ-ইপিজা ইবুং-ইপ্পাগী গাড়ী অমতং ফাহৌনবা হায়দুনা অথেঙবা ক্লাসকী অঙাঙসিং ফাওবা ঈরাং লৈরে হায়দুনা হায়দোকলমলগা ঙাইরকলিবসি পূং অনী তাফাৎত্রিঙৈদগীনি। কনানোনে ফোটোক্রোম উপ্পা শকহেনবা নূপাসিবু , মানা য়েংলিবসিবু ঐঙোন্দরা" হায়দুনা থরোশং বিসু হুৎতুনা য়েংশিল্লি। মুন্না য়েংশিল্লুরগা খঙহৌদনা "হস। ঐদি ভল্লরোই!" হায়দুনা মমায়দু শৎ লূকথৈ। কোকচাওবী ফুং কায়। "ওহ্যোক্লা তন্নেদ সৈত্য!" খাঙফম খঙদনা খোঙউপতা খোংবি তক্কুনা খাঙই। মশাদু য়াম্না হৈনরকত্রে। বাই চিনবনা মতাম ওইরে।

অসুম য়েংলম্বদগী ডাক্তর ইবোতোম্বা নুপা ওইবগী থৌনা পূম্বা খোমজিন্দুনা খল্লকই — "থরোশংবী, নঙবুনি ঐনা করম্বা নুমীৎথাদ অমুক্তং উনদুনা, ফম্মীন্নদুনা থম্মোয়গী বাশিংসে নফমদা শেংদোকচবা ফং-গদগে খঞ্জরকপা। খন্ন-খন্ন অসূক কুইবা চহী তরাসি নোংমতসু শকউনদনা হৌখ্রবনি। ফরে ঙসিদি —।" নীংউবা তৌদনা মাগী গাড়ী থরোশংবীগী মমাঙমক্তদা লেপলরে। মখূৎ ওয়না কারগী থোঙ হাঙদোকই। বা অমতসু ঙাঙনদে। মরু লূকথদুনা লৈরম্বী থরোশংবীসু তপ্ন-তপ্না কাখৎলক্তুনা নাকলগী সিততা ফম্লরে।

মমায় মখা ওল্লমবা গাড়ী মমায় অবাং পাংনা লৈখৎলকলে। অসুম অসুম নিত্যায়পাৎ চিথেক লাহ্নোক্তুনা বর্মা শুগ্গুরোদ তমলকই। ডাক্তর ইবোতোম্বা ফুয়েল মিটর য়েংলুবদদি থাউ লিতর অমা অনীদগী হেন্না য়াওরমদরে। থুনমক সিং কম্পনিদা থৌজিল্লি। থরোশংবীনা মাগী বেগতগী লুপা চাম্মঙাগী নোট অমা পুথোরকই। ডাক্তর ইবোতোম্বনা মোমোন নোকলগা মাগী বেকতগী শেল লৌথোক্তুনা সোদুগা কোম্মনা বহাদুরদা থাউ লিটর তরাগীদমক শিন্নখরে।

থাউ হাপলবা তুং শিংজমৈ তম্না থৌথরকলে। অচীনবা মীরক খায় খায়দুনা লাকপনা শিংজমৈ বাজার লাহ্নোরকলে। বর্মা শুগ্গু রোদকী অতেম্বা অহাঙবা লম্বীদা কারদু নুংশিৎকী মমাঙ থানা থৌরকলি।

মখোয় অনী শকখঙদবা গাড়ী অমদা শকখঙদবা শকখঙদবী অনী তোংদুনা চৎমিন্নবগুম বাগী মচেৎ অমতসু কাঙথোক্লদে। অদুবু

মরোল থোকত্রবা থম্মোয় থম্মোয়নদি অরেপ্পা লৈতনা হৌখ্রবা কয়াবু নীংশিংনরকলি, ৰারী লীনরি। অমনা অমবু হৌদোক্লবা ঙাইনরি।

"থরোশংবী নহাক নয়ুম নকে পানবা মতম হেনখিগদৌরে। কনাবু অমুক নহাক্তা ঙাইরিবা? নহাক্কী অৱাংপনা করি -? ইনাক কৈরাক খুনবী ইমুংগী মচানি, নশক-নতৌ শাবান মূর্ত্তি করিসু ৱাংতে। সরকারগী কলেজগী ওঝানি ... ।" ইবোতোম্বনা গাড়ী থৌনা থৌনা মথন্ত তূমিন খল্লি "নত্তে ঐগী ৱাখলসি লানখ্রে, মানা ঐবু তশেংনমক ৱারৌরমগনি। কাউদ্রি, মানা নোংমা মহিশুরগী ঈশিং মচুগী অঙকপা কুম্মৈ য়েংনে-য়েংনা ইফমদা কেজ নৌজনা হায়খিবা —

"ঐদিনে তামো, নুংশিনবা থম্বসে তল্লিনে। মতম খূদিং মাগী ৱাখলতা থন্দুনা মরৈবা। করিগুম্বদা থুংনদবা থোকলবা, মদুনা অদুম্মক থম্মোয় লাইমন ওইদুনা পুল্লি কেমখিবসু কনানা খঙবা ! ..... ইস !" ইবোতোম্বা কোকচাউবী ফুং কায়। জ্ঞান খংতা তারকই, থরোশংবীদা য়েংথোকলুই। নাকলগী থোঙদা মখূৎ ঙারদুনা চুবা নমলগা তামহৌরবা ৱারী শীংবুল কয়াদু মাসু নীংশিংলিব্রা? মাগী পাকথ্রোক পাকপা মমায় থন্না উপলিবা ফোটোক্রোমগী আনোক ফাওনা য়েংলিবা শাল্লবা মীৎয়েংদুনা কনাবু যেংলিবা । থরোশংবী মপূক্লীং নুংশিরকই — " মতম অদুদা মহাকপু ঐতগীনি হায়না খঞ্জরম্বনি। কনাগুম্বী ইশুং ইমান্নবী অমতংগা ফাওবা নকনা চৎমিন্নখিবা ৱারী শানখিবা উরুবদি লায়রদুনা মদুগী পাউ খজিক্তং ফংবদা ওহ্লোক্লা ৱারৌজখিবনি ঐনা। ঐখোয় অনী লোয়নদুনতা লৈমিন্নখিবিনি। ঙসিনা মাবু উরগা মাগী নাক্তা ফমলগা থম্মোয়দা অসুক তয়াংলিবা, ইশাদা অসুক হৈনিংবা পোকলকত্রিবা অসিনা করিগীনো? ঐনদি মফমদা করি লানখ্রবা?"

"ঙসিদগী চহী তরানিথোয়গী মমাঙ থরোশংবীগী মপাবুংনা মাবু আলিগড়দা এম.এসসি. তমহন্নবা থিনবীরকখি। মরৌলৈরবা নুমীৎতুদা থরোশংবীগী মীৎ অনীদুনা ইবোতোম্বগী শুক্ষৎয়াই পুরবা মীৎ অনীদুদা নুংশি লাইওক্লখিবনি। ইবোতোম্বগী মফমদসু অদুমঙায়, মতমদুদা মহাকতী এম.বি.বি.এস মরিশুবা চহীগী ছাত্র ওইরম্মী। থরোশংবীবু মপাবুংনা মাগী মফমদা লোকেল গার্জিয়ান ফাওবা ওইহল্লমলগা খুৎশিন্নরমখি। মখোয় অনী অসুম অসুম নকশিন্নরকখি। থাদোক্লবা ঙম্নরকখিদে অয়ুক্কী নুংমিদাংগী। লমদম তাল্লবা মফমদুদা মাতনা থরোশংবীগী পুন্নমকনি মতমদুগী।

নীংশিংলুবদা সোর মপী হোল্লকই থরোশংবী, কাউঙমখিদে থক। নোংমা মানা ইবোতোম্বদা হৌরুই — "মার্কেতিং খর চৎথিন্নরুসিরা তামো।"

"হোয়" ইবোতোম্বনা খুমখি শম্না।

রিকসো অমদা মবান্নি লেংজুম-লেংজুম থেংগায়ননা তোংমিন্নে। থরোশংবীগী মশাদু ওম্থোক্না বাই চিনজখি। হুমাংগা শৌরে, মদুনা অহানবগা ওইরে, ইকোই কোই।

"মখোয়গী রিকসোগী সিতসে য়াম্না পীকই।" ইবোতোম্বনা তৌফম খঙদনা হায়রকই, মখা তারকখি — " নহাক য়াম্না চিল্লরিনি, তেকসিদা চৎলম্মদি ফদৌবা।"

"য়াইদা তামো।" থরোশংবীনা  তেন্না খুমলকখি।

মার্কেত য়ৌরমলে, রিক্সো খামলে।

"মফমসে য়াম্না শাই" ইবোতোম্বনা রিক্সো ভরা পীন-পীন হায়রকখি। মখাতারকই — " নহাক্কী নৌনা থুংলবনিনা য়াম্না চোকথরমনি, লসি থকখীসি।"

আইস হাপলগা প্রাইন্দরনা নীংথিনা কাপখায়রবা শঙ্গোমগী লসি গ্লাসতু অমমমনা পাবা অহুমগুম্বদি ওইরমগনি। ইবোতোম্বদি অমা তাপ পায়রগা সোর হোন্দবমখৈ গর গর থকচীনখি। থরোশংবীদি অমুক্তা উথিন্দ্রিবা চাউরবা লসিগী গ্লাসতু উরুবদা কিরদুনা য়েংলগা অদুমক তুমিন লৈখি।

"করিগী য়েংদুনা লৈরিবনো ?" ইবোতোম্বনা মাগী গ্লাসতু তেংনা থকতোকলবা মতুংদা রুমালনা মচীনবান তৈথোক তৈথোক্লদুনা হায়রকখি "সে, নমীৎ উইশিল্লগা ওম্ননবা থকচিল্লু। নত্রবদি মার্কেতিং চৎপা ৱাগনি।"

"ঐ ওমলোই, তামো তংখায় অমগা অমুক থকখো।"

লসি য়েনবদুনা মবান্নীগী মতৌদুদা ভিক অনী পীরকই। মবান্নী অমমম পায়নরগা গ্লাসতুমক্তদা থিংজিনদুনা চরূপ চুরূপ চুপমীনরম্মী। গ্লাসতু মীৎকুপতা তেংলে। অদুদগী ইবোতোম্বনা থরোশংবীবু য়েংলদুনা

হায়রকলম্মী — "চৎসি, করি করিনো লৈগদবা?"

"থোইদোকপা লৈতেদা তামো, ঐগী ফি-রোল মচা মশু খর অদুগা ..."

ইবোতোম্বনা লমজিংলদুনা অচৌবা নাল্লবা দুকান অমদা চঙমীন্নে। নুপীগী গার্মেন্ততা স্পেসিয়েলিষ্টনি হায় সহরসিদা দুকানসিনা। হিন্দীগীদমক চাউথোকচরিবা মফমনিনা পুন্নমক হিন্দীদা নত্রবদি পাউ ফাওনবা ঙমদে। থরোশংবীদি মতমদুদা হিন্দী ঙাঙবা ঙমজদে।

দুকানগী মীশিংদুনা হিন্দীদা পংহংদা হংবদু থরোশংবীনা ইংরাজিদা কাবক কাবক খুম্মী। মখোয়গী পাউ ফাওনদবদু উরদুনা ইবোতোম্বনা তেঙবাংলখি। থরোশংবীনা লৈনীংলিবা পোৎতু ইবোতোম্ববুদি খঙহন্নীংদবনি, ইকায়জবনি। অদুবু মানা শীৎ-শীৎনা খঙলবগুম ঙাঙনদুনা পুথোরকলে। থরোশংবী য়েংবফাও য়েংদনা য়োমশিলহল্লগা শেল থীদোকখি। মাগী মপুক্সীংগী অপাম্ববু অদু য়ৌশিননা খঙবীবা উবীবা ঙম্বা মহাক্না ঙসি লাইফদিবীগুম থরোশংবীগী পুক্নীংবুদি করিসু খঙবীদবগুম তৌরিবনা করিগী! "মহাক্না মীগী অৱাববু অসুক খঙবীদবসিবু করিগীনো?" থরোশংবীগী থম্মোয়দা নৌহৌ-নৌহৌনা ৱারৌরকই। অদুবু খল্লুবা খিবিক মীৎনা কুপ্পতা তুজুং মানজুংনবগা লোয়ননা শকফম খংহন হনজিল্লগা নীংশিংলকখি —

"মরায়বক ফবা মহাক্নি, ঐখোয়নী মনিপুরদা থোকমিন্নরকলবা মতুং ইকুই কুইদনা মাগী থবক ফংখ্রবনি। থা ফাফাত্তনা মাগী খুঙ্গংদুমক্তদা লৈবী মশকমতৌ ফজরবী, ইনাক-কৈরাক খুল্লবী ইমুংগী নিঙোল অমগা চাউনা লুহোংখ্রবনি। মীনা হায়নববু ইমুংদুনা মাবু য়েংবীদুনা মানা ত্রেনীংদু লৌইশিনবা ঙমখিবনি। অদুনা মাগীসু করি উপাই লৈখিদবনি!"

পাউদু তাবদা থরোশংবী য়াম্না কপচখি। নীংশিংলুবদা ঙসিসু নৌহৌনা মীৎলু পিরাং ঈহৌরকই। তপ্না মীৎ উইশিন্দুনা থম্মোয়গী অৱাবা মায়থোংদা উৎতনবা কন্না হোৎনজরকই থরোশংবীনা।

কারদি য়াঙনা চেল্লি। তপ্ন-তপ্ন থরোশংবী পারবা পিগী লৈরোল ফাওনা অমুক লম্বীগী নাক য়েংতা য়েংলকই। লম্বীগী মতাইদা হৌবা উপাল ৱাপাল মী-শা-শল মীৎনা কুপ্পদা তাম্ন-তাম্না লৈহৌই। থোঙনাওদগী লীৎশিল্লকপা নুংশীৎনা লুমাঙগী থোইখোই তারিবা মাগী শম্লাংশিংবু লুতুংদা মনীং তাম্না পাইহল্লি।

বেঙ্গলোর তন্না শারবা কালেনগী নুংশা মরক্তা মখোয় ত্রেন তোংদুনা লমকোয়বা চৎলি। কর্নতক নিঙেল সুর্মিলানা বেঙ্গলোরগী নৌনা শেমগৎলকলিবা সিতি, প্রকৃতী অমদি খুৎশেমগী তুনা ফজরবা খাভারতকী লমদমশিং, মহিশুরগী সনানা শাবা কোনুং, নুংমিদাংদতা উৎপা ঈশিং মচুগী মীৎ পেল্লবা বৃন্দাবন গার্দেনগী অঙকপা কুম্মৈগী মরমদা ব্বারী লীদুনা থরোশং-বীগী থম্মোয়বু তত্তনা মথূম-মরাঙ হৌহনখ্রবনি। কালেন ছুটিদা অমুক্তা ময়ুম থোকচদবা ইবোতোম্ববুসু থরোশংবীনা চৎমিন্নরুসি হায়না তক্করকপা কুইরবনি। হৈ-শিংলবী সুর্মিলানা মখোয়বু লমজীংবীদুনা কয়াদ নুংঙাইনা লমশাঙদু চৎচবা ফংলবা। য়ু, পিগী শারবা লৈমায়দগী কর্নাতক্কী লৈমায় তম্না সুপরফাষ্ট ত্রেনদুনা অহীং নুংথিল খায়দনা লাউ খোংনা নুমীৎ কয়ানি মখোয়বু পুদুনা চেললি। থোঙনাওদগী লীৎশিল্লকপা লমহেল্লবা মালংবনা থরোশংবীগী শমলাংশিংবু তত্তনা চোইজাইনহল্লি। মদুবু ইবোতোম্বনা তত্তনা লোইশিনবীরি।

মতাঙ চানা সুর্মিলানা ফাগী তৌরকই – "কোর্স লোইরগা মনিপুরদগী নখোয়গী লুহোংবগী বার্ত্তোন সুর্মিলানা খৌরাংনা ভাইহৌরি হায়বসিমতংদি কাউননুসিকো।"

হায়ঙম তৌঙমদবীদুগী থাজরুদ্রবা মব্বাহেদুনা মখোয় অনীগী থম্মোয়বুসু মকা ফোংদনা মথূম মরাঙ হৌহনখি। ইকায়নুংশি য়ান্নরবা ইবোতোম্বদি হৌগৎতুনা থোঙ মনাক্তা চৎখি।

"হিংচাবী! নঙনা হায়রিবদু করিনো? মী ইকায়জরমনি ইবেম্মা।" থরোশংবীনা হায়খি।

"খঙজরে খঙজরে! মোন্ন শেনগাও লাকপী ইবেম্মা " সুর্মিলানা খুমলকই, মখা তারকখি " এম.এসসি.হেক লোইবগা ডাক্তর অমবুসু নপুন্নোইবা ওইনা ফংলদৌবকো! ও, ঐখোয়গী ইরায়বকসিদদি তম্বীরমপোৎতে।"

"নচীন থীনুকো হিংচাবী।" খূজম্নীনা চপলুই থরোশংবীনা চীনথীবী সুর্মিলাগী ফৈবোমদা।

"অয়ো- অয়ো লাঞ্জরে।"

গাড়ীগী ব্রেক খংকাও কাওরকই। থরোশংবী জ্ঞান খংত্তা তারকই।

অঙাঙ খর ফিরাল অঙাঙবা পায়রদুনা দোনেসন তৌরম্মী। শান্নবা চৎপগী শেল হাপলম্মু হায়রি। শেন্নবীরুদ্রবা মফি-মরোল তাশিল খোমজিল্লি। ফারমলবা শল্লাং অমুক্তুং নাম্বরগা মাঙদা য়েংথোকলুই। ককচীং বাজার য়ৌরমলে। ইবোতোম্বা অঙাঙশিংগী শেল হাপলমলগা গাড়ীদু তপ্ন-তপ্না কোফি কোর্নর মমাঙদা থৌজিল্লক্কুনা খামলম্মী।

"ঙহাক পোথাবা ওইনা কোফি থকলুসি!"

থরোশংবী তপ্না কুমথরক্কুনা মবান্নি কেবিনদা চঙমিন্নখ্রে। নাল্লবা কেবিনগী কা কা খুদিংদা নূপী নূপা জূরা জূরা তুমিন তুমিন ফমনরি। মখোয়গী মরক্তা মবান্নিসু তিন্নশিনখ্রে।

অচীকপা কেবিনগী ফক্লাংদগী তপ্না থাদোরকলিবা ঈশৈগী অঙৈংবা সুর, যন্ত্রগী নুংশিরবা তাম্ব্বাদ মখোয় মনীমক মীৎনা কুপ্পদা নাউশুমলকপগুম মুম্বনরকই। মখোয়গী মীৎয়েং মাঙদা লৈরিবা গেলেরীদা থমলিবা ইলেকত্রিক গ্লাস জারদুদা শান্নরিবা ঈশিং মচু-মচুগী কুম্মৈদু উরকই।

"হাইমা! মসিদি য়াম্ন ফজ জাৎনিনা তামো! মসিননি মহিশুরগী বৃন্দাবন গার্দেন হায়দুনা মমিং চৎলিবসি।"

হায়গুল্লদনা যন্ত্র মখোলগী নুংশিরবা তাম্বাসিগা ঈরোয়ননা পেরেশিংসিদগী রিদমর অমগা লোয়ননা অনেম অৱাং মচু মচুগী ঈশিংনা কাপথোরক্লগা শারিবা জগোয়গী তাম্বাদা শাবী শানৌ কয়াদি জূরা জূরা মচি মচিদা ৱাম্বনখ্রে। সাহজহান লিশিং মমতাজ লিশিং লাইলা লিশিং মজনু লিশিং, রোমিও লিশিং জুলিয়েৎ লিশিং ... লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইরবা লমকোয়রকলিবা যাত্রিকশিংদুগী মনুংদা মখোয় অনীসুনি। খঙহৌদনা ৱাতর শোগী নুংশিরবা যন্ত্র লেপলদুনা অয়াকপা খোঞ্জেলদা লাউথোরকখি — " এতেন্সন প্লিজ, হিয়ারাস ৱান এনাউন্সমেন্ত। মিঃ ইবোতোম্বা এণ্ড মিস থরোশংবী ফ্রোম মনিপুর, য়ু'র রিক্যেসতেত তু প্রোসিদ-দ তুরিস্তবাস কমিং ফ্রোম বেঙ্গলোর রিদিন তেন মিনিটস " অমুক্তা নত্তনা অনী অঙ্কমলকনি। ঘড়ী য়েংনরুবদা নুংমিদাংগী পুং মাপল মখায় তারমলে। অদুক শাংলবা মত্অদু করম্না হৌখিবনো হায়না মখোয় অনীমক ঙকমিন্নখি। অদুম্না থেঙলমগনি থাজরুদে খক। মখোয় অনীমক ফূক হৌগৎলগা ইবোতোম্বনা মাগী খুজেং পায়দুনা তহা তহা চেল্লকপদু সুর্মিলাগা লম্মখাংদা ওক্লরে। মখোয় অনীবু চীখহৌরদ্রা মীপাইজদুনা ঙসাইদগী কোয়থি-

থিরুরবী সুর্মিলানা শাউনা হায়রকখি — " কদায়দা মাঙ্গলুই? ঙসিমক নত্রবদি মতম লৈত্রব্রা ? নখোয়বু থিবদা কয়াম রায়? নত্তে নবান্নিবু হোতেলদা লেকহৌরগে হায়ব্রা?"

খংপ্রেক খংই। ঘড়ী য়েংলুবদা নুংথিলগী পুং মরীমখায় তারমলে। মখোয় অনী কেবিনদগী থোরকলে। গাড়ী অমুক থৌরকলে। ককচিং বাজার তামহৌরে।

কারদু ওহ্বাক্লা য়াঙনা চেল্লি। নোংচুপ চীংদোল তম্না নাম্বুরকলিবা নুমীৎকা লমজেল তান্নরি। ইবোতোম্বগী রাখল ওহ্বোক্লা লূমথরকলবা পোৎলুম অমা কোকথক্তা নম্ববগুম তৌই। মীৎয়েং রাখলদি কয়াদ মমি শামখ্রবা। গাড়ীদু মমঙদা থৌবগুমলি, করিসু কন্ট্রোল তৌবীদে। মদু থরোশংবীসু খঙদবা নত্তে।

গাড়ী স্তারিং মমাঙগী মিতর বোক্স মথক্তা অহনবা চুরূপ উপু অমগা মৈখেৎ উপু-অমগা তাদুনা লৈবদু থরোশংবীনা খংউ উরকই।

"চুরূপকা থকলদনা, কেনো তৌরিদুবু তামো! পকচদেযে সে, সে লংথোকখো! ঐ মনমদু য়াম হৈনদে হায়বা!"

থরোশংবীনা ইবোতোম্বগী মখুৎতগী চুরূপতু মুনগে হোৎনকই। ইবোতোম্বনা মাগী মখুৎতু ফারগা হায়রকখি — "থরোশংবী! সিদগীদি ইবান্নি মফমসি থাদোক্তুনা চৎলনি হয়েংদৈ মনিপুরদা। থবক ফংনদ্রিমখৈ, লুহোংবগী লৈখায় তানদ্রিমখৈ ইবান্নি অসূম্না তোরোখোদানবদু ফংনি থাজদ্রে। কোকসি য়াম্না চীকখ্রে, খনফম লাকফম তৌফম কৈমতা খঙদে। ইমান্নবশিংনা নিশা শিজিন্নরগা পোখাবা য়াই হায়। অদুগীনি ঐনা ঙসি চুরূপ থকপা তমলিবসি। মসি থকলগা খর ঈংথবগুম তৌই চরাঙনরবা রাখলসি।"

লমহাং অমদা গাড়ী খামলে। ইবোতোম্বা বোক্‌স মথক্তা তাদুনা লৈরিবা অহনবা চুরূপ উপুদু সিল থোকলদুনা মচৈ অমা শৎলগা চীনবান্দা চুপলি। মৈখেৎ খেৎতুনা চুরূপকী মৈখু থৌবোম থন্না উমলগা মপান্দা শাংনা কামথোকখি। থরোশংবীনা মদুবু মুন্না য়েংলি। চুরূপকী মৈখু মনমদু মহাক ঙসিদি হৈনরিগদ্রা হৈনরমলোইদ্রা খঙদে। গাড়ী স্তার্ত তৌদুনা অমুক থৌবা হৌরকলে।

"ইনী (ইবোতোম্বগী নুপী, অশেংবদি ইন্দ্রানী) সু মাগী নুংশিনবা কায়নরমলগা মীৎকী পিরাং পিরোইননা অহল-লমনগী য়াথং ইন্দুনা ঐগী সেবা তৌরবনি। থম্মোয়গী খাঙমদবা মৈচাক কয়া কয়ানি। মদুবু শেংদোক্নরগা ইবান্নি য়ুম্বানমিন্নরকখিবনি পূন্নমক কাউথোক্নরগা। ঙসিদি ইচা অহুমগী মপা ওইরে ঐ। পুন্সিগী মায়া লীপুননা চেৎনা ফাজিন পুনশিনখ্রে। অসিবু থদৎলগা মহাক হৌজিক মপামদা অমুক হলহনখিবা তারব্রা?"

খঙহৌদনা নোংথাঙগুম্বা মৈঙাল অমনা ইবোতোম্বগী মীৎতা খংফু ফূরে। জ্ঞান খংতা তারকই। কুম্বী থোং লানশিনবা হৌরমলে। সিফায়গী গাড়ীনা হেদ লাইত কাপতুনা সিগনেল পীরম্বনা হাল্লমদুনা গাড়ী বেক হল্লকখি। নালা নপনা খামলদুনা ইচিং-চিংহৌদনা তাঙ্গোয় ওল্লম্লবা চুরূপতু লংথোকখ্রগা অতোপ্পা মচৈ অমমুক চমখৎলি।

নুংমিদাংব্রাইরমদু নোংপোক মায়কৈ থুংনা থব্রানগী অপাবা নোংলীক্না পানা খীকথবকলি। নোংপোক মায়কৈদা হাযনীংঙাই লৈতনা ফজরবা মচু তরেংকী চুমথাঙনা ফূদোঙলিবদু থবোশংবীনা উবকই। "কুইরেদা অসূম্না চুমথাঙগা মায়োক্নখিদবা। কয়াদ ফজখ্রবা।" মপূক্নীংদা খল্লি। মীৎ কূপ্তবমখৈ মুন্না য়েংদুনা অসুম লৈ। গাড়ীনা য়াঙনা চেনশিল্লকইবগী মতীক মাদি তামখি অসুম অসুম। অমুক্তং মাবু মথানুংসিদা কোপ্তনীংবনি থরোশংবীনা। অদুবু মাদি তমখি অসুম অসুম। অদুদগী তপ্পা লৈশিল্লক্তুনা ইবোতোম্ববু য়েংলকই। ইবোতোম্বনসু থবোশংবীদা মুন্না যেংলদুনা লৈরম্মী।

"য়ুমদি য়ৌরক্কদৌবে, তূমিন্না সুম পঙলৈদা মবৈবা। কবি খল্লিবগে নূপা মান্দবা নহাকপো? ঙসিদগীদি ঐ নঙবু অমুক থাদোক্নরোই।"

"নঙতা নত্তে, ঐসু য়াম্না খল্লিবনি। ফবে থরোশংবী, থোকঅ-থোকঅবা। পুন্সিবু অসুক ওৎ-নৈদুনা ব্রাহনবসি চুমদে। চৎলসি, ঙসিদৈ ইবান্নি অমুক থাদোক্নরগুমসি।"

মঙলৈবাক্তা চৎপগুম কয়াদা নুঙাইরবা! মোইরাং য়ৌরমলে। খঙহৌদনা থরোশংবীখোয়গী অচৌবা হোজং উবকই। মবান্নীমক জ্ঞান খংতা তানরকই। গাড়ী ব্রেক নেৎশীল্লকই। সোর ফূইনা হোল্লদুনা ইবোতোম্বনা ওয়গী থোঙ মখুৎ নাম্মনা ইম্বোকখি। থবোশংবী রুমালনা মমায় মমীৎ শৎ-শৎ নাম্বোকলগা "লৈহৌরগে" হায়রমলগা গাড়ীদগী তপ্পা কূমথরকই। " লৈহৌরো" হায়বা ব্রাহৈ অসিমতং ফাওবা ইবোতোম্বগী চীন্দগী থৌনা

ফনা হরাও-হরাও কাওথোকপা ওমখিদ্রে পূমফা ফাজিনগ্রে। থরোশং-বীনসু হন্না য়েংলমদনা মরু লূকথদুনা মাগী থোঙ্গাললোমদা খোঙ থাংবা হৌখি। পূং তরক তারমলে। ইবোতোম্বা মচৈ থনগোক তৌনা য়াওরিবা চুরূপ উপুদু পায়খৎলগা ওহাক মুন্না য়েংই। অদুদগী অনীংবা য়াওদনা শুপ্লায় পায়শীন্দুনা প্রেক-প্রেক নৈথেকলগা থাপনা লংথোকখি।

গাড়ী অমুক য়াঙনা থৌবা হৌরকখি। ❑

শরচন্দ্র নোংথোম্বা ওক্তোবর তাং ২০, ১৯৪৭ ইংদা ওইনাম বাজারদা পোকখি। জৱাহরলাল নেহরু য়ুনিভার্সিতি, সেন্তর ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ ষ্টদিজ কাঞ্চিপুরদগী ১৯৭৪ দা মনিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যাদা এম এ পাস তৌখি। ১৯৭৫ দগী হৌজিক ফাওবদা নম্বোল এল সানোয় গোভর্নমেন্ট কোলেজদা সেলেকসন গ্রেডকী ওঝা ওইরি। অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি (ক) উপন্যাস - (১) মেহক, ১৯৬৭, ১৯৭২, ১৯৯৪ (২) পুজারি মেম্মা, ১৯৬৮ (৩) আরুনী ১৯৬৯ (৪) ঈশৈ অমগী সুব ১৯৮১ (খ) ড্রামা (১) ইতৈমা, ১৯৭৩, ১৯৮৪ (২) জাৎ তিন্নদ্রবী মেহক, ১৯৮১ (৩) ইবোচৌবগী ইমুং, ১৯৮২ (৪) ফিজিগী মনি ১৯৮২ (গ) অঙাঙগী সাহিত্যাদা (১) জীবশিংগী বারী ১৯৮৪ (২) লেঙদ্রবা মঙাল ১৯৮৪(৩)মৈতৈ নুজা ১৯৮৫ (৪) মনি পবেং ১৯৯১ (ঘ) ৱারী মচা (১) অহেনবা ঈ, ১৯৮১ (২) নূপী অতোনবী ১৯৮৬ '৩) লৈহাউগী লৈনম, ১৯৯৮ নি।

## রাইতর্স ক্লব মনিপুর, নম্বোলনা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

চহী কয়াগী মমাঙদগী (শৈরেং) ১৯৯৬, *চীংগুবা শামু*

কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল (শৈরেং) ১৯৯৭, *খাইদেম তোম্বা*

সুবগী লৈরাক্তা নোংমা (ৱারী মচা) ১৯৯৭, *কুঞ্জো নিংঙোম্বা*

এরিষ্টোটলগী পোয়টিকস (শৈরেং কলা) ১৯৯৭, *বি,এস, রাজকুমার*

নোং নঙসু চুবখো (শৈরেং) ১৯৯৮, *ধজমনি খোইনাইজম*

হনুবীদি হিংহৌরি (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *ইবোপিসক নোংথোম্ব*

অনৌবা মঙাল অমগীদমক (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *সালাম শান্তিবালা*

লৈহাউগী লৈনম (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা*

লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস) ১৯৯৮, *এন মংলেম*

সনামানবীগী মীৎযেং (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *ডাঃ কেএইচ শামুঙৌ*